মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী মতেং য়োংবা

# ব্রহ্মজ্ঞান

ঈবা
থিংবাইজম শিতলচন্দ্র সিংহ
শিংজমৈ চিঙঙা মথক মাইবামখাপম লৈকাই
ইন্দোবর্মা রোড, ইম্ফাল।

থরিজবা কোনবা
© খিংখাইচন টুবেম্বা
খ্বাই নাগমপাল পাওনম লৈকাই
আর. এম. পি. রোড, ইম্ফাল, মণিপুর

অহানবা নম্বা
খৃঃ ১৯৮৫
মশিং ১১০০



মমল অকন্বা লুপা/ ১৮/-
মমল অচম লুপা ১২/-



---

ভাগ্যবতী কার্য্যালয়ম চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ওয়ার্কসতা হাপা নম্বা



হে পন্থৌ পোকমাবা
হরি মিংলেন শোম্নুনা
কোন্নৌ নোংকাখোবু লাংথবা
লাইরম্মেন্দবু ডিনথবা।

পন্থৌনা থাজরব লৈরাংসে
লৈশক লৈচুদি থজ্জদে
শিজেল লৈনমহু কংজদে
লৈরাং পরেংদি লোংজরে ॥

মিংলু, পিরাং ঊহৌনা
চন্দ্র থমোইগা লোইননা
কুঞ্জবিদো তোরবা নচালো
লৌবিয়কো নঙলবা লৈকলা ।।।

৺খিংবাইজম শিঙজমচা সিঙ খৃঃ '১৯১৬ কি হিয়াঙৈ থাগী ১০ নি পাঘ থাঙজ ওয়াংখেম লৈকাইদা পোকই। অপোকলনা থসজাং কৌই। অপোকপীনা তোম্বিমচা কৌই।

মহাক পেত্তিগ্, এল. পি. স্কুলদা অহাঙ লাইরিক তম্ব হৌরগা খৃঃ ১৯৩৯দা কলিকাতা ইউনিবর্সিটিগী মখাদা কর্স্ট ডিভিজনদা মেট্রিক পাস তৌখি। খৃঃ ১৯৪২ দা মণিপুর সেক্রিটারিয়েৎত কেরাণী ওইনা সরকারগী থবক চঙবা হৌখি। মহাক্ন ইস্ট্যাব্লিশমেণ্ট সেকশন, অ্যাকাউন্টস সেকশনদা মথং মথং থবক পুরম্নগা লাইব্র্যারিয়ান ওইখি। খৃঃ ১৯৭৮ দা পেনশন কংহনা থবকতগী পোথাখি।

মহাক নহা ওইরিঙৈদা বাঁশি খোংব অমসুং ঈশৈ শকপা পামই। মশামক্ন ইবা ঈশৈ শক্কুনা থাবলচোংবগী ঈশৈ হল্লম্মি। মৈতৈগী অরিবা লাইরিকপু খিজিন হমজিঘ পাম্বখি। খৃঃ ১৯৪৫-৪৬ তা মহাক "পাথজবা থৌগল মরূপ" কি সেক্রিটরি ওইখি। মহাক্ন রায় হেম পামজবদি খেল মেখ পাজিংলী থবক্কি। মহাক্ন ইবা 'মিক্কুপ লোথোক লৌশিং' খৃঃ ১৯৮২ দা ফোংঙ্রে। মহাক্ন হিন্দি অমসুং বাঙলা লোলদগী লাইরিক ইরম্মি।

খৃঃ ১৯৮১ পোইন্নু থাগী ২৭ নি পাঘ ডিসেম্বর তাং ২৩ যুমশাকৈশ ঙুমিৎত মহাকি লোক্লকমদা লৈথিদে। মহাকি মূপী, মচানিপা মরি, মচানুপী অমা থনম্মি।

# য়াহৌদোক

ঐবু পোকপিরব গুরুজি ৺খিংবাইজম শিতলচন্দ্র সিংহনা ইরম য়ারেং ওয়া পুন্সিদগী 'ব্রহ্মজ্ঞান' হায়না মমিং থোন্নুনা কোংজবনি। 'আহার যজ্ঞ', 'হু-য়েল' অমসুং 'হকচাংগী মরম' হায়রিবা য়ারেং অহুম অসি নত্তনা য়ারেংশিংগী মমিং থোল্লমজে। 'য়াওশঙ' হায়রিবা য়ারেং অসিদি গুরুজিনা 'অপক য়া' হায়বা লাইরিক অমা ইরম্মি, অদুদগী শরুক অমা লৌথোকচবনি। অকোঙবা অমা ওইনা থাই তরাগী মকখদা থুদোল তমজবা মরিঙবা লাইরিক্নি।

মী ওইনা পোক্লুনা তাইবংপান অসিদা হিংলিবগী মতমদদি মীওইবগী ধর্মগী থাদোক্লবা য়াদে। ধর্মগী লুচিংব কয়ানা য়ুথাক্লোনগা ধর্মগী মরী য়াম নক্লিনহল্লবা হোৎনল্লমই; অসিগুম ধর্ম অসিবু পৃথিবীগী মী অয়াম্বনা পাম্লকই, ধর্ম অসিদা লাইমিং লৌনল্লক মসিনা তাকপদি ধর্ম - হায়বসি অহোংব নাই। ঐনা খৃষ্টিয়ান অমগী ইযুংদা পোক্লুরবদি ঐ খৃষ্টিয়ান ওইবা অবনি হিন্দুনা হিন্দু ধর্ম, মুসলমান ইজল্যাম ধর্ম...। অদুবু মীওইবগী য়াইবদি থেম্বা লৈতে চপ মাল্লবি, অদু ওইরবদি ধর্ম অমগা ধর্ম অমগা থেম্বা লৈক্লিবয়া?, ইপুংলোল অমসুং খুন্নুংলোল অনিদা লেংলুরবদি য়াজনীতি অমসুং ধর্মনীতি অনিগী মরক্ত লৈনরিবা মরী অসি তরাই তরাইবা য়াবক নত্তে। তাইবংপাম্বগী ধর্ম মরাম অসিদি-ওগী উপাসনা মথা- মরেং, নবা পালজনি, মথা-মরেং নবা মরাম অসিনা পুজনা [illegible] উপাল হায়বা অদু ওইবগুম পৃথিবীগী ধর্ম মরাম অসিনা [illegible] ঙগা তাইবংপানগী ধর্ম হায়বা অদু ওইনিবনি [illegible]

মহাত্মা গান্ধিজিনা 'All religions are true' হায়রম্মি। মাকম অসিদা য়ুমফম ওইরগা লাইরিক অসি কোংজবনি।

লাইরিক অসি কোংননবগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শেলগী মতেং পাংবিরকই মসিমক নংলমজ্রবদি চহি অসিদা লাই-রিকসি কোংবা ঙম্মোই। লোয়শঙ অসিগী সেক্রিটরি শ্রী এল. দামোদর সিংহ অমসুং থবক পুবিরিবা ইবুঙো ইবেম্মশিংগী মফমদা ইকাইখুম্নবা উচ্চরি।

লাইরিক অসি নম্নিঙৈগী মতুংদা ইশা ঙমদহুনা চংথোক-চংশিন তৌবা ঙমজ্রবা মতমদা ভাগ্যবতী কার্য্যালয় চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসকি হেডম্যেন শ্রীথিঙ্গোম ইবোবি সিংহনা চিন্নবা মতম কাইথোকপিহুনা ইতেং য়াম্ন পাংবিখি। ইবাইগী মতেং ফংলমজ্রবদি অকক্নবা মতমগী মতুংদা লাইরিক অসি কোংব ঙমগনি থাজরুদে। ইবাইগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি অতুগা প্রেসকি থবক পুবিরিবা পুম্নমক্কী মফমদসু থাগৎচবা কোংদোকচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিদা অসোয়বা অরাম্ব য়াওখিবা পুম্নমক খাই তয়ানা থৌজালগী মিয়েংন য়েংবিহুনা ঙাকপিয়ু হায়না হম্ন হম্ন নোল্লুকচরি।

অকোঙবা
**থিংবাইজম টুঙেশ্বর**
**25 th Independence Anniversary Medal** ফংলবা
থাই নাগমপাল পাওনম লৈকাই আর. এম. সি. রোড, ইম্ফাল।
ইরাই লমতা হম্নি পাখ তাং ২২। ২। ১৯৮৫ ইং।

# য়াওকম্ তাকপা

লামায়



———

# ব্রহ্মতত্ত্ব

গোপীনাথ আচার্য্যনা সার্ব্বভৌমদা কল্লপ কল্লপ তৌবা ৱাঙাংন মথং মথং ঙাংথৱকপদা সার্ব্বভৌমনা আচার্য্য অসি শাওরে নিংতুনা নোক্ল নোক্ল অমুক হায়রকই—"আচার্য্য! ঈশ্বরগী তত্ত্বগী মরমদা নৈনবদা খন্না হেৎনবতনি, নং শাওগংখিগনু। শাস্ত্রগী মত মতুংইন্ন ঐ ৱা খন্না হায়গে, মসিদা নংন য়ানিংত্রবস্তু ঐবু শাওগনু"। অসি হায়তুনা সার্ব্বভৌমনা মখা তাথরকই—"শাস্ত্রগী বিচার তৌরগা খঙবা ঙম্মী মতুদি—কলিযুগতা বিষ্ণুগী অবতার লৈতে, সত্য, ত্রেতা অমসুং দ্বাপর যুগ অহুম অসিতদা মানা অবতার তৌবি মরম অসিদগী বিষ্ণুগী অতোপ্প মিং অমসু ত্রিযুগ কৌই। মরম অসিদগী শ্রীচৈতন্য হায়বসি অবতার অমনি হায়বা য়ারোই অদু ওইরবস্তু মহাক থোইদোক্ল অচৌবা ভগবদভক্ত অমনি হায়বসিদি চিংনবা লৈতে। বিষ্ণুধর্ম্মো-ত্তরদা যাওবা, 'প্রত্যক্ষরূপধৃক·········ত্রিযুগ ইতি পঠ্যতে' অমসুং শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণগী 'ইত্থং নৃতির্য্যগ······যদভবস্ত্রি যুগোঽথ স ত্বম' অসিনচিংব শ্লোকশিংন প্রমাণ ওইতুনা কলিযুগতা বিষ্ণুভগবাননা তশেংব অরেপ্প শক্তম অমা লৌতুনা শাইয়োন্দে হায়বসি তশেংন খঙবা ঙম্মী। অসিগুম্ব শাস্ত্রনা প্রমাণ তৌরবা ৱাশিং অসি নত্তনা কলিযুগতা অবতার সৈ হায়বনচিংব শাস্ত্র অমত্তদা লৈতবা ৱাশিং অসিদি ঐদি খঙদে।"

সার্ব্বভৌমনা শাস্ত্র ৱাক্ত পন্দুনা ৱাংব অসিদা গোপীনাথনা অমুক হায়রকই—"সার্ব্বভৌম ! নহাক নশা নতোমতনা শাস্ত্র য়াম্ন খঙলবনি হায়দুনা চাওখোক্লি। শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং মহাভারত লাইরিক অনিসিগী মনুংগী মচি ওইবা রা নং খঙদ্রবরা ? নংনদি কলিদা বিষ্ণুগী অবতার লৈতে হায়রি অদুগা শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং মহাভারত লাইরিক অনিসিনদি কলিদা ভগবান মশামক্ত তশেংন অবতার তৌবি হায়বসি প্রমাণ পীরি।"

গৌর-কৃপা তরঙ্গিণী টীকা—কলিদসু অবতার তৌই হায়বদি বিষ্ণুবু ত্রিযুগ কৌবা করিগীনো ? রাহং অসিগী পাওখুমদি কলি যুগতা অবতার তৌদে হায়বদি লীলা অবতারগী রানি, অতৈ অবতারগী রাবু নত্তে, লীলাবতার নত্তবা অতৈ অবতারদি তৌবা য়াই। কলিদা বিষ্ণু ভগবাননা যুগাবতার তৌবগী লেঙদ্রবা প্রমাণ শাস্ত্রদা লৈ। কলিদা অবতার অমত্ত তৌবা য়াদ্রবদি অসিগুম্ব যুগাবতার অসি কমদৌনা তৌরিবনো ? মরম অসিনা লীলাবতারতবু য়াদবনি অতৈ অবতারদি য়াই। লীলাবতার—(১) চতুঃ সন, (২) নারদ, (৩) বরাহ, (৪) মৎস্য, (৫) যজ্ঞ, (৬) নরনরায়ণ, (৭) কপিল, (৮) দত্তাত্রেয়, (৯ হয়শীর্ষা, (১০) হংস, (১১) পৃশ্নিগর্ভ, (১২) ঋষভ, (১৩) পৃথু, (১৪) নৃসিংহ, (১৫) কূর্ম্ম, (১৬) ধন্বন্তরি, (১৭) মোহিনী, (১৮) বামন, (১৯) পরশুরাম, (২০) রাঘবেন্দ্র, (২১) ব্যাস, (২২) বলরাম, (২৩) শ্রীকৃষ্ণ, (২৪) বুদ্ধ অমসুং (২৫) কল্কী।

মথক্ত পনখ্রিব 'ইত্থং নৃতির্য্যগ' নচিংব শ্লোক খম্না অসিনা হায়খ্রিবা পুন্নমক অসিদি লীলাবতারনি। অসিগুম্ব ডশেংন থোই-দোকপা শক্তম অমা লৌতুনা শ্রীবিষ্ণুনা কলিদা লীলাবতার তৌদে হায়তুনা ভগবানবু ত্রিযুগ কৌই। মথক্ত হায়খ্রিবা লীলাবতার ২৫ অসি কলিদা তৌদে, মসি শ্লোক অসিদগী খঙই কনাগুম্বনা কল্কীসু লীলাবতার অমনি, মাদি কলিদা অবতার তৌবা নত্রা হায়রবদি—পাউখুম ওইনা হায়বা য়াই—কলিযুগকী অরোইবমক্তদা কল্কী অবতার তৌগনি।

'কলেরন্তে···বাসুদেবো জগৎস্থিতিম। সর্ব্বসম্বাদিনীধৃত চতুর্যুগাবস্থ নাম ১০৪ অধ্যায় বচন।' ভাগবতকসু য়া অসি হায়রি—যদাবতীর্ণো ভগবান—কল্কিধর্ম্ম পতির্হরিঃ। কৃতং ভবিষ্যতি তদা প্রজাসূতিশ্চ সাত্বকী ১২।২।২৩'; ধর্ম্মবু ঙাকপিবা ভগবান কল্কীনা অবতার তৌবিবা মতম অদুদা সত্যযুগ হৌরগনি অমসুং সাত্বিক ভাবতা লৈবা প্রজা পুন্নমকসু অমুক পোক্তনা লৈগনি।

শাস্ত্রগী ওইবা প্রমাণ পুন্নমক অসিদগী খঙলে মতুদি—ভগবাননা যুগ মরিমক্তা যুগাবতার তৌবিতুনা যুগ যুগ অদুগী ধর্ম্ম লিংখৎপনচিংব থবক পাংথোকপি। পুন্নমক অসিবু নংন তর্ক পাম্ব হায়বদি য়েৎনিংবতনা নংগী হৈনবী ওইতুনা বিচার তৌবা ঙমজবোই। গোপীনাথনা অমুকসু হায়খি—"সার্ব্বভৌম নংনদি হায়রি কলিদা অবতার লৈতে। অদুবু যুগ খুদিংদ মরম অসিনগী কলি যুগতসু ভগবাননা যুগাবতার ওইনা অবতার তৌই। মসিদি গীতাদা শ্রী-কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মকমদসু হায়খ্রবনি—যদা যদাহি······যুগে যুগে।

অতুগা কলিগী যুগাবতারগী মচুসু শাস্ত্রদা হায়গ্রবনি—'কথ্যতে বর্ণনামাভ্যাং শুক্ল: দ্বাপরে কলৌ' ॥ লঘুভাগবত। 'দ্বাপরে...... প্রকীর্ত্তিক:।' শ্রীভাগবত ১১।৫।২৫॥ কলিদা অবতার অমত্ত লৈরোই হায়রবদি শাস্ত্রগী রাশিং অসি ঋষিশিংগী চোইরোল তারব্রা? শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য যুগাবতার নত্তে মাদি স্বয়ং ভগবাননি। 'আসন বর্ণাস্ত্রয়োহ্যস্য গৃহ্নতোহনুযুগং তন্: । শুক্লো রক্তস্তথা পীত ইদানীং কৃষ্ণতাংগত:॥' (ভা: ১০।৮।১৩) হায়বা শ্লোক অসিনা মমাংগী করিগুম্ব কলিদা শ্রীকৃষ্ণনা কুচু নাপু ওইনা অবতার তৌবিখি অমসুং কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাহকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদম। যজ্ঞৈ: সঙ্কীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধস:॥ (ভা: ১১।৫।৩২ হায়বা শ্লোক অসিনা হন্দকী কলিদসু স্বয়ং ভগবাননা কুচু নাপু ওইনা অবতার তৌবিগনি হায়না হায়রি। মহাভারতকী দানধর্ম্মগী বিষ্ণু সহস্রনাম স্তোত্রদা হায়রি—সুবর্ণবর্ণো হেমাঙ্গো বরাঙ্গশ্চন্দনাঙ্গদী। সন্ন্যাসকৃৎ সম: শান্তো নিষ্ঠা শান্তি পরায়ণ:॥ (৮০।৬৩) উপপুরাণদসু স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ব্যাসদেবদা হায়রম্মী—অহমেব ক্বচিদ ব্রহ্মণ সন্ন্যাসাশ্রমমাশ্রিত্য। হরিভক্তিং গ্রাহয়ামি কলৌ পাপহতান্নরাণ্ ॥১।৩।১৫ পুম্নমক অসি লৈন-লৈন নংগী তর্কদা হেনরবা থমোই অহুনা নাকল নাইদবা রাখলদা শাস্ত্রগী বিচার ভৌবা ওমদ্রমাল্লে। লৈহাও লৈত্তবা লমদা মরুহুন্বদা হৌদবগুম নংগী কংলবা রাখল অতুদা এনা অমুক অতে হায়রুবগী কান্নবা লৈররোই। করিগুম্ব মতমদা ভগবাননা থৌজাম্বিরকপা মতমদা এনা হৌজিক হায়রিবশিংসি খঙলকনি। নং অমসুং নংগী শিষ্যশিংন হৌজিক অরেম্বদা পংয়েৎ-য়েৎলিবা অসি নখোইবু মায়ানা

শুমহৎপননি, নখোই গী দোষ করিগু লৈতে। খুদম ওইনা—যচ্ছক্তয়ো ……ভুয়ে ॥ (ভা: ৬।৪।৩১) শ্লোক অসি দক্ষপ্রজাপতিনা শ্রীভগবানগী মফমদা তৌখিবা স্তবনি। ভগবানগী তত্ত্বগী মরমদা মত য়াম্ন খেন্নে; কনানা ভগবানবু নিরাকার, নির্গুণ, কনানা সগুন সাকার, কনানা জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে, কনানা জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নে অসিনচিংবা। পুন্নমক অসিগী মরমদা তর্ক বিতর্ক তৌনহুনা খৎনৈ। মসি জীবগী মন্নুংদা লৈবা দিব্যজ্ঞান অহুবু মাযাশক্তিনা কুপশিন্দুনা তৌবনি। কনাগুম্বনা খণ্ডনবা তাক্লবস্থ মতম খরগী মতুংদ অমুক কাওখি মস্মিসু ভগবানগী মায়াশক্তিনা তৌবনি। অহুগা ভাগবতকী যুক্তঞ্চ…… দুর্ঘটম ॥ ভা: ১১।২২ ৪ দস্নু তাক্লি উদ্ধবকী মফমদা শ্রী কৃষ্ণনা তাকখিবা ভগবানগী মায়া শক্তিনা কুপ্পতনা মরম ওইহুনা জীবশিংন অমগা অমগা মত খেন্নবদগী খৎনরি হায়বা অসিনসু প্রমাণনি।"

গোপীনাথ আচার্য্যগী ৱাশিং অসি তারগা সর্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা অমুক হায়রকই—আচার্য্য! শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু মাগী লোই-রক্লিবশিংগ পুন্ন নিমন্ত্রণ কৎলগা শ্রীজগন্নাথদেবগী মহাপ্রসাদ লৌরুহুনা কৎহল্লো অহুগীতুংদ ঐবু ঈশ্বরগী তত্ত্বগী মরমদা তাকপি তস্বিয়ু।

টীকা—[ সার্ব্বভৌমনা গোপীনাথকী মফমদা লংনবা ওইবা ৱাতাসি হায়খিবনি হায়বদি—"ঐবু নখোইনা তাকপা ঙম্ব নত্তে অহুগুম্ব ৱাদি ঐঙোন্দ হায়বা কাওবা হৌনদে" অসিনি। ]

অসিগী তুংদ মুকুন্দদত্ত অহুগা গোপীনাথ আচার্য্য অনিনা প্রভুবু নিন্দা তৌবা সার্ব্বভৌমগী ৱাশিং অহু তাবদগী পুক্লিং মুংঙাইত মুংঙাই-

তনা প্রভুগী নাক্ত লাক্লহুনা ভট্টাচার্য্যনা হায়জরকপা মতুংইম্ন প্রসাদ কংবিনবগীদমক নিমন্ত্রণ কৎলে। ভট্টাচার্য্যগী ম্না পুম্নমক অহু প্রভুদা তম্লে। তম্নিবা ম্নাশিং অহুদগী গোপীনাথনচিংব মাগী মীশিংন ভট্টাচার্য্যবু শাওরে অমসুং নিন্দা তৌরে হায়বসি খণ্ডলহুনা প্রভুনা পূক্লিং মুংঙাইতনা হায়রকই—

"সার্ব্বভৌমনা হায়রিবা—ঐদি য়াম্ন নহা ওইরিবা সন্ন্যাসীনি, করমতৌনা সন্ন্যাসীগী অকণ্ব নিয়মশিং অহু ঙাকপা ঙমগদগে অসিনি। মানা সিমসু হায়রি, ঐবু মানা বেদান্ত পারগা তাহন্দুনা বৈরাগ্য-অদ্বৈতমার্গদা চংহনগনি; অহুগা ঐনা য়ারবদি ভারতী সম্প্রদায় থাদোকহল্লগা অমুক হন্না উত্তম সম্প্রদায়দা সন্ন্যাস তৌহন্বসু ঙমগনি অসিনি। মানা হায়রিবশিংসিদা মাগী দোষ করিসু লৈতে, মাবু নিন্দা তৌরুগন্নু মরমদি— মানা ঐবু মচামককুম্ন য়াম্ন মুংশিরি অমসুং লুনা তৌবি, মতম লৈবখিবক্ত ঐগী ফননবতা খল্বি হায়বদি ঐগী সন্ন্যাসধর্ম্ম অসি মতৌ করম্না কায়হল্লোইশিগে হায়বা অসিতগী পান্থে থিহুনা লৈবিরিব্রনি। মানা হায়রিবশিং অহু ঐবু মচা অমা ওইনা মুংশিবিবগী খুদম্নি; অহুনা মানা হায়রিবা অহুদা দোষ অমসুং নিন্দা তৌরুনিঙাই করিসু লৈতে। নখোইনা মাবু করিগী শাওরুরিবনো?"

অসিগী তুংদ নোংমা প্রভুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা লোইননা শ্রীজগন্নাথ দর্শণ তৌমিন্নরুরগা পূক্লিং মুংঙাইনা য়ুমদা হনমিন্নরক্লে। য়ুম য়োরগা সার্ব্বভৌমনা মমাঙদা হায়খিবা অহুগী মতুংইম্ন প্রভুবু বেদান্ত তাহনগদবগীদমক বেদান্ত পাব হৌরক্লে। ভট্টাচার্য্যনা প্রভুবু

মাগী য়াম্ন নৌবা চহি অদুগীদমক হুংশিবা অদুগা সন্ন্যাস আশ্রমদা লৈবা অদুগীদমক ভক্তিগা লোইননা সন্ন্যাসীগী ধর্ম্ম ওইবা বেদান্তবু পুক্নিং চঙনা তাননবা হায়রম্মী। প্রভুনসু মাগী মকমদা হুংশিনা তৌবা অদুদা মানা হায়রবমখৈ তৌগনি হায়হুনা ভট্টাচার্য্যগী মকমদা তাকপিরগা তুমিন্না বেদান্ত পাব অদু তাখি।

মতৌ অসুম্ন সার্ব্বভৌমনা বেদান্ত পারগা প্রভুনা তাব অসিনা হুমিং তরেৎনি শুরক্লে। করিগুম্ব অমত্ত কৈ-কত্তে হায়দনা তুমিন্ন তারম্মী। প্রভুগী তুমিন্ন লৈবা মতৌ অসিদা ভট্টাচার্য্যনা নিপালনিগুবা হুমিন্ত হায়রকই—গোষাঞী! ঐনা বেদ ন্ত পারগা নংন তাব অসি গুসি নিপালনি শুরে; অসি ফাওবদা খগুই-খগুদে, কৈ-কত্তে হায়বা মরোল অমত্ত ফাওবা হাযদোরক্তবা অসি করিনো? ঐনা পারিবা, অর্থ হল্লিবা অমসুং ব্যাখ্যা তৌরিবসি নংন খগুত্র খগুদত্র ঐ হায়বা গুমত্রে, তুমিন্নতা লৈরিবা অসিগী ভাব করিনো? ভট্টাচার্য্যগী রাহংসি তারগা প্রভুনা যাম্ন নোম্নুকপগা লোইননা খুমখি—"হে ভট্টাচার্য্য পণ্ডিত! ঐদি করিস্নু খগুত্রবা মূর্খনি, লাইরিক-লাইগু করিস্নু তমজদবনি, নংগী য়াথং মতুংইন্ন চুম্ন নংন, বদান্ত পাববু তাজবনি। বেদান্ত তাব অসি সন্ন্যাসীগী ধর্ম্মনি হায়না নংন তাকপিখিবা অদুগী মতুংইন্ন করিস্নু খগুদনা তাজবনি। অদুবু নংন বেদান্তগী ব্যাখ্যা তৌরিবা অদু ঐ করিমতা খগুবা গুমত্রে, করিমতা ভাব তাবা গুমত্রে।"

টীকা—সার্ব্বভৌমনা তৌরিবা বেদান্তগী ব্যাখ্যাশিং অদু চুমদে হায়না নিংই। মসিমক্ত প্রভুনা হায়খ্রিবা অদুগী মসুংগী ভাবনি;

অহুবু সার্ব্বভৌমদি মতম অহু ফাওবদা প্রভুগী রাশিং অহুগী মন্নুংগী ভাব অহু খণ্ডলমগ্রি, মানা খল্লম্লিবদি—প্রভুনা পণ্ডিত অমা ওইদবদগী হায়বদি শাস্ত্রনচিংব লাইরিক-লাইশু হৈতবদগী নত্রগা বুদ্ধি ঋন্তবদগী ( পণ্ডবদগী ) মাগী ব্যাখ্যা অহু খণ্ডগ্রিবনি অস্নুম হায়না লৌরম্মী।

প্রভুগী রাশিং অসি তারগা সার্ব্বভৌমনা হায়রকই,— "নংদি কনাগুম্ব মী অমনা তৌবা ব্যাখ্যা অমত্ত খণ্ডলরোই, নংন শরদংত ওইরবস্ত খণ্ডলম্লবদি হন্ন হন্ন মথং মথং খণ্ডবশিং অহু ঐভোন্দ হংলমগদবনি। করম্ব মকমদা খণ্ডবগে হায়বহু ঐভোন্দ হংবদি নংগী তৌকম থোকপনি। নংন মহু তৌগ্রিবা করিগীনো? নংন করিমতা হংদনা ভুমিম্ন ঋমহুনা লৈথোক্লিবসি করিগীনো? মসি ঐ করিমতা খণ্ডবা শুমগ্রে?"

সার্ব্বভৌমগী রাসি তারগা প্রভুনা অমুক খুম্লকই, "নংন বেদান্তগী মূলসূত্র অহুতং পারিভৈদদি সূত্রগী অর্থ তশেং-তশেংন খণ্ডলম্মী মহুদা খণ্ডবা অমদি চিংনবা করিস্নু লৈতে অহুবু নংন সূত্র পারবগী তুংদ ব্যাখ্যা তৌরকপা অহুদি তাবমক্তদা ঐগী পুক্লিং অসি তপথবা শুম্লক্তে।"

টীকা—[ সার্ব্বভৌমন। তৌরিবা বেদান্ত সূত্রগী ব্যাখ্যাদা সূত্রগী অশেংব অর্থ ফোঙদোকত্রে হায়হুনা প্রভুগী পুক্লিংদ মুংঙাইতবনি। মখাদা সার্ব্বভৌমগী ব্যাখ্যাগী দোষ উৎলক্লি। ]

প্রভুনা মখা তাথরক্লি— "সূত্রগী অর্থ ফোংদোক্ল হায়বনা ব্যাখ্যা তৌবগী নিয়ম্লি অহুবু নংন তৌরিবা বেদান্তসূত্রগী ব্যাখ্যা

অসিদি সূত্রগী অর্থ কোংদোকপদি লায়রছনা থোইদোক্লছম খুমজিন্দুনা থম্লে হায়বদি খণ্ডহন্দ্রে।

টীকা—[ শঙ্করাচার্য্যগী ভায্যগী মতুং ইন্ন সার্ব্বভৌমনা বেদান্তগী ব্যাখ্যা তৌরম্বনি। প্রভুনা শঙ্করাচার্য্যগী ভায্যগী দোষ উৎলক্লি।]

"নংন সূত্রগী মরুওইবা অর্থ অদুদি কোংদোক্ল ব্যাখ্যা তৌদ্রে, সূত্রগী মরুওইবা অর্থনা অরায়বা অর্থনি অমসুং মতুমরু অশেংব অর্থনি। অদুবু শঙ্করাচার্য্যনা মপুক্লিংন শাজিল্লম্ব অর্থ অদুনা ব্রহ্ম-সূত্রগী ব্যাখ্যা তৌদুনা নংন অমুক মরুওইবা অর্থবু কুপশিন্দুনা থম্লি।"

উপনিষদকী রা পুম্নমক্কী মরুওইবা অর্থ অদুমক ব্যাসদেবনা বেদান্তগী সূত্রদা কোংদোক্লি অদুগা ব্রহ্মসূত্রগী মরুওইবা অর্থ অদুমকসু উপনিষদকী রাগী মরুওইবা অর্থগা খেন্নদে হায়বদি চপ চানে। ব্রহ্মসূত্রগী অর্থবু মাগী মতুংগী মরুওইবা অর্থ অদু পুথোক্লুনা তৌদ্রবদি উপনিষদকা লোযননা সময়ন্ব তৌবা হায়বদি চানহন্ব য়ারোই মরম অদুদগী মদু অশেংব অর্থসু ওইবা যারোই! রাহৈ-শিংগী মরুওইবা অর্থশিং অদু হুন্দোক্লগা মরুওইদবা অর্থশিং লৌর-বদি রাহৈগী মরুওইবা অর্থ হায়বদি মতুংগী ভাব অমদি অর্থ মাওখিগনি। প্রমাণশিংগী মতুংদ শ্রুতিগী প্রমাণনা অথোইবনি। শ্রুতিনা হায়রি— হায়রিবা অর্থশিং অদুমক্তনা প্রমাণনি। খুদম ওইনা জীবগী শরুম ওইবা মোইবুং অমসুং জাবগী অমাংব ওইবা মস্থী অনি অসি শ্রুতিনা য়াম্ন অশেংবনি হায়না লৌখৎপ মরম্ন শেংনরি।"

গৌর—কৃপা তরঙ্গিণী টীকা—[ পোৎকী অশেংব মশক খণ্ডহন্ব অহুবু প্রামাণ কৌই। প্রমাণ মখল অহুম শুই— প্রত্যক্ষ, অনুমান অমসুং শ্রুতিবাক্য। অহুম অসিগী মন্নুংদ প্রত্যক্ষ অমসুং অনুমান অনি আসিগীদি দোষ লৈ। মিত্রং তৌবা মীনা মিত্রং শান্নবদা মীগী মঙক ককপনচিংব কির কিরবা মওং কয়া উহল্লি ; ঐখোইস্থ উৎলিবা অহু তশেংন উবা কংই তৌইগুম্বসুং থাঙ্গেশেংন মীগী মঙক ককপদি নত্তে হায়বসিদি ঐখোইনা খঙই মিত্ত শেরান্নবা উহম্বতনি ; মরম অসিনা মতাং অসিদা প্রত্যক্ষ প্রমাণগী দোষ লৈরে। অহুগা মুম মন্নুংগুম্ব ইখা খাজিন্ব মকম অমদা হৌজিক্ত মুখৎপদা ঙাইরিবা মৈদগী থোক্লকপা মৈখু উরগা মকম অহুদা মৈ লৈ হায়না ঐখোইনা লৌই। থাঙ্গেশেংবদি মকম অহুদা মৈ লৈত্রে ( হান্ন লৈরম্ববস্থ ), মরম অসিনা মকম অসিদা 'অনুমান' গী দোয লৈরে। পুন্নমক অসি নত্তনা শ্রুতি বাক্যদদি ভ্রমপ্রমাদনচিংব দোষ করিসু লৈতে মরমদি—মহুদি ভগবদ বাক্যনি। ভগবাননা ঋষিশিংগী মন্নুংদ শব্দো-ক্লম্বনি। মরম অসিনা শ্রুতি বাক্যগী প্রমাণতনা অথোইবা প্রমাণনি, শ্রুতিগী অমদি বেদগী মরুওইবা অর্থ অহুতনা প্রমাননি মহুতবু লৌগদবনি। বেদনা হায়রি— হায়রিবা মাশিং অহু বেরা তৌদনা মী পুন্নমক্ল লৌনরি। মসিবু প্রভুনা ভট্টাচার্য্যদা উৎলি। মোইবুং হায়বসি জীব মখল অমগী শরন্নি অহুগা বম্বী হায়বসিসু বনগী মথৌনি ; জীবগী শরন্ন অমসুং মথী হায়বসি মহোশানা অমাংবা অমসুং শোকপা য়াদবা ওইরবস্থ মোইবুং অমসুং, বম্বী অনি অসিদি য়াম্ন শেংব পোৎ

ঙাক্তনি হায়না লৌনরি ময়মদি বেদনা পোৎ অমি অসিবুদি অশেংবনি হায়রম্লে। মোইবুংদ হাপ্ল ঈশিং অমস্নুং ষস্থীনা শোক্লগা অমাংব পোৎস্নু শেংই। ময়ম অসিনা বেদবাক্যগী প্রমাণতনা অথোইবা প্রমাণনি। বেদদি মশানা মশাগী প্রমাণ ওইজবনিনা মানা হায়রিবা পুম্নমক চুম্মী।]

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা সার্ব্বভৌমদা মাগী বেদান্তগী অর্থ অহু তশেংন কোংদোক্লে হায়বহুগী প্রমাণ তৌহুনা হায়রক্লি,— "ব্যাসদেবগী সূত্রগী অর্থ অসিদি নুমিৎকী মঙালগী মতৌগুম্ন তরু তরুই শেংই অহুগা শঙ্করচার্য্যগী ভাষ্য অসিনা অমংবা নোংগী মতৌ-গুম্ন ব্যাসকী অশেংব সূত্রগী অর্থ অহুবু খুমহিল্লি হায়বদি তশেংন পুথোক্লে। মংলিবা নোং অহু লাপ্ল হুমদোকখ্রবদি নুমিৎকী মঙাল তরু তরুনা উবা ফংব অহুগুম্ন শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্য অহুস্নু তোঙাম্ন থম্লগা বেদান্ত সূত্রগী মরুওইবা অর্থ খঙবা ঙম্মী। মংলিবা নোং অহু হাইদোকখ্রিবা মখৈ নুমিৎ মঙাল উবা ফংদবা অহুগুম্ন শঙ্কর-চার্য্যগী ভাষ্যগী মতুংইন্ন অর্থ তৌরিবা মখৈ বেদান্ত সূত্রগী অশেংব অর্থ খঙলরোই।

টীকা— [সূত্রগী অর্থবু নিংথিনা ফোংদোকপনা ভাষ্যগী লক্ষণনি; লক্ষন অসি লৈত্রবদি ভাষ্য কৌবা য়াদে। ষষ্ঠপরিচ্ছেদগী পয়ার ১২৩—১৩০ ফাওবগী মমুংগী অর্থদগী খঙবদি—শঙ্করচার্য্যনা তৌবা ভাষ্যনা ব্রহ্মসূত্রগী অশেংব অর্থবু ফোংদোক্লনা থোইদোক্লত্রম খুমজিল্লি, ময়ম অসিনা শঙ্করচার্য্যগী ভাবাদা ভাষ্যগী অশেংব লক্ষণ লৈত্তে; ময়ম অসিনা ভাষ্য অসিবু অশেংব ভাষ্যনি হায়বদা চুমদে —মসিমরু পয়ার করামুক্কী মমুংগী ভাবনি।]

অসিগী তুংদ অমুকস্তু প্রভুনা মখা তাথরক্লি—"বেদ-পুরাণদা মশক লেপ্লিবা ব্রহ্ম অতুমক্ক খ্বাইদগী চাউবনি অমসুং মতুদা ঈশ্বরগী খুদম পুন্নমকস্তু লৈবনি। মাগী স্বরূপনা, শক্তিনা অমসুং থবক্ক পুন্নমক্কগী হেন্ন চাওবনি; অসিগুম্ব ব্রহ্মদা ঈশ্বরগী লক্ষণ পুন্নমকস্তু মপুং ফানা লেণ্ডদনা লৈ।"

টীকা—[ বেদদা ব্রহ্মগী তত্ত্ববু লেপ্লিবা মতুগী প্রমাণদি :— 'সত্যং জ্ঞানমনন্তং ব্রহ্ম।' তৈত্তিরীয়॥ ২॥ ১॥ 'সত্যং··· ব্রহ্ম' সর্ব্বোপনিষ্যসার॥ ৩॥' যতো ··তদ্ব্রহ্ম'॥ তৈত্তিরীয়॥ ৩। ১॥ অসিনচিংবা। অতুগা পুরাণদা ব্রহ্মগী তত্ত্ববু লেপ্লিবা মতুগী প্রমাণদি : 'জন্মাদস্য যত'—শ্রীভাঃ॥ ১। ১। ১॥ 'স্থিত্যুদ্ভবপ্রলয়হেতুরস্য যৎ ···' শ্রীভা : ১১। ৩। ৩৬॥ 'যস্মিন্নিদ' যতশ্চেদং···' শ্রীভাঃ ৬। ১৬। ২২॥ অসিনচিংবা। ব্রহ্ম হায়বা রাহৈ অসিনা অচৌবা পোৎ অমসুং ঈশ্বর অনিমকপু খণ্ডনৈ অতুগা রাহৈ অসিগী মরুওইবা অর্থদদি অচৌবা পোৎপু খণ্ডহল্লি। তৌইগুম্বসুং আকাশনচিংবস্তু অচৌবা পোৎনি হায়তুনা ব্রহ্ম ওইবা য়ারুব্রা? চিংনবা অসি কোক্ক-নবগীদমক অস্তুন্ন হায়রি— নত্তে, আকাশনচিংবদি অচৌবা পোৎ ওইরবস্তু ব্রহ্ম নত্তে; মরমদি আকাশনচিংবদি অশিবা হায়বদি মথরাই পান্দবা পোৎনি; অতুগা ব্রহ্মদি মথরাই পান্দবা নত্তে, ব্রহ্মদি চিন্ময়নি (জ্ঞানগী মশক ওইবা): ব্রহ্মগী লক্ষণদি অসিনি-মাদি ঈশ্বরনি, মাদি জগৎপু শেম্বিরিবনি, ভাকশেম্বিরিবনি-অক-কত্ত -পুন্নমকপু তম্বিরিবনি; মাদি পুন্নমকী থরাইনি; আকাশকী মতৌ-

গুম্ন মথরাই পান্দবা নত্তে; মাদি ঐশ্বর্য্য তরুক্ক তিল্লবা স্বয়ং ভগবাননি, মরম অসিনা মাদি সবিশেষ অমদি সাকারনি হায়বদি মওং নাইবনি; মাদি নির্ব্বিশেষ অমদি নিরাকার নত্তে হায়বদি মাদি মওং নাইদবা নত্তে। ব্রহ্মসূত্রগী 'অথাতঃ ব্রহ্মজিজ্ঞাসা' হায়বা অহাম্ব সূত্র অসিগী শ্রীভাষ্যদা অসুম্ন হায়রি - 'ব্রহ্মশব্দেন চ ··· অতোব্রহ্মশব্দস্তত্রৈব মুখ্যবৃত্তঃ॥' হায়বদি ব্রহ্মশব্দগী মরুওইবা অর্থদা কল্লিগুম্ব দোষ অমত্ত লৈতবা মহাক অদু অমসুং অরোই অথম নাইদবা মঙ্গলগী, গুণগী তুংনফম ওইবা পুরুষোত্তম অদুবু খঙহল্লি। ব্রহ্ম হায়বা ৱাহৈ অসিগী হীরম খুদিংমক্ত স্বরূপতা, গুণদা অচৌবা পোৎপু খঙনৈ; মাদি পুন্নমক্কী মপুনি মরম অসিনা পুন্নমক্কী মপু ওইবা ঈশ্বর অদুমক্ক ব্রহ্ম শব্দগী মরু ওইবা অর্থনি। মফম অমদনা 'এবং চিন্মাত্রবপুষি পরে ব্রহ্মনি—।" হাযবা অসিনা খঙহল্লি পব ব্রহ্মগী দেহদি চিন্ময় দেহনি। অমুকসু লৈরি 'সবিশেষং ব্রহ্ম—'ব্রহ্মদি সবিশেষ হায়বদি সাকারনি। ব্রহ্মগী থোইদোকপা মশক লৈবিবা অদুসু উপনিষদতগী সু খঙবা ঙম্মী। ব্রহ্মগী মওং অনিগী মশক লৈ—মূর্ত্ত অমসুং অমূর্ত্ত। শঙ্করাচার্য্যনা হায়রম্লিবা নির্ব্বিশেষ স্বরূপ হায়বদি শরাইদবা মওং অদুসু ব্রহ্মগী মশক অমনি হায়বদি ব্রহ্মগী অমূর্ত্ত স্বরূপনি। অসিগুম্ব স্বরূপ অসিদি অব্যক্তনি হায়বদি ফোংদোক্তবনি; অদুবু স্বরূপ অসিনা পরতত্ত্বদি নত্তে—মসিমক ভক্তি শাস্ত্রগী মতনি।]

ব্রহ্মগী থোইদোকপা গুণশিং অদু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অমুকসু সার্ব্বভৌমগী মফমদা হায়রক্লি— "ব্রহ্মদি ঐশ্বর্য্য মখল পুন্নমক

শুনা ঙিম্বনি। মাদি ঈশ্বরনি—মাগী ঐশ্বর্য্য লৈ মরম অদুনা মাদি শোয়দনা সাকার হায়বদি মওং নাইবনি ; তৌইগুম্বসুং শঙ্করাচার্য্যনা অসিগুম্ব ব্রহ্মবু নিরাকার হায়বদি মওং নাইদবনি হায়না ব্যাখ্যা তৌরম্মী। থাঙ্গৈশেংবদি ব্রহ্মদি নিরাকার নত্তে। অদুগা শ্রুতি খরনা ব্রহ্মবু নিরাকার, নিগু´ণ হায়না বর্ণনা তৌবম্মী। মদুগী থাঙ্গৈশেংবসু অদুগুম্ব ব্রহ্মগী মওং লৈরিবা অদু প্রাকৃত নত্তে অপ্রাকৃতনি হায়বনি।"

টীকা—[ শ্রুতি পুন্নমক্ত ব্রহ্মবু নির্ব্বিশেষ ( দেহ মীৎ-নাকোং-নচিংব ইন্দ্রিশিং গুণনচিংব লৈতবা ) হায়না হায়রম্মী— 'অশরীরং শরীরেবনবস্থেস্ববস্থিতন্। মহান্তং বিভুমাত্মানং মত্বা ধীরো ন শোচতি ॥' কঠোপনিষদ ॥ ২ । ২২ ॥ অ´সগুম্ব শ্রুতিনা ব্রহ্মবু হকচাং নাইদবা( লৈতবা) হায়রম্মি। 'অপানি পাদো জবনোগৃহীতা পশ্যত্য-চক্ষু : স শৃণোত্যকর্ণ :।' শ্বেতা ৩। ১৯ ॥ শ্রুতি অসিনা হায়রম্মী—ব্রহ্মগী খুৎ লৈতে, খোঙ পান্দে, মীৎসু পান্দে তৌইগুম্বসুং মানা লৌই, তৌই, চৎলি, য়েংই, তাঈ।

অমবু ওইররসু অমবু ওইরবসু মথক্কী শ্লোক 'অশরীরং' নচিংব কঠোপনিষদকী রাদা ব্রহ্মবু হকচাং পান্দবা হায়রম্মী ; অদুবু শ্লোক অসিগী হেক মথংগী শ্লোক্ত হায়রি 'নায়মাত্মা প্রবচনেন লভ্যো ন মেধয়া ন বহুনা শ্রুতেন। যমেবৈষ বৃনুতে তেন লভ্যস্তস্যৈষ আত্মা বৃনুতে তনূং স্বাম। কঠ ॥ ২। ২৩ ॥ আত্মা অসি বেদ য়াম্ন তমলুবা —হৈক্কবনসু ঙংব ঙম্ব নত্তে, বুদ্ধি লৌশিংনসু ঙংব ঙম্ব নত্তে,

বেদ য়াম্ন তারুবনস্থ ফংওমদবনি : অসিগুম্ব আত্মা অসিদি মওোন্দ কখোক্লবা, চংজরবা মাতনা ফংব ওম্মী, মাগী মফমতদা আত্মানা মাগী হকচাং হায়বদি অশেংব মশক (স্বরূপ) ফোঙদোকই।

শ্রুতিগী রা অসিদগী খওবা ওম্মী — ব্রহ্মগী— আত্মাগী মশাগী 'হকচাং' -লৈ মরম অসিনা মহাক হকচাং পাম্বনি ; অতুবু মথক্কী শ্লোক মাবু হকচাং লৈতবা হায়খরে। মসিগী অমত্ত ওইবা রারেপতি ব্রহ্মগী প্রাকৃত ওইবা হকচাং লৈতে (২।১১) ; অতুগা অপ্রাকৃত ওইবা হকচাংদি লৈ (২।২৩)। কঠোপনিষদকী মথক্কী শ্লোক (২।২৩) দগী খওই, মতুদি—ব্রহ্মগী চংজরক্লববু কৃপা তৌবিনবগী শক্তি লৈ, মশাগী হকচাংবু সাধকশিংগী মফমদা ফোঙদোকপিন-বগী শক্তিস্থ লৈ ; মরম অসিনা মাদি শক্তি লৈতবা ইন্দ্রিনচিংব লৈতবা নত্তে, অতু ওইরবস্থ মওোন্দ প্রাকৃত শক্তি-মায়াগুণদগী পোকপা শক্তি লৈতে হায়বদি অচুম্বনি ; তৌইগুম্বস্থং অপ্রাকৃত ওইবা শক্তিদি অরোইবা নাইদনা লৈ ; মতু শ্রুতিনস্থ হায়রি— 'পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে'—ব্রহ্ম অসিগী মখল মখা অয়াম্বা পরা (অপ্রাকৃত) শক্তি লৈ। শ্বেত।৬।৮॥ অমুক 'অপানিপাদো জবনোগৃহীতা পশ্যত্যচক্ষু : স শৃণোত্যকর্ণ:' ব্রহ্মগী খোঙ লৈতে অতুবু চৎলি ; খুৎ লৈতে অতুবু লৌই, মীৎ পান্দে অতুবু য়েংই, উই ; নাকোং পান্দে অতুবু তাঈ। প্রমাণ অসিনা হায়রি—ব্রহ্মগী ইন্দ্রিনচিংব লৈতে ; মরম অসিনা নিরাকারনি। মথক্কী 'অপানিপাদো' হায়বা শ্লোক অসিদা ব্রহ্মগী ইন্দ্রিশিংগী থবক লৈ হায়বসি তশেং

তশেংন খগুই ; ইন্দ্রি লৈত্রবদি ইন্দ্রিগী মথৌ কমদৌনা ভৌগদগ? মীৎ লৈতনা কমদৌনা উরি? খোঙ লৈতনা কমদৌনা চৎকনি? মরম অসিনা ইন্দ্রিগী থবক (মথৌ) লৈরবদি, ব্রহ্মগী মীৎ নাকোংনচিংব ইন্দ্রিশিংস্থ লৈবা তাই। হংব য়াই—ইন্দ্রিনচিংব লৈরবদি 'অশরীরং শরীরেষু'—অসিনচিংব কঠোপনিষদকী ৱাশিংদ ব্রহ্মবু হকচাং পান্দবা হায়রিবা করিগীনো? 'অপানিপাদো' অসিনচিংব ৱাশিংগী মতুংইন্না খোঙ-খুৎনচিংব লৈতে হায়রিবনা করিগীনো? মসিগী পাউখুমদি—'প্রাকৃত ওইবা মঙং, প্রাকৃত ওইবা ইন্দ্রিনচিংবগী মরমদা খল্লরগা ব্রহ্মবু নিরাকার হায়বনি, হায়রবদি ব্রহ্মগী প্রাকৃত ওইবা মঙং লৈতে, প্রাকৃত ওইবা মশক লৈতে, প্রাকৃত ওইবা ইন্দ্রি লৈতে। প্রাকৃত ওইবা জীবগী হকচাংদ শরন-মতোং ঈনচিংবনা শেমগৎপ অতুগুম্ব ব্রহ্মগী হকচাংস্থ লু-তোংন শেমগৎপ নত্তে'। ব্রহ্মগী হকচাং অমসুং ইন্দ্রিন-চিংবদি শুদ্ধসত্ত্বগী মশক্তি অপ্রাকৃতনি, চিন্ময়নি। মসিগী প্রমাণদি শ্রীলঘুভাগবতকী কৃষ্ণামৃতগী 'যোসৌ নির্গুণ……পূর্নানন্দ ঘনাকৃতিঃ ॥ ২১৫ ॥ অসিনচিংবনা প্রমাণনি।

প্রকৃতি নত্রগা মায়াদগী পোকপা অদুবু প্রাকৃত কৌই। প্রকৃতি-দগী পোকপা নত্তবা প্রকৃতিবু শেম্বগী মমাংদগীস্থ লৈরক্লবা অদু প্রাকৃত ওইবা য়াদে মদুদি অপ্রাকৃতনি, চিন্ময়নি। ব্রহ্মদি মতমগী মমাঙদগী লৈরক্লবনি মরম অসিনা মাদি 'নিত্যো নিত্যানং' কঠ। ।২।২।১৩॥ সৃষ্টিগী মমাংদস্থ মহাক লৈরম্মী, 'সদেব সৌম্য ইদমগ্রআসীৎ। ছান্দোগ্য ।৬।২।১॥' সৃষ্টিগী অহৌবদা মায়াগী

মকমদা দৃষ্টি তৌরম্মী 'তদৈক্ষত বহুস্যাং প্রজায়েয়। ছান্দোগ্য ৬।২।৩॥' মরম অসিদা সৃষ্টিগী মমাংদসু ব্রহ্ম লৈরম্ব মরম্ম মাগী দেহ অমসুং ইন্দ্রিয় শং অদু প্রাকৃত ওইবা য়াদে।]

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা ব্রহ্মগী তত্ত্ববু অমুকসু শাস্ত্রনচিংব চংখোম্ব হৈরবা পণ্ডিত সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মকমদা হায়রক্লি—"তৈত্তিরীয়োপনিষদকী রা মতুংইম চাদ, থরায়, পুক্লিং, বিজ্ঞান অমসুং মুংঙাইবা হায়বশিং অসিগী মতেংতনা মচাক মওানা তিন্ব পোৎশিংন হিংতুনা লৈ হায়তুনা 'অন্নংব্রহ্ম', 'প্রাণোব্রহ্ম', 'মনোব্রহ্ম', 'বিজ্ঞানংব্রহ্ম' অমসুং "আনন্দংব্রহ্ম" হায়না হায়রম্মী। মরম অসিদগী চক থরায় পুক্লিংনচিংব খুদিংমকপু ব্রহ্ম কৌই হায়হুনা শম্ন অমুম্ন হায়বা য়াই মতুদি—ব্রহ্মতনা পোৎ পুন্নমকপু হিংহল্লিবনি। অসিগুম্ব পুন্নমক্কী পোকক্কম ওইবা ব্রহ্ম অসিদা সৃষ্টি অসিনা মাওবা মতমদসু পোৎ পুন্নমক য়াম্ন কুপ্লবা মওংদা তিনশিনখি"

প্রভুনা ব্রহ্মগা তাইবংপান্বগা অনিগী মরক্ত হৈনবা মরীহুসু হায়রক্লি—"সৃষ্টি অসিগী মরীদা ব্রহ্ম অসি অপাদান, করণ অমসুং অধিকরণ হায়বা কারক মখল অহুম অসিগী মওংনি হাযবদি পোৎ অমদগী অতোপ্প পোৎ অমা চৎথাকখিবা অদুবু অপাদান কারক কৌই। খুদম—মপাদগী মচা থোক্লকপনি; মকম অসিদা মপা অসি অপাদান কারকনি। অহুম্ন ব্রহ্মদগী তাইবংপান্ব পোক্লকই,—মরম অসিদগী ব্রহ্ম অসি অপাদান কারকনি। কবিগুম্ব থবক অমা পাওথোক্লবগী মরম (খুৎলাই) ওইরিবা অদু করণ কারক কৌই। খুদম—

কলমনা লাইরিক ই; মকম অসিদা খুৎন ইবনি হায়রবসু থাজৈশেংবদি কলমনা ইবা হাযবা থবক অতুগী চপচাবা মরম ওই। মরম অসিনা কলম অসি করণ কারকনি। অসুম্ন চারুচিংবগী মশক ওইবা ব্রহ্মতনা তাইবংপাম্বনা সৈরিবা জীবশিংগী থরায় হিংনবগী মরম ওইবদগী ব্রহ্ম অসি করণ কারকনি। তুংনফম ওইবা অতুবু অধিকরণ কারক কৌই। খুদম—চফুদা ঈশিং লৈ—মকম অসিদা চফু অসিনা ঈশিংগী তুংফম্নি; মরম অতুদগী চফু অসি অধিকরণ কারকনি। অসিগুম্ন ব্রহ্মাদা তাই-বংপাম্ব পুম্নমক তিনশিল্লি হায়রুনা ব্রহ্মদা তাইবংপাম্ব পুম্নমক লৈ হায়রুনা ব্রহ্ম অসিমক তাইবংপাম্বগী তুংনফম্নি। মরম অসিদগী ব্রহ্ম অসি অধিকরণ কারকসু ওই।

ব্রহ্মদগী তাইবংপাম্ব পোকই, ব্রহ্মগী মতেংন তাইবংপাম্ব অসি তিংহুনা লৈ অমসুং ব্রহ্মাদা তাইবংপাম্ব লৈ। মসিদগী খঙই মতুদি— ব্রহ্মগী তাইবংপাম্ব শেম্নবগী পাঙ্গল লৈ, তাইবংপাম্ববু য়োক-থারুবগী পাঙ্গল লৈ অমসুং তাইবংপাম্ববু চঙজফম পীনবগী পাঙ্গলসু লৈ। পাঙ্গল পুম্নমক অসিদা থোইদোক হেন্দোক্ন পাঙ্গল লৈ হায়রুনা ব্রহ্মবু সবিশেষ ( শক্লাইবা ) হায়না খঙনৈ। মথক্ত হায়খিবা কারক অহুম অসিনা ভগবানগা সবিশেষ ওইবগী খুদম্নি অমসুং প্রমাণনি। ঐশ্বর্য্য লৈবা অহু ভগবাননি; ব্রহ্মগী শক্তি লৈ, শক্তি অদুগী অঙকপসু লৈ; শক্তি অতুগী অঙকপা অমদি মখল-মথা য়াম্ব অদুমক ঐশ্বর্য্যনি; মরম অসিনা ব্রহ্মগী ঐশ্বর্য্যসু লৈ; মরম অসিনা ব্রহ্ম হায়বা অসিমক ভগবাননি। ব্রহ্মনা ভগবান ওইবা অমদি মূর্ত্তি নাইবগী প্রমাণদি

মাদি তাইবংপানবগা মরী থাংনবদা অপাদান কারকনি, করণ কারকনি অমসুং অধিকরণ কারকনি। সৃষ্টিগী মমাঙদা ভগবান নত্তনা অতৈ লৈরমদে। সৃষ্টি তৌরবগী তুংদতা অন্তর্য্যামিগী মশক ওইনা শেম্লিবা পোৎ খুদিংদ চংখি। অদুগা সৃষ্টিগী মম ঙদা ভগবাননা (ব্রহ্মনা) তাইবংপান অসি শেম্বিরগে হায়না নিংলকপা অদু তৈত্তিরীয় উপনিষদকী ২।৬ শুবনা তশেংন উৎলি ; অদুগা ভগবাননা তাইবংপান অসি শেম্বিবগে হায়দুনা মাযাগী মফমদা যেংবিরকপা অসিবু ছান্দোগ্য উপনিষদকী ৬।২।৩ শুবনা প্রমাণ উৎলি।"

মসিদা য়েংগদবদি—নিংব হাযবসি পুক্লিংগী থবক অমনি, পুক্লিং লৈত্রবদি নিংব যাদে ; সৃষ্টিগী মমাংদ ভগবাননা তাইবংপান শেম্নবগী নিংলকপা অসিনদি মাগী পুক্লিং লৈ হাযবসি তশেংন খঙলে অদুগা তাইবংপান শেম্নবগীদমক প্রকৃতি হায়বদি মাগী মফমদা যেংলকই হায়বা অসিনা ব্রহ্মগী মীৎ পাক্লি হাযবসিনসু তশেংনা খঙলে। অহান্বদা ব্রহ্মনা সৃষ্টি তৌগে নিংলকপা মতম অদুদা থাঙ্গৈশেংন প্রাকৃত সৃষ্টিদি তৌদ্রি ; মরম অসিনা মতমদুদা প্রাকৃত ওইবা পুক্লিং মীৎনচিংবসু শেমদ্রি। মরমদি ভগবানগী নিংলকপ অদুগী তুংদতা প্রাকৃত-সৃষ্টি তৌবনি, অদুবু মতম অদুদসু ব্রহ্মগী পুক্লিং অমসুং মীৎ লৈবম্লবনি নত্রবদি মানা নিংব অমসুং যেংব ঙম্লোইদবনি মসিদগী থাঙ্গৈশেংন খঙবা ঙম্মী—ব্রহ্মগী পুক্লিং অমসুং মীৎনচিংস অদু প্রাকৃত নত্তে অপ্রাকৃতনি। ব্রহ্মগী অপ্রাকৃত ওইবা মীৎ নাকোংনচিংব লৈ ; মরম অসিনা মহাক সাকারনি।

প্রভুনা অমুকস্থু হায়রকই—"ব্রহ্মাতনা সৃষ্টি স্থিতি অমস্থং প্রলয়নচিংবগী মরম্নি; ব্রহ্মগী মপান নাইদনা পাঙ্গল লৈ, ব্রহ্মগী প্রাকৃত ওইবা হকচাং লৈত্রবস্থু অপ্রাকৃত ওইবা হকচাংদি লৈ,—পুম্নমক আসদি য়ারে অদুবু ব্রহ্ম আসিবু কনানো? ব্রহ্ম হায়বদি স্বয়ং ভগবানবু খঙনৈ। স্বয়ং ভগবান হায়বদি কনানো? শ্রীকৃষ্ণএক স্বয়ং ভগবাননি; বেদনচিংব শাস্ত্র কয়াদা মসিগী প্রমাণ ফংই। প্রমাণ খরদি আসনি—'কৃষ্ণো বৈ পরমদৈবতম। গোপাল তাপনী শ্রুতি। ১। ৩'; 'ঈশ্বর: পরম: কৃষ্ণ সচ্চিদানন্দবিগ্রহ:। অনাদিরাদির্গোবিন্দ: সর্ব্বকারণ কারণম্॥ ব্রহ্ম সংহিতা। ৫। ১।'; কৃষির্ভূবাচক শব্দোণশ্চ নির্বৃতি-বাচক:। তয়োরৈক্যং পরং ব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে॥' অসিনচিংবশিং আসনা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্মনি হায়বগী অমস্থং স্বয়ং ভগবাননি হায়বগী মরমদা ওইবা শাস্ত্রগী প্রমাণনি।

শাস্ত্রগী প্রমাণগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণ অসি স্বয়ং ভগবাননি হায়রে; অদুবু রা আসি বেদদা তশে. তশেংন উৎলমদ্রিবা করিগীনো? মদুদি পাউখুমদি— শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং ভগবাননি হায়বসিদি বেদদস্থু হায়রি; অদুবু বেদগী মনুংগী ভাব অদু ঐখোইনা খঙবা ঙমদে: মরমদি বেদগী অর্থদ য়াম্না থুপই, লু, ইরাংলনা খঙবা ঙমদে; মরম অসি কুনা ব্যাসদেবনা জীবশিংগী মকমদা থোজলবিদুনা বেদগী মনুংগী ভাব য়াওবা পুরাণনচিংব লেংলম্মী; বেদগী রাশিং অদুমক পুরাণদা অরায়বা লোন্দইরে; মরম অসিনা পুরাণগী রাগা বেদগী রাগা মনুংগী ভাব অমত্তনি। অসিগুম্ব পুরাণ পুম্নমকী মনুংদ শ্রীমদ্ভা-গবতনা অথোইবনি, অসিগুম্ব শ্রীমদ্ভাগবত অসি ব্যাসদেব মশামক

ইবা বেদান্ত সূত্রগী হোংব্রবা,মওংনি। মরম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়রিবা অহু বেদ অমসুং বেদান্তনা তাক্লিবা অহুমক্নি। শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং ভগবাননি হায়বসি শ্রীমদ্ভাগবতনা তশেংনা হায়রি—'এতে চাংশকলা : পুংস: কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ং। ১।৩।২৮' অসোগ মথাদা ইরিবা শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক অসিনসু শ্রীকৃষ্ণবু পূর্ণব্রহ্ম-স্বয়ং ভগবাননি হায়বগী প্রমাণ পীরি—

অহো ভাগমহো ভাগ্যং নন্দগোপব্রজৌকসাম

যন্মিত্রং পরমানন্দং পূর্ণং ব্রহ্ম সনাতনম। ভা: ১০।১৪।৩২॥

গোপ নিংথৌ—নন্দ অমসুং ব্রজদা লৈরিবশিং অসি কয়াদা অংকপা শংনা ফগ্রবা মরাইবক্নো। পরমানন্দস্বরূপ ওইবা সনাতন ওইবা পূর্ণব্রহ্মনা মখোইগী মরূপ ওইবি।"

মথক্কী শ্লোক অসি ষন্নী-ষনাও তৌবাদুবগী তুংদ শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজরবগী মতাংদ ব্রহ্মানা নন্দ মহারাজ অমসুং অতৈ অতৈ ব্রজবাসীশিংগী মবাইবক্ফবা অহুবু থাগত্নুনা হায়খিবনি। পরব্রহ্ম ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু নচা ওইনা ফংজবা নন্দমক গোপশিংগী নিংথৌ নন্দবু মরাইবক ফৈ হায়বনি। অহুগা ব্রজবাসীশিংগী মবাইবক ফবনা— মখোই খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণবু চান্নববা ওইনা ফংজরি, শ্রীকৃষ্ণবু কনানা মরুপমপাং ওইনা, কনানা মচা ওইনা, কনাগুম্বনা থরাইগী মপু ওইনা অসিনচিংব মওং কযাদা মরী থাংনবা ফংজরি। অসিগুম্ব শ্রীকৃষ্ণ অসিদি কনানো, কমদোবনো? মহাক্তি পরমানন্দ স্বরূপনি; সচ্চি-

দানন্দরূপনি, আনন্দঘন মূর্ত্তিনি ; অবাৎপা লৈতবনি ; সনাতন হায়বদি লেঙদবনি। অহৌবা লৈতবা মতমদগী হৌনা মহাক্তি লৈরক্লবনি অমসুং অরোইবা লৈতবা মতম ফাওবা মাদি লৈখিগদবনি। অসিগুম্ব অসিবু শ্রুতিনা ব্রহ্ম হায়না কৌই। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ-মক ব্রহ্মনি। শ্লোক অসিদা নন্দগোপ অমসুং ব্রজবাসীশিংগী লেঙ-দবা মরূপ অতুমকপু পরব্রহ্ম কৌবি, মখোইগী লেঙদবা মরূপতি শ্রীকৃষ্ণনি; মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণমক পূর্ণব্রহ্মনি হাযবসি হায়রি। ব্রহ্মগী অপ্রাকৃত ওইবা মওংনচিংব লৈ হায়বসিসু শ্লোক অসিদা ফোংদোক্লি। মরমদি মহাক্তি ব্রজবাসীশিংগী লেঙদবা মরূপনি, মরম অতুনা মহাক শোয়দনা মওং নাইদবা নত্তে।

প্রভুনা অমুকসু ব্রহ্মগী শকওং নাইবা অমসুং শকওং নাইদবা অতুগী মরমদা শ্রুতিশিংগী বাশিং অতু নৈনতুনা উৎলি, শ্রুতি পুম্নমক অতুনা ব্রহ্মবু খোঙ-খুৎ পান্দবা হায়রিবা অদুগী অশেংব অর্থদি প্রাকৃত ওইবা খোঙ-খুৎ পান্দে হায়বা ফোংদোকপনি। শ্রুতি-শিং অসিনা অমুকসু হাযরি- ব্রহ্মদি থুনা চৎলি, পুম্নমক লৌই। মখোঙ পান্দ্রবদি কমদৌনা চৎকনি, মখুৎ পান্দ্রবদি কমদৌনা লৌ-গনি ? অতুবু শ্রুতিনা ব্রহ্মদি চৎলি, লৌই হায়রিবা অসিসু মিনম্ব ওইবা য়ারোই, মরম অসিনা ব্রহ্মগী লেপনমক খোঙ-খুৎ লৈ; তৌই-গুম্বসুং খোঙ-খুৎ লৈরবদি শ্রুতিনা অমুক 'অপানিপাদ' হাযরিবা করিগীনো ?

ব্‌্রহ্মগী খোঙ-খুং পান্দে হায়বসিন্থ মিনম্ব ওইবা য়ারোই। ময়ম অসিনা শ্রুতিনা হায়রিবদি ব্‌্রহ্মগী প্রাকৃত ওইবা খোঙ-খুং লৈতে, অপ্রাকৃত ওইবা খোঙ-খুংন চংলি অমস্থং লৌই। ময়ম অসিনা অশেংব য়ারোলদা শ্রুতিনা ব্‌্রহ্মবু সবিশেষ ( সাকার) হায়বদি শকওং নাইবা হায়রিবনি। মরু ওইবা অর্থ হন্দোক্লগা চুম্নগী লক্ষণ খয়দং লৌরগা সবিশেষ ওইবা ব্‌্রহ্মবু নির্ব্বিশেষ নিরাকার) হায়বদি শকওং নাইদবা হায়রুবনি। ব্‌্রহ্মদি ঐশ্বর্য্য তরুক্ত তিম্বনি। অহুম্ব ঐশ্বর্য্য তরুক অহদি, (১) ঐশ্বর্য্য—পুম্নমকপু খুতুম চম্ব শুম্বগী মতৌ, (২) বীর্য্য— মণি অমস্থং মন্ত্রনচিংবগী মতৌগুম্ব মতিক-মগুণ; (৩) যশ— য়াহৈ, পুক্কিং অমস্থং হকচাংনচিংবগী অকবা গুণশিংন লৈতেংবগী মিংচৎ ; (৪) শ্রী—মখলমখা অয়াম্ব ললথুব ; (৫) জ্ঞান —পুম্নমকপু খঙবা অমস্থং (৬) বৈরাগ্য— মায়াগী ওইবা 'হায়বদি সংসারগী পোৎলমশিং অসিদা অপাম্ব লৈতবা. হায়রিবা তরুক অসিনা মপুংফানা লৈববু ঐশ্বর্য্য তকরু তিম্ব কৌই। অতুগা মহৌশানা ব্রহ্মদা পরা, অপাবা, মায়াশক্তি হায়বা শক্তি অহুম অসিনা লৈবনি, অদুবু নংন শঙ্করাচার্য্যগী মত মতুং ইন্দুনা ব্রহ্মগী শক্তি লৈতে হায়না লেপ্লি। মসিগী অরেপ্প মওং অদু বিষ্ণুপুরাণদা হায়রি—

বিষ্ণুশক্তি : পরা প্রোক্তা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা তথা পরা

অবিদ্যাকর্ম্মসংজ্ঞান্যা তৃতীয়া শক্তিরিষ্যতে

॥ ৬ । ৭৬১ ॥

অমুকস্থ বিষ্ণুপুরাণদা হায়রি—

হ্লাদিণী সান্ধণী সংবিত্তয্যেকা সর্ব্বসংশ্রয়ে।
হ্লাদতাপকারী মিশ্রা ত্বয়ি নো গুণবর্জ্জিতে

।১।১২।৬৯॥

পরাশক্তি হাযবিবা অসিনা অন্তরঙ্গা স্বরূপশক্তি; অপরাশক্তি হায়রিবা অসিনা তটস্থা নত্রগা জীবশক্তি অ স্নং অবিদ্যাকর্ম্মসংজ্ঞা হায়রিবসিনা মায়াশক্তিবু খণ্ডহল্লি। ব্রহ্মগী শক্তি অহুম লৈ হাযবসি শ্লোক অসিনা প্রমাণ ওৌবি। 'পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রুয়তে'— অসিনচিংব শ্রুতিগী প্রমাণ কযামুক ব্রহ্মগী নত্রগা ভগবানগী ওমথৈ লৈতবা পাঙ্গল লৈ হাযরি। অতুব শ্লোক অসিদা মাগী শক্তি অহুম লৈ হায়রিবা অসিগী অশেংগ ভাবতি অসিনি, ব্রহ্মগী অয়োইবা লৈতবা পাঙ্গল (অনন্ত শক্তি) অত্থবু কাংলুপ নাইনা খাযদোক্লবদি কাংলুপ (মখল) অহুমগী শক্তি লৈবা উই: অসিগুম্ব শক্তি অহুম অসিবু অথোইবা শক্তিনি হায়না লৌববদি মথোয়গী মপান নাইদবা অওকপ-শিং অতু ওমথৈ নাইদবা পাঙ্গল ওংনা উগনি। 'কৃষ্ণের অনন্তশক্তি তাতে তিন প্রধান। চিচ্ছক্তি মায়াশক্তি: জীবশক্তিনাম।২।৮।১১৬' মথক্ত হায়খিবা বিষ্ণুশক্তি: নচিংব শ্লোক্ত পবা নত্রগা অন্তরঙ্গ স্বরূপ-শক্তিগী রা হায়খ্রে: অসিগুম্ব স্বরূপশক্তি অসিমক মওং অহুম থোক্ল কোংদোকই; মওং অহুম অসিগী মমিংদ—হ্লাদিণী, সন্ধিণী অমস্নং সংবিৎ।

'স্বরূপ-শক্তি হয় তিনরূপ। আনন্দাংশে হলাদিণী, সদংশে সন্ধিণী। চিদংশে সংবিৎ-যারে জ্ঞান করি মানি ॥২।৮।১১৮-৯।' শ্লোক অসিদগী মসিমস্তু প্রমাণ তৌরে মর্থাদ—বিষ্ণুশক্তি : নচিংব শ্লোক্ত হায়রিবা পরা ( অন্তরঙ্গা স্বরূপশক্তি ), অপরা ( তটস্থা জীবশক্তি ) অমসুং অবিদ্যা ( বহিরঙ্গ মায়াশক্তি ) হায়বা ব্রহ্মগী শক্তি অহুম অসি লৈরবসু থাঙৈশেংনমক পরা নত্রগা অন্তবঙ্গা স্বরূপ শক্তি অসি হলাদিণী, সন্ধিণী অমসুং সংবিৎ হায়রিবা অহুম অসিনা মাগী অথোইবা মওংনি, অসিগুম্ব স্বরূপশক্তি অসিমক ব্রহ্মগী নত্রগা ভগবানগী হায়বদি বিগ্রহদা লেঙদনা লৈবিবনি, অপরা নত্রগা তটস্থা অমদি জীবশক্তি অমসুং অবিদ্যা নত্রগা মায়াশক্তি অসিদি ভগবানগী স্বরূপ্তা লৈবা নত্তে।

[ তটস্থা—জীবশক্তিগী লৈকমগী ১রমদা ১।২ ৮৬ পযার অমসুং মাযাশক্তিগী লৈকনগী মরমদা ১।৫।৪৯ অমসুং ১।২।৮৫ পযার নৈনগদবনি। ]

'হলাদিণী' নচিংব শ্লোকী তংখাই অমগী মনুংগী ভাবতি অসিনি অকোম্ব তংখাইগী মনুংগী ভাবনা অসিনি স্বাত্বিকী ( হলাদকবী ) রাজসিকী ( মিশ্রা ) অমসুং তামসিকী ( তাপকাবী ) হায়রিবা প্রাকৃত শক্তি অহুম অসিদি ভগবানদা লৈতে, মরম অতুনা মসি প্রাকৃতগুণদগী তোঙাম্বনি। ব্রহ্ম নত্রগা ভগবানদা মশীং নাইদবা অপ্রাকৃত গুণ লৈরবসু মতুদা প্রাকৃত গুণ লৈতে অমসুং মশীং নাইদবা অপ্রাকৃত শক্তি লৈরবসু মাগী স্বরূপতা প্রাকৃত ( মায়াশক্তি ) লৈতে হায়বসি

শ্লোক অসিনা উৎলি। মসিমন্থু কোঙদোক্লি মন্থুদি—শ্রুতিবাক্য পুম্নমক্ব ব্রহ্মবু নিঃশক্তিক অমদি নির্গুণ হায়রিবা অসিগী মন্নুংগী অশেংব ভাবতি অসিনি—ব্রহ্মদা প্রাকৃত শক্তি লৈতে প্রাকৃত গুণসু লৈতে। অপ্রাকৃত শক্তি অমসুং অপ্রাকৃত গুণদি লৈ। অস্নুম অর্থ তৌত্রবদি শ্রুতিবাক্য পুম্নমক অসি মাম্নিনা লৌবা য়াদে।

ঈশ্বরগী স্বরূপাতি শরুক অহুমথোক্ল খায়দোকই—মতুদি, (১) সৎ-লেঙদনা লৈবা, (২) চিৎ-জ্ঞান অমসুং (৩) আনন্দ-নুংঙাইবা অমদি অথোইবা নুংশিবগী তুংনফম ওইবা। চিচ্ছক্তি অসি অমুকসু অহুমথোক্ল খায়দোক্লি—'আনন্দ'বু পুরগা হ্লাদিণী, 'সৎ' পু পুরগা সন্ধিণী অমসুং 'চিৎ' পু পুরগা সম্বিৎ শক্তি কৌই। ভগবানগী শক্তি পুম্নমক মওং অনিথোক্ল লৈ—অহাম্বদা শক্তি অতুগী মশক অতুদি মওং নাইদে, অতুগা অনিশুবদা শক্তি অতুগী মপু ওইবা অতুগী মওংদ শক্তম হায়বদি মওং নাই।

অন্তরঙ্গ—চিৎশক্তিনা শকওং নাইহনা ভগবৎপরিকর ভগবত ধাম অমসুং লীলাগীদমক্ত লৈবা পোৎলমগী মশক লৌহনা ভগবানগী সেবা তৌহনা লৈ। অতুগা অমুক শকওং নাইদবা ওইহনা ভগবৎ-স্বরূপ অমসুং পরিকরশিংগ লোয়ননা অনীংবা লীলানচিংব শান্নহনা লৈ; রাসনচিংব লীলা শান্ননিংবগী রাখল অহু রাসনচিংব লীলাদা শ্রীকৃষ্ণগী পেলহন্নবগীদমক ব্রজসুন্দরীশিংগী রাখল অমসুং ব্রজসুন্দরী-শিংবু পেলহন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী রাখল পুম্নমক অসি শরুাইদবা চিৎ শক্তিগী থবক্লি।

তটস্থা জীবশক্তিনা জীবগী মশক ওইনা কোঙদোকই। জীব মখল অনি শুই—নিত্যসিদ্ধ অমসুং সংসার আসক্ত। নিত্যসিদ্ধ জীব-শিংন অহৌবা লৈতবা মতমদগী হৌদুনা গকুড়নচিংব ভগবৎপরিকরগী মওংদ ভগবানগী সেবা তৌই ; সংসারদা লুপতুনা লৈবা সংসার আসক্ত ওইবা জীবসিংসু সাধক-ভক্ত নত্রগা মায়া কোক্লবগী তুংদ সিদ্ধভক্তগী মওংদ ভগবানগী সেবা তৌই অদুগা বহির্মুখ ওইবা মখোইসু নিত্য কৃষ্ণদাস হায়দুনা কৃষ্ণ ভক্ত ওই।

বহিরঙ্গ। মায়াশক্তিনা ভগবানগা য়াথংগী মতুংইন্ন সৃষ্টিনচিংব থবক তৌদুনা অমসুং সংসারগী মায়াগী মনুংদ জীববু উহন্দনা ( খঙ-হন্দনা ) সংসারগী বিষয় ফংহন্দুনা মাগী য়াথং ঙাকপা ওইনা সেবা তৌরি।

ভগবানগী চিৎশক্তিতনা মাগী ঐশ্বর্য্য তরুক্কী মওংদ ওস্থোকই ; মাগী ঐশ্বর্য্য তরুক অসি মাগী চিৎশক্তিনা মশক ওস্থোকপা অমদি কোঙদোকপা মওং অমনি। মকম খুদিংমক্ত মাগী ঐশ্বর্য্য অসি লেঙদনা লৈ, অদুবু অসিগুম্ব ঐশ্বর্য্য অসিগী মরুওইবা মরমদি চিৎ-শক্তি অসিনি, অসিগুম্ব শক্তি অসিবু নংন য়ানিংত্রি ; মসিমক নংগী অপঙ-থৌনাগুম্ব নত্তনা করিসু নত্তে।

ব্রহ্মগী মশক মওং নাইদে অমসুং শক্তি লৈতে হায়বা সার্ব্বভৌমগী ব্রা অহ ককথৎলবগী মতুংদ হৌজিক অমুক জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়বসি প্রভুনা ককথৎলি, "ঈশ্বরনা মায়াগী মপুনি ; মায়া অসি ঈশ্বরগী শক্তিনি হায়দুনা ঈশ্বর অসি শক্তিগী মপুনি ( শক্তিমাননি ) ;

শক্তিগী মপু ওইবদগী ঈশ্বরনা মায়াগী মপুনি অমসুং মায়াবু শেম্বি-বনি। অতুগা অমরোমদা মায়াগী মখাপোম্বনা জীবনি, মায়ানা খুমচত্ব অতু য়াবা তাবদগী জীবনা মায়াগী ওইবা সংসারদা লাকই অমসুং মায়াগী মতুং ইন্দুনা ম য়াগী ওইবা অরা-মুংঙাইবা ফংতুনা লৈরি। মায়াগী মথক্তা জীবগী করিগুম্ব অধিকার অমত্ত লৈতে, জীবনা মশাগী শক্তিতনা ঈশ্বরগী শক্তি ওইবা মায়াগী খুমচত্ব অতুদগী মশাবু ন'ম্হোকচবস্থ ঙমদে, মাযা অসি ঈশ্বরশক্তিনি হায়তুনা জীবদগী হেন্ন পাঙ্গল কল্লি; মরম অতুগা গীতানা হায়রি— দৈবী হ্যেষা গুণময়ী মম মাযা দুরত্যয়া মামেব যে প্রপদ্যন্তে মাযামেতাং তরন্তি তে ॥৭।১৪।' ভগবাননা হায়খি—ঐনা হায়খ্রিবা ঈশ্বরগী ওইবা মায়াগুণ অদুম অসি থাঙ্গৈশেংনবক লাম্হোকপা ৱাবনি, ঐবু নিংজবা মখোইতনা অসিগুম্ব মায়া অসিবু লাম্হোকপা ঙমগনি। ঈশ্বর অমসুং জীবগী মরক্ত খেন্নবা হায়ববু—ঈশ্বরনা মায়াগী শেম্বিবা মপুনি অদুগা জীবনা মাযাগী মখা পোম্বনি, মাযানা ঙাক-শেম্বনি: অদুবু শঙ্করাচার্য্যনদি মাগী ভাষ্যদা মাযাগী মখাপোম্ব জীববু মাযাগী মপু ওইবা ঈশ্ব'গা খেন্নদে হায়ৱি। মানা হায়রি—জীব অমসুং ঈশ্বর ( নত্রগা ব্রহ্ম ) খেন্নদে।"

মহাপ্রভুনা হায়বি—"মপুগা মখা'পাম্বগা খেন্নবা, নিয়ম শেম্বগা নিয়ম ইম্বগা খেন্নবা অদুগুম্ব ঈশ্বর অমসুং জীবস্থ খেন্নৈ। ঈশ্বরনা জ্ঞানগী মপুংফারবা মওংনি, জীবনা জ্ঞানগী মচেৎ অমনি; মরম অসিনা ঈশ্বর অমসুং জীব কদৌঙৈদস্থ অমত্ত ওইবা যারোই। ব্রহ্মসূত্রগী প্রথম অধ্যায়দা প্রথম পাদদা, 'কামাচ্চনানুমানাপেক্ষা ১।১।১৪'

হায়রিবসিগী শ্রীভাষ্যদা হায়রি— 'জীবস্যাবিদ্যাপরবশস্ত্ব'—জীবদি মায়ানা অমত্ত ওইনা থুহুম চন্বনি। মায়াগী অর্থ মায়ানা তৌবা কর্ম্মবুস্থ ওইবা য়াই। ঈশ্বরদি কর্ম্মগী মখা পোন্দবনি অদুগা জীবদি কর্ম্মগী মখা পোন্বনি, মরম অসিনা জীব অমসুং ঈশ্বর খেন্নে। মসি ব্রহ্মসূত্রগী ১।১।২০ নস্থ নিংথিনা উৎলি।"

মথক্তস্থ হায়ব্রে—জীবদি মায়াগী মখা পোল্লি হায়দুনা, মায়াগী মপু ওইবা ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়বা য়াদে। মতাং অসিদা হংনিংবা য়াই—ঈশ্বরগী কৃপাদগী জীবনা মায়াগী মখুত্তগী নান্থোকপা ঙম্লবদি অমুক জীব অদু মায়াগী মখাপোন্ন লৈরিব্রা ? মতম অদুদা জীব অদু হায়বদি মায়াকোল্লবা জীব অদুগা ঈশ্বরগা খেন্নবা লৈখিগদ্রা ? য়াহং অসিগী পাউখুমদা হায়নিংবদি—মতম অদুদস্থ জীবগা ঈশ্বরগদি খেন্নবা অদুম্মক লৈগনি; জীবনা মায়া কোল্লবদি মায়াগী মখা পোন্ব অদু তোকই হায়বতনি : মতম অদুদস্থ ঈশ্বরগী মতৌগুম্ন জীবনা মায়াগী মপু ওইবদি ঙমদে; করিগুম্ব ফীভম অমত্তদা জীবনা ঈশ্বরগী মতৌগুম্ন মায়াগী মপু ওইবা ঙমদে; মরম অসিনা মায়াদগী কোল্লবস্থ জীবদি ঈশ্বরগা মান্নবা য়াদে। মতৌ অস্থুম্ন মাযাগা মরি থাংনবা মরমদগী জীব অমসুং ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়বা য়াদু প্রভুনা ককথংলে। থাজৈশেংন জীব অসি ঈশ্বরগী শক্তিনি (জীবশক্তি নত্রগা তটস্থাশক্তি)। শক্তি অমসুং শক্তিগী মপু, চংজরিবা অমসুং চংজফম পীরিবা অসিদা খেন্নবগুম্ন ঈশ্বর অমসুং জীবস্থ খেন্নে। মায়াদা লৈবা জীব ওইরবস্থ

মায়া কোক্লবা জীব ওইব্রবস্ন্ কীতম খুদিংমক্ত জীব অমসুং ঈশ্বর খেন্নে। জীব অসি ঈশ্বরগী শক্তিনি হায়বসি গীতা শাস্ত্রনস্ন্ তাক্লি—

অপরেয়মিতসত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্।
জীবভূতাং মহাবাহো যয়েদং ধার্য্যতে জগত ॥ ৭। ৫ ॥

ব্রহ্মগী সাকার বিগ্রহ লৈরিবা পুন্নমক অসিবু শঙ্করাচার্য্যনা প্রাকৃত ওইবা সত্বগুণগী বিকার ভাক্তনি হায়রম্মী; হৌজিক অমুক প্রভুনা শঙ্করাচার্য্যগী মত অসি কক্কথত্তুনা ঈশ্বর বিগ্রহশিংগী সচ্চিদানন্দময় ওইবগী মতৌ অহু শেংন উৎলি। শঙ্করাচার্য্যনা ব্রহ্মগী মওং অনিবু য়ারম্মী—সগুণ অমসুং নিগুর্ণ। মহাক্ল পুথংলিবা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম অহুমক নিগুর্ণ ব্রহ্মনি অহুগা বিষ্ণুনচিংব সগুণ স্বরূপশিং অসিবু মানা সগুণ ব্রহ্ম কৌরম্মী। অদ্বৈতবাদীশিংন সগুণ ব্রহ্মগী থাঙ্গৈশেংন লেঙদনা লৈবা (পরমার্থিক সত্বা) মতৌ অহুবু য়ানিংদে; মখোইগী মততা ঈশ্বর নত্রগা সগুণ ব্রহ্ম হায়বসি মায়াগী শকওং ওন্থোকপতনি; সগুণ ব্রহ্ম হায়বসিস্ন্ জীবগী মতৌগুম মিংথোলগী ভাবনা শাগৎপ মুংভাবব মওংতনি। পঞ্চদশীগী ৬। ২৩৬ না তাক্লি—স য়াগী মশক ওইবা যস্বীগী যন্নাওদি জীব অমসুং ঈশ্বরনি। মিংথোল নাইত্রিবা ব্রহ্মদা মায়া শক্তিগী মিংথোল হেক হপচিন্নদা ঈশ্বর ওইরে অহুগা উননচিংন্দগী কুযেম (কোষ) গা মরী থাংনবা মিংথোল হেক হাপচিন্নদা জীব হায়বসি ওই। অদ্বৈতবাদীশিংগী মততা মিংথোল মাওত্রবদি ঈশ্বর অমসুং জীব অনীমক অখণ্ডসচ্চিদানন্দ বহ্ম ওই। মথকী বাশিং অসি পঞ্চদশীগী ৩। ৩৮, ৩। ৪০, ৩। ৪১ অমসুং ১।৫৭

না নিংখিনা তাক্লি। অদ্বৈতবাদীশিংগী মত অসিদা য়াম্ন মরু ওইবা আপত্তি অমা তৌবা য়াই, মহুদি—ব্রহ্ম অসি মায়ানা খুহুম চব ওম্মী ; মশাগী শক্তি অমত্ত লৈতব (নির্গুণ, নিঃশক্তিক) মরম্ন মায়াবু থিংব ওমদে অমস্তুং মায়ানা মশানা য়ানিংন থাদোক্লমত্রবদি মায়াগী মখুত্তগী নাম্থোকপস্ন ওমদে ; অহু ওইরবদি জীবশিংন মুক্তিগীদমক্ত সাধন ভজন তৌবগী কান্নবা লৈররোই। অমুক জীবনা ম'য়াদগী কোকপা হায়বদি মুক্তি হায়বহু ফংহুনা ব্রহ্ম সাযুজ্য ফংলবস্ন মায়ানা অমুক মাবু খুহুম চব ওম্মী ; অহু ওইরবদি মুক্তিগী লেঙদবা মতৌ অহুস্ন লৈত্রে। অমবু ওইরবস্ন অমবু ওইরবস্ন মায়াবাদীশিংন হায়রিবা ঈশ্বর হায়বসি মায়াগী মখা পোম্ব মূর্ত্তিনি হায়বসি মহাপ্রভুনা য়ানিংদবা উত্তরনা প্রতিবাদ তৌরি। মহাপ্রভুনা হায়রিবা শ্রীবিগ্রহ অসিদি অচম্ব মূর্ত্তি অমবু নত্তে, সাকার ঈশ্বরগী থাঙ্গশেংন অপ্রাকৃত ওইবা ইন্দ্রিনচিংবগা লোয়নবা হকচাং লৈ; অসগুম্ব অপ্রাকৃত দেহ অসিমকপু শ্রীবিগ্রহ হায়বনি। অসিগুম্ব শ্রীবিগ্রহ নত্রগা ঈশ্বর দেহ অসিদি মায়াগী মখাপোম্ব জীবগী হকচাংগী মতৌগুম্ন মায়াগী ওইবা লৈবাক ঈশিং মৈশানচিংব পঞ্চভূতনা শাগৎপ নত্তে, অহুম ওইনমক মাদি সচ্চিদানন্দাকার হায়বদি সৎ, চিৎ অমস্তুং আনন্দগী মওং থোাইদোকপা অমনি, মহুদি সৎ, চিৎ অমস্তুং আনন্দনা শেমগৎপনি ; কুংশিল্লবা জ্ঞান, কুংশিল্লবা নুংঙাইবা অমস্তুং কুংশিল্লবা অচুম্বনা শেমগৎপ মূর্ত্তিনি ; মরম অসিনা অপ্রাকৃতনি। শম্ন প্রভুনা হায়রিববু— ঈশ্বরগী শ্রীবিগ্রহদি অপ্রাকৃত সচ্চিদানন্দঘনমূর্ত্তিনি ; মহু প্রাকৃত সম্বগী ওম্থোকপা মওং নত্তে।

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা সার্ব্বাভৌমগী মফমদা ঈশ্বরগী শ্রীবিগ্রহবু য়ানিংদবা মীশিং অদুগী মরমদা হায়রক্লি— "ঈশ্বরগী সচ্চিদানন্দময় ওইবা বিগ্রহ নত্রগা হকচাং লৈ হায়বা য়ানিংদবা মীশিং অদুদি পাপচেন্নবা ওাক্কনি ; মখোইশিং অদু দি শোক্লবদা অমস্যুং উনবা ফাওবদা মতিক চাদ্রবানি ; অদুগা অদুগুম্ব মীওইবশিং অদুদি যমগী দণ্ড ফংগদবা ওাক্কনি। বেদগী প্রমাণবু য়ানিংদে হায়বা মরমদগী বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা মীশিংবু নাস্তিক্লি হাযনৈ, অদুগা বেদগী মতুং-ইন্নদি চৎলগা ঈশ্বর লৈতে হায়বগী র‌া (নাস্তিকবাদ) শন্দোক্লিবা মীশিং অদুদি বৌদ্ধদগীস্যু হেন্ন হঙ্গোইনিংঙাই অমদি অতোব্বনি ;"

নৈনবা :—[ শঙ্করাচার্য্যগী মত ইন্ন চৎপশিংনা বেদগী প্রমাণবু হায়বদি বেদবু য়াই ; মরম অসিনা মখোইবু বেদাশ্রয়ী হায়বদি বেদগী মতুংইন্ন চৎপ কৌই, তৌইগুম্বস্যুং ঈশ্বরগী সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ লৈবগী র‌া অসি বেদদা লৈরবস্যু মখোইনা মদু যাবা তৌদে হায-দুনা মখোইবু 'বেদাশ্রয়ী নাস্তিক" হাযবনি বেদগী মতুংইন্ন চৎলগা ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদবা কৌই। হিন্দু অমগী মচান্দ হিন্দু ধর্ম্মবু নিন্দা তৌদুনা ওাংব অদুনা হিন্দু নত্তবা অমনা হিন্দু ধর্ম্মবু নিন্দা তৌদুনা ওাংব অদুদগী হেন্ন তাব যাদে ; মতৌ অদুগুম্ন বৌদ্ধশিংন বেদবু নিন্দা তৌবা অদুদগী বেদবু ইন্ন চৎলবা মীশিং অদুনা বেদনা যাবা ভগবদ বিগ্রহবু নিন্দা তৌদুনা ওাংব অদুনা হেন্ন তাব য়াদে হাযবদি ওাংফম থোক্কবনি।]

প্রভুনা অমুকসু হায়রক্লি—"জগৎকী জীবশিংগী অরানখুবম কংননবগীদমক বেদব্যাসনা ব্রহ্মসূত্র নত্রগা বেদান্তসূত্র লেংলম্মী। অসিগুম্ব বেদান্তসূত্রশিং অসিগী তৌরিবা মায়াবাদীশিংগী ভাষ্যশিং অদু তারুরবদি পুম্মাঙ মাঙলে"

নৈনবা—[ শঙ্করাচার্য্যগী মতপু মায়াবাদ কৌই। মানা হায়-রম্মী—অমত্ত ওইবা ব্রহ্মতনা সত্য হায়বদি অচুম্ব পোৎনি ; জগৎন মিনম্বনি। মায়ানা শকওং ওম্থোরকপদা হায়বদি ফে'ঙদোরকপদা ব্রহ্মনা জগৎকী মওং ওইনা ফোঙদোরকই ; ব্রহ্মবু জগৎনি হায়না ভ্রম হায়বদি অকাওবা অমদি লান্ন খঙবা ওই। জীববু ব্রহ্মনি ; মায়াগী শুমহৎনবা পাঙ্গলনা জীববু শুমহৎতুনা থম্মী, মরম অদুদগী জীবনা ব্রহ্ম ওইবগী ভাব অদু কাওখিদুনা অরাবা মুংঙাইতবগী মখাপোন্ন লৈরি। ]

শঙ্করাচার্য্যগী বেদান্তভাষ্যদা জগত সংসার অসিদা মায়াতনা অথোইবা মতৌ ওইনা উৎলি ; মাগী ভাষ্যগী মতুংইন্ন জগৎ সংসার অসি মায়াতগী শকওং ওম্থোকপা অমদি ফোংদোকপনি হায়না শঙ্করগী মতপু মায়াবাদ অমসুং মাগী ভায্যবু মায়াবাদী ভাষ্য কৌনৈ। মায়াবাদনা মরুওইবা ভায্য অদু তারুরবদি জীব অমসুং ঈশ্বর অনীগী মনুংদ খেন্নদবা ভাব পোক্লকই ; মসিদা সেবা তৌগদবা ঈশ্বর অমসুং সেবা তৌরিবা জীব অনিগী মরী অদু মাঙাখ, ভক্তিগী থরাই ওইবা অদু কংদুনা মাওখি ; 'ঐহাক ব্রহ্মনি' হায়বা রাখল অসি পোক-খিদুনা সাধন ভজনদসু চংদ্রে ; মরম অদুদগী জীবনা ভগবদপু কাওবা

অমদি খণ্ডদবা অহু অমুকস্থ হেঙ্গৎহাল্ল ; মসিমক জীবশিংগী মফমদদি পুম্মাঙ মাঙবনি। ]

অসিগী ভুংদ শ্রীমম্মহাপ্রভুনা শঙ্করাচার্য্যগী বিবর্ত্তবাদপু ককথৎলগা পরিনামবাদপু পুখৎতুনা হায়রি—' বেদব্যাসনা ইরম্ব বেদান্তসূত্রনদি পরিনামবাদপু য়ারম্মী হায়বদি ঈশ্বরগী খণ্ডবা ঙমদ্রবা (অচিন্ত্য) শক্তি অ.না জগৎকী মশক ওইনা ওন্থোকপনি। মণিনা মুমিৎ খুদিংগী সনা পোকথোক্লবস্থ মাগী হান্নগী মশক করিস্থ ওন্দবা অহুগুম্ন ঈশ্বরনা জগৎকী মশক ওইনা ওল্লবস্থ করিমতা মওং ওৱ লৈতে। ব্যাসদেববুস্থ অশোয়বনি হ য়না দোষ পীরগা পুক্লিংন শাজিন্দুনা 'বিবর্ত্তবাদপু ফোংদোক্ল পুখৎলি।"

নৈনবা— [ পরিনামবাদ হায়বদি ঈশ্বরনা জগৎকী মশক ওইনা ওন্থোকপনি হাংবা মত অসিনি। হাযরিবা মত অসি ব্যাসদেবনা ইবা বেদান্তসূত্রগী ৱারেপনি ( ১। ৪। ২৬ শুবা সূত্র )। মতাং অদিদা হংব য়াই জগৎ অসি ব্রহ্মমক্কী শকওং ওইরবদি, ব্রহ্ম অমদি ঈশ্বর হায়বসি মওং কাংদবা হায়বদি হোংবা তরব্রা? মদুগী পাউথুম ওইনা হাযরি— মশামক্কী খনফম থোঙবা পাঙ্গল ( অচিন্ত্যশক্তি ) অমগী মতেংন জগৎকী মওং ওইনা ওল্লবস্থ ঈশ্ববদি মওং করিনতা ক'য়দনা লৈবা ঙম্মী। জগৎকী মওং ওল্লবস্থ ঈশ্বরনা মওং কায়দনা লৈবা অহু মণিগী থুদম অমনা প্রমাণ তৌর। সামন্তক কৌবা মণি অহুনা মুমিৎ খুদংগী সনা ভার নিপাল নিপাল পোকই। ( ভার হায়বদি—শ্রীধরস্বামীগী মত মতুংইন্ন-ধান মরিনা শুপ্তা অমা, শুপ্তা

মওানা পণ অমা, পণ নিপাল্না ধারণ অমা, ধারণ নিপালনা কর্ষ অম।, কর্ষ মরিনা পল অমা, পল চামনা তুলা অমা, তুলা কুননা ভাব অমা ওই ) 'দিন দিনে স্বর্ণভাবানষ্টৌ স সৃজতি প্রভো।' শ্রীভাঃ ১০। ৫৬। ১০ ॥ সামন্তক কৌবা মণিনা অসিগুম্ব সনা ভার নিপাল নিপাল হুমিং খুদিংগী পোক্তুনস্তু মওং কায়দবা অতুগুম্ন ঈশ্বরনা জগৎকী মওংদা ওম্বোল্লবস্তু মওং কাযদনা লৈ। বিবর্ত্তবাদ হায়বদি জগৎ অসি মিনম্ব ওইদবনি হায়বা মত শুতুবুনি। অসিগুম্ব শঙ্করাচার্য্যগী মত অসিবু প্রভুনা ককথৎলি। ]

বিবর্ত্তবাদপু ককথৎনবগীদমক প্রভুনা অনুকস্তু হায়রক্নি— 'লৈরিবা জগং অসি ওইদবা মিনম্ব নত্তে; ওইদবা মীনম্ব ওইরিবদি ঐগী ওইদবা হকচাংবু ঐগীনি হায়না খল্লিবশিং অতুনি, মতম খরা লৈবল্লগা মাওখিগদবতান; জগত অসিদি মিনম্ব ( মিথ্যা ) নত্তে।"

নৈনবা— [ অদ্বৈতবাদীশিংন হায়বি, ব্রহ্মংনা সত্য ওইবা পোৎনি, জগত অসিদি মিনম্বনি . মায়াগী খুমজিন্নবা হায়বদি অতুম্ব বু খুমজিন্নবগী শক্তিনা— থৌবীবু শিনগী মংলোগুম অমম্ভুং কোংগ্রে বু লুপানি হায়না শেবান্নবা লৌকবগুম্বনি, ব্রহ্মবু জগৎনি হায়না শেবান্ননা লৌকবনি। অমম্বদা থৌবী মতৎ অমা তংতুনা লৈবম্বদা লিন্নি হায়না কবিগুম্বদা নিংলুবা যাওই অতুবু মতু শেবান্ননা নিংলুগতনি, লৈরিবা অতু লিন নত্তে। অতুগুম্ন অযাম্ব মতমদা মরুভুমিদা হুমিংকী মওাম্ন য়ৈবদা ঈশিং লৈবগুম্ন উই; থাগৈশেংবদি মফম অতুদা ঈশিং

লৈতে, হুমিংকী মণ্ডালমশেক অতুতবু ঈশিংনি হায়না লৌরুবনি ; মসিমক অয়াপ্পনি। মিত্রং শান্নবা মীনা অণ্ডক অণ্ডকপা কুম্ভে-পোৎ কয়ামূক উহাল্ল ; খণ্ডহৌদনা ম্নী অনগী মণ্ডক ককথৎলী ; অককপা মকোক্ন ন্না ভাংহল্লি , থৌন্নী—লীশাং অমা আকাশতা লংখৎপ্রগা মতু য়ান্দুনা লৈহল্লি ; অণ্ডাং অমনা থৌন্নী অতুদা কাখৎপ্রে ; ভাইহাক লৈন্নগা থাং অমা পায়তুনা অহল অমস্তু কাখৎপ্রে ; ভাইহাক লৈন্নগা অমমমতা ওইনা অণ্ডাং অতুগী ককপদা ভাইন্নিবা মকোক, মখোং, মখুৎনচিংব থাদন্নক্লে ; অকোম্বদা অহল অতুস্তু কুমথন্নক্লে ; কুমথন্নক্লগা অণ্ডাং অতুগী মকোক মখোং মখুৎ পুন্নমক অতু থুম্মুক অমদা হাপ-চিল্লে ; ভাইহাক লৈন্নগা থুম্মুক মনুংদগী অণ্ডাং অতু অমুক হিঙ্গৎতুনা হৌগৎলক্লে, মাগী মখোং মখুৎ পুন্নমক হান্নগিনি।

মতৌ অতু উন্নগা য়েংলিবা পুন্নমক ভক্লন্নে !! তৌংগুম্বস্তুং হৌবদগী লোইব৷ ফাওবা শেন্নান্ননা উহম্ব ভাক্তনি। কনামতস্তু আ-কাশতা কাখৎখিদে, অণ্ডাংগী মখোং মখুৎস্তু ককপা নত্তে। অতুম ওইনমক মিত্রং শান্নবা অতুগী অণ্ডকপা শক্তিনা য়েংলিবা পুন্নমক্ন থৌদোক পুন্নমক অতুবু অচুম্বনি নিংহল্লি !! মসিগা চপ মান্ননা মায়াগী অণ্ডকপা শক্তিনা ব্রহ্মবু জগৎনি হায়না শেন্নান্ননা উহল্ল। খুদম অমা অমুক—ঐখোইনা দলান অমা উন্নে , মাযাব দীনা হায়গনি— মকম অসিদা দালান কৌবা কন্নিগুম্ব পোৎ অমৎস্তু লৈতে— ব্রহ্মাদি লৈ, ব্রহ্মবু দালাননি হাযনা লম্ন লৌবনি ; দলান লৈ হায়বসি অন্নাপ্প বানি। অসিগুম্ব জগৎ হায়বা কন্নিগুম্ব অমতা লৈতে পুন্নমক শেন্নান্ননা

লৌবনি ; মায়কৈ মরিনক্ত ঐখোইনা উরিবশিং অসি শেরাম্বনা লৌরুবতনি মিনম্বনি।

মথক্কী রা'শিং অসিগী পাউখুম ওইনা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়রি— নত্তে, জগৎ মিনম্ব নত্তে, মাযকৈ মরিমক্ত ঐশোইনা করিগুম্ব খরা উরিবা অসি মখোইগী ক'রিগুম্ব লেঙদনা লৈবা মতৌ অমত্ত লৈতে হায়বা নত্তে ; মখোই লেঙদনা থাঙ্গেশেংন লৈ ; খুদম ওইনা খোং-নাংবট অমা উরে, মফম অদুদা বট পাম্বী অমা থাঙ্গেশেংনা লৈ— মদু শেরাম্বনা মিত্রংগুম্ব উবা নত্তে, অদুম্নদি ওইরবদা বট পাম্বী অদু মাঙবা নাইরোইদবদি নত্তে, শিবা অমদি মাঙবা নাইগদবনি ; মদু হাম্নমু লৈরমদে কে'ম্নমু লৈরোইদবনি হায়বদি অচুম্বনি অদুবু হৌজিক্তি মদু লৈ। জগৎ সংসার অসি মিনম্ব নত্তে ; মসি মুপলৈ-লৈতে হায়বা য়াদে, লৈ, অদুবু অসিগুম্ব লৈরিবা অসি অমাং-অতা লৈতবদি নত্তে, মাঙবা নাইগদবনি। রাশিগী যুক্তি অমমুং প্রমাণ অসিনি— পোৎ অমগী লেঙদনা লৈবা মতৌ অদু লৈত্রবদি হায়বদি পোৎ অমা লৈত্রবদি, পোৎ অ গী পোকপমু লৈতে, মাঙবমু লৈতে। জগৎ অসি লৈত্রবদি মসিগী সৃষ্টিমু লৈরবোই, প্রলয়মু লৈবরোই। অদুবু জগৎকী সৃষ্টি-স্থিতি প্রলয়গী রা অসিদি শাস্ত্র পুম্নমক্ত য়াও-রিবনি। 'যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে' অসিনচিংব শ্রুতিগী রানা প্রমাণনি।

শাস্ত্রনা ব্রহ্মবু জগৎকী নিমিত্ত-কারণ (অশেম্ব) অমসু উপাদান-কারণনি (পোকফম) হায়রি। তৌইগুম্বমুং জগৎ অসি লৈরমত্রবদি

মাগী উপাদাণনা করি কাম্নগদগে? অতুগা নিমিত্ত কারণ নত্রগা কর্ত্তানা অমুক করি কাম্নগদগে? বেদান্তসূত্র ইরম্ব ব্যাসদেবনা জগৎপু মিনম্ব-ওইদবনি হায়না নিংলমদে; করিগুম্ব নিংলম্নবদি ব্রহ্মসূত্রগী দ্বিতীয় অধ্যায়গী প্রথম পাদদা ব্রহ্মানা জগৎ শেম্বগী মরমদা লৈরিবা রাশিং অতু করুমগদবনি।

বেদান্ত সূত্রনা হায়রি—"ভাবে চোপলব্ধে:।২।১।১৫ ন ভাবোহনুপলব্ধে:।২।২।৩০॥" লৈরিবা পোৎ অতুবুদি খঙই; লৈতবা পোৎ অতুবুদি খঙবা লৈতে। ঐখোইগী পুক্নিংদা জগৎপু খঙই, জগৎ হায়বা অমা লৈ হায়বা অসিনা প্রমাণনি। শঙ্করাচার্য্যনা হায়রম্মী—'থোরীবু লিন্নি হায়বা অতুগুম্ব ব্রহ্মবু জগৎনি হায়না শেরান্নবা লৌই।' রা অসিনা তাক্লিবদি লিন হায়বা পোৎ অতুবু খঙই; লিন হায়বা অতুবু খঙলমদ্রবদি লিন হায়বতু কমদোবগে খঙলমদ্রবদি থোরীবু লিন্নি হায়না শেরান্নবা লৌবগী ভাব অতু পোক্লম্লোইদবনি। মতো অদুগুম্ব জগৎপু খঙলমদ্রবদি, জগৎনি হায়বা করিগুম্ব শেরান্নবা লৌনিংঙাইস্নু লৈরম্লোইদবনি। মরম অসিনা শঙ্করাচার্য্যগী রা অসিদগী খঙবদি-জগৎ কৌবা পোৎ অমা লৈ।]

---

# সন্তজ্ঞানেশ্বর

পণ্ডিতশিংন তাকপা প্রায়শ্চিত্ত অহু মতোন লোয় তৌরে। নৌরিবা অঙাং মরি অহু থনমহুনা বিটঠল পন্ত অমস্থং রুক্মিনী বাই ত্রিবেনী সংগমদা দেহ ত্যাগ তৌরে। নৌরিবা অঙাং মরি অহু মমা মপা খাইনবগী ৱাবামৈচাক্ক ওমখৈ লৈতনা ৱানা লেল্লে। মতম অসিদি নিবৃত্তি নাথগী চহি ১০ অমস্থং জ্ঞানেশ্বরগী চহি ৮ শুবনি। পোকপদগী হৌনা সমাজগী কঠোর ওইরবা শাসননা নৈহৎহুনা ৱাৱবা নিবৃত্তি নাথগী ৱাখলদা অসগুম য়াম্ন মিচং-মিথাই নাইরবা সমাজগী ফুংশিহৈত্রবা নিয়ম কান্নুন অসিদা মহাক্ক অমুক হনজল্লিংদ্রে। মরম অহুনা মপা মমা শিরবা মতুংদ মখোইবু উপনয়ন সংস্কার তৌনবা ৱা হৌদোক্লকপদা মানা থোশাখিদে। মানা খল্লি অসগুম সমাজ অসিদা অমুক হনজিল্লহনা করিবু তৌরুগদগে? যজ্ঞ পবিত তৌরবস্থু অহুমঙাইরে। অসনি নিবৃত্তি নাথগী ৱাখল।

তৌইগুম্বস্থং জ্ঞানেশ্বরদি শাস্ত্রগী নিয়ম থুগাইনিংদে। মহাক্ক খল্লি—কুসংস্কারনা কুপ শন্দুনা অমম ওইনা লৈরবা মীয়োইনা পোকপা জীবশিং অসিবু শাস্ত্রগী মত মতুংইন্ন অমস্থং শাস্ত্রবু ইকাই খুম্ননা জীবশিংবু অফবা লম্বীদা লমজংহনা কুসংস্কারগী অমমদা লৈরিবা মীয়োইশিংবু জ্ঞানগী ময়বা মঙান অহু মশা মশাদা কাওহন্বি-না মীয়োইনা পোকপগী মহে য়ানহন্ন অসনি জ্ঞানেশ্বরগী ৱাখল

অহুনা নিবৃত্তিনাথনা লেপথ্রিবা সিদ্ধান্ত অহুবু মহাক্ল প্রতিবাদ তৌই মতম অসিদগী হৌনা মহারাষ্ট্র দেশতা ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী ক্ষেত্রদা আন্দোলোন অমা থোকখি, মসিনা লংজিল পুথোকপা অমসুং হিনাও শাবদি ঐখোইনা আলোচনা তৌরিবা মহাপুরুষ সন্তজ্ঞানেশ্বরনি।

নিবৃত্তিনাথ অসি য়াম্ন রাংথ্রবা থাকী সাধক ওইরমই। মহাক অসি মশাবু শিবস্বরূপনি হায়না মতম পুন্নমক্ত নিংই। মহাক্ল চহি তরেৎ সুরকপা মতমদা লাইগী নোংদমদগী শ্রীগৈনি নাথবু উনবা ফংজখি। গৈননাথ হায়বসি আদি নাথনা হৌদোক্লব নাথ সম্প্রদায়গী মমিং চৎপা সিদ্ধপুরুষ অমনি। নিবৃত্তিনাথগী মফমদা হাপচিল্লমখৈ চন্দবা লৈতবা আধার অহু উবদা গৈনিনাথনা য়াম্ন পেনখি অহুনা মঙোন্দ যোগরহস্যনচিংব মখল মখা অয়াম্ব বিদ্যা তম্বিহুনা দীক্ষা পিবিখি। গুরু কৃপা ফংলবদা নিবৃত্তিনাথ আধ্যাত্মিক জীবনদা য়াম্ন য়াওনা চংশিল্লক্লে। জ্ঞানেশ্বর অমসুং মনাওগা মচপগা মখোই অহুম্মক ময়াম্বদা গুরু বিহুনা দীক্ষা লৌরে। মচিন-মনাও মরিমক কম্ন তপ তৌহুনা সাধন ভজন তৌহুনা লৈরে। মতম পুন্নমক্ত শ্রীভগবানগী রাখলদা লুপ্পুনা লৈবা; শ্রীভগবানগী মরমতদা রাম্নিরাতাই শাহুনা লৈবা অসিগুম্ব মখোইগী অকম্ব সাধনা অসি উবদা মী পুন্নমক্ল ওকুখি অমসুং মখোইনা পুন্নমক্তগী হেন্ন রাংব জ্ঞানগা থাক য়ৌখি।

জ্ঞানগী অরোইবা থাক য়ৌথ্রবা সিদ্ধ পুরুষ ওইরবা মহাক্সাশিং অহুদদি জাতিবর্ণ খায়বা লৈতে, বিধি নিষেধ হায়বদি অসিমখৈ তৌবা

য়াই অসিমখৈদি য়াদে গায়বা অমসুং ভেদনিতী পুম্নমক মওোন্দ চংউবা ওমদ্রে। মওোন্দদি মতম পুম্নমক্ত সচ্চিদানন্দঘন বস্তু অহ্নু ওইহনা লৈদ্রে। নিবৃত্তিনাথসু হায়রিবা থাক অসি য়ৌদ্রে। মরম অহ্নুনা মওোন্দ উপনয়ন সংস্কারগী য়া হায়রুবা মতমদা মানা হায়— উপ-নয়ননা ঐওোন্দ করি কান্নগনি। ঐ দ শুদ্ধ-বুদ্ধ আত্মস্বরূপনি ; ঐদি ব্রাহ্মণসু নত্তে, ক্ষেত্রিসু নত্তে, বৈশ্যসু নত্তে, শূদ্রসু নত্তে। ঐদি মহতত্ত্ব নত্রগা বিরাট হায়বহুসু নত্তে। কুল-অকুলগী য়াংমা লাল্লবা অমসুং গুণ অহুমবু লাম্বোক্লবা নির্গুণ চৈতন্য স্বরূপ আত্মানি। ঐওোন্দ বিধিনিষেধ অমসুং ধর্ম্মা-ধর্ম্মগী করিসু প্রয়োজন ( কান্নবা ) লৈতে।

তৌইগুম্বসুং জ্ঞানেশ্বরদি শুজ্ঞান ওইবা জ্ঞান সাধারন্ন য়াম্ন তোল্লবা মওংদ কুসংস্কারগী লৈখোমদা লুফেৎ লুফেৎ তৌহুনা লৈরিবা মীয়োইবশিংবু অচুম্ব শাস্ত্রগী লম্বী তাক্লনা মখোইবু উদ্ধার তৌবনি।

জ্ঞানেশ্বরনা ময়াম্বগী মকমদা চংজরকুনা হায়জরে। দাদা ! তাদনা লেপ্পিরিবা সিদ্ধান্ত অহু অশেংবনি অমসুং তাদদি থাঙ্গেশেংন অশেংবমক শুদ্ধ-বুদ্ধ আত্মস্বরূপনি। আত্মাগা বিধিনিষেদকা মরি করি অমত্তা লৈনদে। অহুম্মক ওইহুনসু শাস্ত্রগী নিয়ম থুগাইবহুনা অবৈধ্য আচরণ চৎপা হায়বা অসিমসু দোষ অচৌবা অমা লৈ হায়রিবা অসিসু অচুম্বনি। অহুনা বর্ণ ধর্ম্ম মতুংইন্ন সংস্কার তৌফম থোকই। শাস্ত্রগী পাওতাকসু লৌদবা য়াদে। থোইদোকপদি হীন ওইনা লৈরবা তোল্লবা মীয়োইবা জীববু অয়ানখুবম ফংনবা লম্বিনচিংব অসিমসু

ঐখোইগী ইথৌনি। মরম অসিনা ঐখোই চত্তুনা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী মফমদা ব্রাহ্মণনচাগী হৌনবা উপনয়ন সংস্কার তৌনবা হায়জরুসি। অসি হায়রুনা মচিন-মৌপা মখোই মরি ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী মফমদা অমুক্কা হায়জরুবদা পণ্ডিতশিংন হায়রে—পৈঠনদা চত্তুনা নখোইগী শুদ্ধিপত্র অমতং লৌজরুরো। পৈঠনগী পণ্ডিতশিংন য়াবরুবদি ঐখোইস্তু য়াবগে হায়বিরক্লে।

মখোই মরি পৈঠন লোমদা যাত্রা তৌরক্লে। পৈঠন হায়বা লম অসি লাইরিক য়াম্ন হৈবা অচৌবা পণ্ডিত য়াম্ন লৈ। মফম অসিবু দক্ষিনগী বারাণসী হায়নস্থু খঙৈন।

পৈঠন য়ৌরক্লে। মফম অদুগী অচৌ অচৌবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত লোইনা তিল্লে। অমন্দীগী পণ্ডিতশিংন পিরকপা পত্র অদু নিবৃত্তি-নাথনা পৈঠনগী তিল্লবা ব্রাহ্মণ সভাদা কংশিল্লে। ব্রাহ্মণ পণ্ডিত সভা অদুনা শাস্ত্র পুম্নমক য়েংদুনা য়াম্ন মুম্ন থন্নরে। লম্বোইগ্রবা ব্রাহ্মণনা অমুক য়ুমপান্দুনা পোকপা মচাশিংবু ব্রাহ্মণগী নিয়ম মতুংইন্ন উপনয়ন সংস্কার তৌবা য়াই হায়বসি করিগুম্ব শাস্ত্র অ-ত্তুদস্থু য়াওদ্রে। অদুনা শুদ্ধিপত্র পিবা ঙমদ্রে। মরম অসিদা পণ্ডিত ব্রাহ্মণময়াম্ন অস্থুম তৌনা তাকপিরে। অঙাংশিং অসি সংসারিক্কা আশক্তি থুইদনা মপুক্কিচুপ্প ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম পালন তৌদুনা বৈরাগ্য যোগ অভ্যাস তৌদুনা মফম পুম্নমক্ত অমস্তুং অবস্থা পুম্নমক্ত শ্রীহরিবু দর্শন ফংনবা হোৎনজ-রুবসন্থু মসিনা মখোইগী অকবা লম্বি ওইরগান।

ব্রাহ্মণ লম্বোইবনা পোকপা অঙাংশিং লাকই হায়রবা তাবদা য়েংগদবগী মীয়াম্না লাকুনা তিল্লরে। মীয়াম্না খল্লি—পণ্ডিত সভাগী শিদ্ধান্ত অসি নিবৃত্তিনাথনা প্রতিবাদ তৌরকনি হায়না নিংনরম্বহ্ন ওইদ্রে। ব্রহ্মণ পণ্ডিতশিংন পিরিবা নির্দেশ অহ্ন তাবদা অঙাং মরি অহুগী মুংঙাইবগী মপান নাইখিদ্রে। মহুদি—ইচেন ফজনা চেল্লিবা তুরেলবু ইততত্তনা অহুমক চেন্দুনা লৈয়ু হায়বগুম্বনি। নির্দেশ অহ্ন হরাও হরাওনা য়াজরহুনা ব্রহ্মণ পণ্ডিত সভাদা মখোয় মরিমক খুরমজরে।

সভা লোইরে, মীয়াম চৎনগদবগী হৌগৎনরকপা মতমদা ময়াম মরক্তগী ব্রাহ্মণ নিপা অমা হৌগৎতুনা হায়রকই—হে অঙাংশা নখোইগী নমিংগী অর্থ করিনো?

নিবৃত্তিনাথনা হায়রকই—ঐদি নিবৃত্তিনি। প্রবৃত্তিগা মরি লৈনদে। ঐদি অখণ্ড স্বরূপানন্দ ভোগ তৌরিবনি।

জ্ঞানেশ্বরনা হায়রকই—ঐদি জ্ঞানদেনি, মফম পুন্নমক্ত ঐগী গতি অমসুং জ্ঞাননি, ঐঙোন্দ হ্‌লবদি ইততত্তনা অসিদা খুমগনি।

সোপানদেবনা হায়—ঐদি ভগবানগী নামদা অপাম্ব পোকহন্নবা অমসুং ভক্তশিংন বৈকুণ্ঠ ফংনবা হোৎনবনা ঐগী ইথোনি। ঐদি বৈকুণ্ঠ য়ৌবগী কৈরাক্লি।

মুক্তাবাইনা হায়রকই—ঐদি মুক্তিগী থোঙ হাংবিনি। ঐদি ভগবানগী লিলা য়েংগে হায়তুনা পোক্লকপনি।

পিকথ্রবা অঙাংশিংগী মচিন্দ চাওর চাওরবা অমসুং অঙকপা ন্নাহৈশিং অসি তাবদা মীয়াম অহু ন্না-ন্না হেক নোকই। অসুম তৌ-রিঙৈগী মতমদা লম্বি অহুদা ইরোই অমা চৎলি। নিপা অমনা হোৌগৎলকুনা নোকুনা হায়রকই—য়েংউ য়েংউ লম্বিদ জ্ঞানদেব অমা চৎলি। মিংনবু কদৌবা য়াগনি। ইরোই অসিসু জ্ঞানদেবনিদনা। মীয়াম ন্না হেক নোকই।

জ্ঞানেশ্বরনা গম্ভীর স্বরদা হায়রকই। হোঈ, হায়বিরিবহু অশেংবনি, বাস্তব পক্ষদা মহাক্ক ঐগা করি অমত্ত খেন্নদে। ইরোই অসিসু ঐগা আত্মা অনত্তনি অমসুং দেহ পাল্লিবা জীব পুন্নমক্ক চিৎসুর্য্য অমমম প্রকাশ তৌহুনা লৈরিবনি।

জ্ঞানেশ্বরগী ন্না অসি তাবদা নিপা অমনা চৎখিহুনা ই'ন্নাই অহুবু মনঙ্গন্দা শাজৈনা শেৎ শেৎ হেক ফুরুগ। ওস্থোকপা অঙকপনি। থুদক অহুমক্কদা জ্ঞানেশ্বরগী নঙ্গন্দা মুশিন মুনা ইশাং শাংন খামই মহুদগী ঈ মরিক মরিকসু তাই। থোদোক অসি মীয়ান্ন তশেং তশেংন উরে। জ্ঞানেশ্বরনা মীয়ামদা হায়রকই—একাত্মা ভাব হায়বসি চিন্দদা পংহায় হায়বা অমসুং লাইরিক্ত পংই ইবা নত্তে। মসি বাস্তব জীবনদসু পুরকপা য়াই। মতিক চানা অমসুং পুকচেল চপ যূংন সাধন তৌরবদি মীন্নোইবগী পুন্সিদা অসিগুম্ব নিংথিজরবা মওং অমা লাকই মতম অহুদা জীব পান্ব পুন্নমক অসিদা করিগুম্ব খেন্নবা ভাব উরক্তে। অবস্থা অহু য়োৌরক্লবদা মীন্নোইবগী ক্ষুদ্র, অহং, অদো অহুগুম্ব "মহান অহং'; অহুদা থুনা পুমতিন তিনশিনখি। মতম অহুদা মশাগী আস্তিহ ক্বাওবা

পুম্নাক্ত মাওখি। জগৎ পুম্নমক অসি অনিশুদবা অমত্ত ওইবা ঐ ওাক্ত ওইখি।

অসি য়ৌরবা অসি ফাওবদা মীয়াম অহুনা নোক্নিংবহ্ তোকত্রি। ময়ামগী মরক্তগী নিপা অমনা বিদ্রুপ (নোক্নবগী মওং) তৌহুনা হায়রকই—ইরোইস্ জ্ঞানদেব ওইরবনিনা মাস্ দেবগী ঋক মন্ত্র থিবা ঙমগদ্রা? জ্ঞানেশ্বরনা নোংখোংবগী খোঞ্জেলগুম ঙংহুনা হায়রকই—করিগী ঙম্নোইদগে। নখোই ব্রাহ্মণনি, ব্রাহ্মণগী য়াথং লেম্ন মাওব য়াব্রা? অসি হায়হুনা ইরোইগী মনাক্ত চঙহুনা ইরোইদা নাল্লি, অঙকপনি থুদক অহুমক্তদ ইরোইগী মচিন্দগী নিংথিজরবা ঋক মন্ত্রগী শ্লোকশিং অহু থিথরক্লে।

তুরেলগী ঈশিং ইচেলগুম্ন অপন্ব লৈতনা উচ্চারণ শেংনা ইরোইনা থিরকইবা ঋগদেবগী শ্লোকশিংহু তাবদা তিল্লিবা মীয়াম অহু পুমঙক ঙক্লখ্রে। মীয়াংশিংনা অনগা অমগা হায়নরকই—অঙাংশিং অসিদি অচম্ব মী নত্তে। লাইনা অবতার তৌরকপনি হায়নরে অমস্থং মখোইনা খল্লুবা অমস্থং তৌরুরিবা থবক অহু মশা মশানা য়াম্না ইকাইজরে। মভুং অহু পৈঠনগী ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংন মখোইদা শুদ্ধি পত্র পিখ্রে।

পৈঠনগী ঘটনা অহুদগী জ্ঞানেশ্বরগী মিংচৎ অসি ভারত শিনথুংখ্রে। আধ্যাত্মিকী মঙাল অসি দেশ থুদিংগী শিনথুংনা ঙাম্থোকপা হৌরক্লে। পৈঠনদা মতম খরা লৈরম্লগা মচিন- মৌপা মখোই মরি অসি পুন্যক্ষেত্র নেবাসাদা লাক্লে। মফম অহুদা অঙকপা অলৌকিক

ওইবা ঘটনা অমা থোকখি। নেবাসাদা হেক থুংবদা মুপী অমা অশিবা মপুরোইবগী মশা কোনশিন্দুনা তেংথাদুনা কপতুনা লৈবদু মখোইনা উরদুনা জ্ঞানেশ্বরনা চংশিনখিদুনা নিপা অদুনা করম তৌনা শিংখ্রিবা অমসুং শিরিবা নিপা অদুগী মমিং করি কৌবগে হায়না হংবদা শিরিবা মী অদুগী মমিং শচ্চিদানন্দ কৌই হায়বা তাবদা জ্ঞানেশ্বরনা ইঙক ওক্ল হায়রকই। করিনো সৎ চিৎ-আনন্দ। সৎ চিৎ-আনন্দবু করিগুম্ব মতমদা কনাগুম্ব অমনা হাৎপা? সচ্চিদানন্দদি উপাধি অমত্ত ওইবা য়াদে। অশিবনা মঙোন্দ শোকপা য়াদে। অসি হাযদুনা মহাক্ল চংখিদুনা অশিবা মশা অদুদা নাল্লি। জ্ঞানেশ্বরনা হেক নাম্বিবা খুদক অদু ক্ত অশিবা নিপা অদু হৌগংলি অমসুং জ্ঞানেশ্বরগী মখোং অনিদা চেৎন কোন্দুনা খুবমই। অসিগী তুংদ নিপা অসিমক্ল সচ্চিদানন্দ বাবা হায়না ফাওখি। সন্তজ্ঞানেশ্বরগী থৌদোক পুম্নমক মহাক্ল ইশিনখি।

অসিগী মতুংদ শ্রীমদ্ভাগবদ গীতাগী 'গীতা জ্ঞানেশ্বর ভাষ্য' হায়বা গীতা ব্যাখ্যা অমসুং টিকা ইদুনা মী অগাম্বনা গীতাগী অর্থ খঙনবা অমসুং জ্ঞান ফংনবা হাযদুনা নৈনদুনা ইখিবা গীতাগী ব্যাখ্যা অদুবু 'গীতা জ্ঞানেশ্বরী' হায়দুনা য়াম্ন নিংথিজরবা গ্রন্থ অমনি হায়না ভারততা মমিং চৎলি।

বেদান্তগী থুপ্ন লৈথ্রবা সত্য বচনশিং অদুবু ব্রহ্মণ পণ্ডিতশিংতনা খঙবা ওম্বগী অধিকার ওইরমই। বেদান্ত অসিবু নিখিনা ব্যাখ্যা ভৌদুনা ইথোকুনা জাতি বর্ণ থায়বা লৈতনা মী মখল পুম্নমক খঙনবা

হোৎনবিখি। থৌদোক অসিদস্থ ব্রহ্মণশিংন অপন্ব পিদবা নত্তে। সুম্রনা বেদান্ত হৈবা অমস্থং পাবা য়াদে হায়তুনা থিংনবা কয়া কয়া হোৎনখি অতুবু থিংবা ঙমখিদে।

জ্ঞানেশ্বরদি নির্গুণ ব্রহ্মদা লেপপ্রবা ( প্রতিষ্ঠীত ) ওইতুনস্থ জনসাধারণদদি সান্ত সগুণ ব্রহ্ম উপাসনা তৌগদবনি হায়না প্রচার তৌই। নিস্কাম কর্ম্মযোগ সাধন তৌগদবনি। ঈশ্বর ফংনবা লম্বি থিবদা ব্রাহ্মণ শুদ্র হায়তুনা জাতি খাযদোকপা কান্নদে। মীরোইনদবু পোক্লবদি ঈশ্বর ফংনবা অমস্থং মহাক্কী কৃপা ফংনবা লম্বী থিবা অমস্থং হোৎনবা মী পুম্নমক্কী অধিকার লৈ। মসিদা বর্ণ ভেদ, জাতি ভেদগী করি অমত্ত কান্নবা লৈতে। অস্থম হায়না প্রচার তৌই। মরম অতুনা মহাক্কী শিষ্য অফাওবা নামদেব, নরহরি, গোরা, সংবাতানচিংব পুম্নমক অসি অমুপ্লব জাতি ঙাক্কনি। মখোই অসিবু অচৌ অচৌবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা য়াম্ন সম্মান তৌনরিবনি। অতুনা মহাত্মা জ্ঞানেশ্বরগী ধর্ম্ম প্রচার অসিদা মী লিশিং লিশিং যোগদান তৌতুনা ভারত অপুম্ব ধর্ম্মগী অনৌবা জাগরণ অমা ওইখি। মতম অতুদা থোকখিবা ঘটনাশিং অতুদি ইবদা লে'ইবা ঙম্ব নত্তে। মরু ওইবা থৌদোক অমা অনিদং ইজরগা প্রবন্ধ অসি লোইশিনজরগে।

অস্থম তৌনা জ্ঞানেশ্বর অমস্থং মচিন-মৌপনা মখোইনা শিষ্য ময়ামগা লোইননা মফম মফম দেশ দেশতা অস্থম কোইরকপদা বারাণসীগী মণিকর্ণিকা ঘাটতা থুংডবে। মফম অতুদা মুদগলাচার্য্য কৌবা মচৌবা মহন্ত অমনা অচৌবা যজ্ঞ অমা তৌনবা থৌরাং

তৌরম্মী। যজ্ঞ অতুদা কনাবু হায় বরিগদগে হায়রদু, খর থোক্তে। ভিল্লিবদি অচৌ অচৌবা বৈদিক অমস্তুং পৌরাণিক ব্রাহ্মণ পণ্ডিত ওাক্তনা পিক থল্লম্মি। উপায় লৈত্রদুনা মদগলাচার্য্যনা শামু অমগী মনাতোন্দ লৈ পরেং অমা য়ানশিন্দুনা শামু অদু থাদোকখ্রে। শামুনা লৈ পরেং হুকল্লুবা মী অদুবু অহাম্ব বরিগনি হায়না লেপ্লরে। শামু অদুনা প্রেপ প্রেপ চংশিল্লক্তুনা জ্ঞানেশ্বরগী ওকশমদা লৈ পরেং অদু হুক্লরে। মহাক্কী শিষ্য পুম্নমক অমস্তুং অয়াম্ব মীনা মুংঙাইবনা খুবাক প্রোক প্রোক খুনখি।

অস্তুম তৌনা তীর্থ পুম্নমক কোইরুরবা তুংদ মখোইগী মখুল আলন্দীদা মখোই মরিমক হল্লক্তুনা থুংগুরে। খুল অদুদা চাঙ্গদেব কৌবা অচৌবা মহাযোগী পুরুষ অমা লৈ। মহাক্কী যোগগী পাঙ্গলনা অশিববু ১৪রক জয় তৌদুনা চহি ১৪০০ পুন্সিরবনি। অদুবু পাখং অমগী মতৌগুম লৈ। জ্ঞানেশ্বরগী পুন্সিদা থোকখ্রিবা মানা তৌবা ওম্ব অলৌকিক ওইবা থৌদোকশিং অদু চাঙ্গদেবনা লোইনা তাখি। মহাক্ক খল্লি— চহি ১৪০০ পুন্সিরবা ঐনা তৌবা ওয়দবা থবকস্তু ওরাংতগী অঙাং জ্ঞানেশ্বরনা পাঙথোকখি হায়বসিদি মাবু অমুক্তংদি উননিংইদা। অদুবু করম তৌনা মাবু উনগনি। মাগী মনাক্ত ঐনা চংকদ্রা? মাদি অঙাংনি ঐগুম্ব অমনা মনাক্ত করম তৌনা চংকনি? অদুনদি মাবু কৌবা তারে। মাবু কৌনবা চিঠি অমা ইরগে। চিঠি অসিদা করি হায়না মাবু সম্বোধন তৌগনি। 'কল্যানবর' হায়সিরা? কত্তে, মাদি য়াম্না চাওরবা মী অমনি।

অদুদি 'শ্রীবরেষু' হায়সিল্লা ? ছি : মাহুম্ম করম্ম হায়গনি। ঐদি চহি ১৫০০ পুম্পিল্লবা ইমিং চৎলবা মীনি, মাদি অঙাংনি ।

অস্মম তৌনা খনফম থোকত্তহুনা মাগী শিষ্য অমদা করিম্ম ইদবা চেদিং অমা পিহুনা চৎহনখ্রে। চাঙ্গদেবগী শিষ্যশিং অহু উবদা জ্ঞানেশ্বরনা হায়রকই — করিম্ম ইদবা চেদিং অহু ঐঙোন্দ পিনবা পুরক্লিব্রা ? মহু তাবদা শিষ্যশিং অহু ইঙক ওক্লরে। চেদিং অহু শিষ্যশিং অহুনা জ্ঞানেশ্বরদা কৎশিল্লে ।

নিবৃত্তিনাথনা জ্ঞানেশ্বর য়েংহুনা হায়রকই— জ্ঞান ! নিপা অসি চহি ১৪০০ চুপ্প তপ তৌরবা ফাওবা ব্রহ্মজ্ঞান করি অমত্ত খঙদ্রমাক্লে। খঙননবা খল্লা ইবিগো। গুরুদেবগী য়াথং মতুংইন্ন শ্লোক ৬৫ না লৈংহুনা চিঠি অমা ইরে। মসিদা সুপচিন্ন দর্শননচিংব বেদ অমস্তুং উপনিষদকী অহুগা তত্ত্বমসি গী অর্থ পুম্নমক সুপচিন্ন য়াওরে। মসিবু মারাঠি ভাষাদা 'ওবী' অমস্তুং 'পাসাষ্টি' হায়নৈ। শিষ্যশিংন পুরকপা জ্ঞানেশ্বরনা ইবা চিঠি অহুগী মরোন্দু চাঙ্গদেবন্দি করিমত্ত খঙদে। মহাক মশামক চত্তুনা উনরুগে হায়না খল্লহুনা নোংশো অমদা তোংলহুনা লিংশ অমা শাক্তে ওইন। পায়রহুনা শিষ্য লিশিং অমগা লোইনরহুনা লাক্লে। অসোমদা নিবৃত্তিনাথ, জ্ঞানেশ্বর মচিন-মৌপন মখোই মরিম্ম চ্যোকপন অমব অমদা তোংহুনা ধর্ম্মগী য়ারি শাহুনা লৈ। চাঙ্গদেব লাক্লে হায়বা পাও তাবদা নিবৃত্তিনাথনা জ্ঞানেশ্বরদা হায়রকই - জ্ঞানা চাঙ্গদেবগুম্ব অচৌবা মী লাকপসি ঐখোই চত্তুনা মাবু ওকউবা থোকই, চৎসি মাব অভ্যর্থনা তৌরুসি, অহুবু করিদা তোংহুনা

চংকদগে হায়নরকপদা জ্ঞানেশ্বরনা মথরাই পান্দবা চোকপন অহু চংলু হায়না আদেশ তৌবদা চোকপন অহু য়াম্ন য়াংনা চল্লুনা চাঙ্গদেবগী মাংদা থুংরে। থৌদৌ অসি উবদা চাঙ্গদেবনা য়াম্ন ঙকখি। চাঙ্গদেবনা হায়রকই—হে অঙাংমচা য়াম্না থুনা লাও, অসিগুম্ব নংগী মহত্ত্ব অসিবু কদাইদগী ফংউবগে? নংবু য়েংবদদি অঙাং পিশক অমগুম্ন উই।

জ্ঞানেশ্বরনা হায়— ব্রহ্মবু করম্ব মতমদা অচৌ অপিশক থাম্নখিবরা?

চাঙ্গদেব— ব্রহ্ম হায়বহু করিনো নং খঙলব্রা?

জ্ঞানেশ্বর— ঘট পুম্নমক ব্রহ্ম শিনথুংনা লৈ, মহুদা ভেদ লৈতে; বেদ মরিনা অস্নুম্ন হায়রি।

চাঙ্গদেব— নংগী ভেদ ভাব অসি করম তৌনা কোকখি?

জ্ঞানেশ্বর— সদ গুরুনা মাইখুম হাংদোকপিহুনা মীৎ পাংহন্নিখি।

চাঙ্গদেব— মীৎ পাংহনখি হায়বগী অর্থ করিনো, ভাই?

জ্ঞানেশ্বর— হে অপঙবা, আত্মস্বরূপপু লেপ্পিখি হায়বনি।

অস্নুম তৌনা য়াম্ন তর্কবিতর্ক তৌনরব মতুংদ চাঙ্গদেব অসি ব্রহ্মজ্ঞান ফংনিংবা পুকচেল লাক্লহুনা মহাক্কী নাপন পুম্নমক মাঙখ্রে। চাঙ্গদেব, জ্ঞানেশ্বরদা গুরু ওইজরগে 'পাসাষ্টি' গী অর্থ খঙননবা তাকপিয়ু হায়না জ্ঞানেশ্বরদা হায়জরবদা মানা মুকয়া য়াখিদে। চাঙ্গদেবনা য়াম্ন কম্ন হায়জয়রুবদা জ্ঞানেশ্বরনা অস্নুম্ন হায়রকই— করে,

ঐ নহাক্কী গুরু স্বীকার তৌরগে, ঐ ইশানা য়ারে, অতুমদি ওইরবদা মংন জীব অমতংদগী মথরাই বলি তৌবা তারে।

মী অমত্তং বলি তৌ হায়বা তাবদা চাঙ্গদেবনা মহাক্কী শিষ্য লিশিং অমা অতু য়েংতুনা হায়রকই— নখোগ ময়ামগী মরক্তগী ঐগীদমক নথরাই কৎথোক্কদবা মী অমতং চোংথোরকউ হায়বদা শিষ্য-শিং পুন্নমক লোইনা চেন্নখ্রে, মনাক্ত মী অমাঙ্কাওবা লৈত্রে।

চাঙ্গদেবনা হায়রকই—ঐগীদমক থরাই থাদোক্কে হায়বা কনা অমত্ত লৈত্রে, মরম অতুনা ঐ ইশামক্কী থরাই অসি বলি তৌজরগে। মতু তাবদা জ্ঞানেশ্বরনা হায়রকই— ঐ কনাগুম্ব মী অমগা মথরাই পামদে, নহাক্কী নথরাইদবু পামই মরমদি নহাক্ক মতম পুন্নমক্ত 'অহং' হায়বদি ঐগী হায়বা অসিনা যেৎশিন্দুনা লৈরে। নংনা নহাক্ক নিং-ইবা 'অহং' ঐগী হাযবা রাখল 'ঐ' অতুবু বলি তৌথোকউ অতম তৌরবদি পাসাষ্টিগী অর্থ অমস্তুং মর্ম্ম পুন্নমক মশানা অতুম খণ্ডদ্দরক্কনি হায়বসি ঐনা য়াম্ন থাজে। গুরুগী রা অতু থাজখিবনা গুরু কৃপা ফংতুনা চাঙ্গদেব অতু হিংন হিংন মুক্ত অবস্থা ফংখি।

ভগবানগী অংশ অবতারশিংন মানা মানা তৌগদবা থবক অতু হেক হেক লোইবগা চৎখিতুনা পরম ব্রহ্মদা অমুক হেক তিল্লুই। অংশবতার সন্তজ্ঞানেশ্বরসু মহাক্ক তৌগদবা মথৌ লোইরতুনা মশাগী চহি ২২ শুবদা খৃঃ ১২৯৬ শুবদা মশানা নিঙব মতুংইন্ন মর্ত্যলীলা

সংবরণ তৌত্না মহাসমাধিদা *লীন ওইখি। সুংশিরবা মনাও, ময়াম মবুঙবু খাইনবগী অরাবা মৈনা চাঙ্‌না সংসারদা লৈবসি অরেম্বনি হায়না খল্লুনা মখোই মহমমু চহি অহুগী মনুংদ লোইনা দেহ ত্যাগ তৌখি।

---

# যোগ

যোগ শাস্ত্রবগী অথুপ্পবু খঙনবগীদমক হকচাংগী মরিদা খঙদবা য়াদবা রাকম কয়ামুক লৈ মাহুদি:— স্নায়ু প্রবাহ কৌববু কায়াগ্নি কৌই। মহাক্তি য়াম্ন কুপপ্রবা মড়ীনি। মহুগী মনুংদ প্রাণনা চত্তুনা হকচাং পুম্নমকপু সিনথুংন লৈ। প্রাণনা লৈরিঙৈগী মতমদা হকচাংদ অশাবা লৈ। মানা লৈরিঙৈগী মতমবু চঙলিবা হকচাং কৌই। প্রাণনা হকচাংবু থাদোক্তুনা মপান্দ থোকখ্রগা অশাবা অহু মাঙখি, মতম অহুদা হকচাংবু শিরবা কৌই। অসিগুম্ব অশাবাবু আধিদৈবিক অবস্থাদা মুমিৎ, আধিভৌতিকতা মৈ অমসুং আধ্যাত্মিকতা প্রাণ কৌই। অসিগুম্ব প্রাণগী চৎনবা কুপপ্রবা মড়ী ময়াম্নু অনৌবা বিদ্যাদা স্নায়ু-প্রবাহ কৌই।

---

* লীন ওইখি = তিল্লিনখি।

স্নায়ু প্রবাহ অসি মখল অনি থোকই। স্নায়ু প্রবাহ মখল অমনা পুক্লিংন পাম্ব থবকপু তৌহল্লি। মখোই অসিগী যন্ত্রদি থোপনি। থোগ্ন মনা লিশিং অমা পাম্ব থম্বাল কৌই। জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা (মীৎ, না, নাতোন, লৈএং অমসুং উণ) অমসুং কর্মেন্দ্রিয় মঙা (চীন, খুৎ, ঈশিংথোঙ অমাংবাথোঙ অমসুং খোঙ) অসিগুম্ব ইন্দ্রিয় তরা অসিনা পুক্লিংন পাম্বগী মতুংইন্ন মথৌ তৌই। পুক্লিংন চানিংলগা চীন্ন চাই। পাঈনিংলগা খুৎনা পাঈ। খোঙ্গেল তানিংলগা নাকোংন তাঈ, অসিনচিংব ইন্দ্রিয় তরানা মথৌ তৌবদি পুক্লিংগী অপাম্বগী মতুংইন্ন তৌই। অসিগুম্ব ইন্দ্রিয় তরাগী মথৌবু পুক্লিংগী মতুংইন্ন লৌগন্নবগী-দমক খণ্ডবনা মশক ওইনবা অমসুং লেংওৎপনা মশক ওইনবা স্নায়ু শিরা (সড়ী) না য়াংলেনগী তৌওদা চৎতুনা হকচাং পুম্নমক্ক শীনথংনা লৈ। অসিগুম্ব শিবাদা স্নায়ু প্রবাহনা চৎলি। অসিগুম্ব স্নায়ু প্রবাহনা চৎপনা হকচাং পুম্নমক্কী মশুংশিংবু পুরিংন খণ্ডই অমসু মাংসপেসী (হকচাং তোঙান তোঙাম্ব মফমবু লেং-ওৎনবা যন্ত্র তোংশানা শেম্ব যন্ত্র) পুক্লিংগী মতুংইন্ন লেঙহল্লি।

স্নায়ু প্রবাহ মখল অমবু সহানুভূতিক মণ্ডলী কৌই। অসিগুম্ব স্নায়ু প্রবাহ অসিনা মরম ওইদুনা হকচাংগী মনুংদ লৈবা যন্ত্র কয়া-মুকপু পুক্লিংগী অপাম পামদবা এংদবসু মথৌ তৌহল্লি। মচুদি, পুক্লিংন ইখণ্ড খণ্ডদনা মথৌ তৌব হকচাংগী যন্ত্রদি, থম্বে স্বীনা সোর্ন হোন্দোক-হোঙ্গিন তৌবা, থজিনগী উমসীম্ব ফন্দোকপা চাগ্রবা পোৎপু তুমহম্ব কংহম্ব ঈ ওলহম্ব অসিনচিংব হকচাংগী মনুংদ লৈবা

যন্ত্রশিংগী মথৌ অসি পুক্লিংবু ইএং এংদনা মথৌ তৌবা ভাক্লি। মহুবু তৌহন্ব স্নায়ু প্রবাহশিং অহুবু সহানুভূতিকমণ্ডলী কৌই। ঐখোইনা ভুমপ্রহনা পুক্লিন করি অমত্ত খন্দ্রবা মতনদস্থ খম্বোম্বীনা লোর হাব্ব কাইদে; খজিনগী মিহুন অহুম্মক হুল্লি। থিবোং-খাওনা চাখিবা পেৎপু তুমহন্ব, ঈ ওলহন্নবা, ঈবু মক্ষম মক্ষমদা চৎহন্ব অহুম্মক তৌই। হকচাংদ লৈবা অসিগুম্ব যন্ত্রশিং অসিদা ঐখোইগী পুক্লিংন করি অমত্ত তৌহন্ন ঙমদে। অসিগুম্ব পুক্লিংগী মতুংইন্দবা হকচাংগী যন্ত্রশিং অসিনা মাগী মাগী মশিনবু কাইদরিবা মথৈ মখোই অহুবু পুক্লিংন করিমত্ত খঙদে, তৌইগুম্বসুং মতম অহুদা পুক্লিংন নুংঙাই, অহুগা যন্ত্রশিং অহুদা করিগুম্ব অকাইবা অমতং য়াওবগা পুক্লিংন যাম্ন ন্নাই, লৈবা ঙমদে। ম'সদগী ভাব অমা তারকই, মহুদ মখোই অসিগা পুক্লিংগ থাদোক্লবা য়াদবা নরি অমা শৈবমগনি। মবি অহুবু খঙলবদি পুক্লিংগী মতুং ইল্লু হায়বা যাদবা যন্ত্রপুম্ববু পুক্লিংন লাকশিন্ব রাগনি হায়বা ভাব অসি ফংই। মসিদগী যোগগী থোঙ হাংব হৌই।

যোগীশিংগী ইড়া, পিঙ্গলা অমসুং সুষুম্না কৌবা মড়ী অহুম অমস্থ চক্র তরুক (হকচাং মনুংদ লৈবা যন্ত্র তরুক) মখেই মাপন অসি হায়প্রবা সহানুভূতিক মণ্ডলীগী মনুংচম্ব স্নায়ুপ্রবাহনি। ইড়া কৌবা মড়ীনা যাংলেনগী তীঙদা ওইরোম্নদা পিঙ্গলা মড়ীনা এৎলো-মদা অমস্থ সুষুম্না মড়ীনা ময়াইদা লৈ। ইড়া অমসুং পিঙ্গলা কৌব স্নায়ু প্রবাহ অসিদি পুক্লিংগী নিংব তৌবা স্নায়ু প্রবাহশিং অহুদগী তোঙাম্বনি; মখোই অসিসিদা পুক্লিংগী শাসন অমতা চংদে। সুষুম্না মড়ীদি য়াংলেন তীঙগী ময়াইদা লাকুনা মথারোম্নদা মচিন

মেনসন্দুনা লৈ। মাগী মন্নুংদা চিত্রা কৌবী মড়ী লৈ। চিত্রা মড়ীনা লরাইলেমফু ব্রহ্মচক্রবু এংসন্দুনা লৈ। থোপতা লৈবা গুহ্যা মণ্ডাবু থিল্লাইদুনা মেডুল্লা অবলঙ্গেটা অমসুং য়্যাংলেনতীগী ময়াইদা চংলি।

তাইবংগী চীজাক্তু লৈবা পাঙ্গলবু সৌরশক্তি কৌই, মহাক্তি সুমিত্তগী লাকপা পাঙ্গলনি থরাইপান্বনা চীঙ্গাকপু চায় মতুংদি হকচাং দ সৌরশক্তি হাপচিন্বনি; মহাকপু নোংমত্তং হাপচন্দবদা হকচাং অসিবু পুবা ওম্ববা পাঙ্গলনা রাংথৈ, মতু হাপচিন্দ্রগা শি। ঐখোইনা হিংলিবা অসি সৌরশক্তি সুমিৎকী পাঙ্গলতনা হিংবনি। ঐখোইনা চাহুনা লৌসিনলিবা সুমিৎকী পাঙ্গলবু হকচাংগী মফম অনিদা লীহুনা থমই মতুংদি থোপতা অমা অমনা কুলকুণ্ডলিনীদনি। থোপতা থম্ব সৌরশক্তিনা পুক্লিংগী মথো অমসুং মীৎ, না, নাতোন, লৈএং, উন, খুৎ, খোঙ, চীন, ঙাশংথোঙ, গুহ্য অসিগুম্ব হকচাংগী ইন্দ্রিয় মখল তরাগা পুক্লিংগী অপাম্ব তৌবগী মশিন তৌবদা শিজি-ন্নৈ। অতুগা কুলকুণ্ডলনীদা থম্ব সৌরক্তিনা ক্লিন শিজন্নবা ওমদবা হকচাং মন্নুংদ লৈবা যন্ত্রশিংগী মশিন তৌবদা শিজিন্নতুনা হকচাংগী হিংনবা থবক তৌনৈ। মসুম তৌহুনা চাহুনা লৌসন্ব সৌরশক্তিবু হকচাংগী থবক মখল অনি তৌবদা তোঙান তাঙান্ন শিজিন্নৈ।

যোগীনা যোগগী পাঙ্গলনা সুষুম্না মড়ীগী মচীন খুমজীন্ববু হাংদো-ক্লুনা তুমদুনা লৈবা কুলকুণ্ডলিনীবু হৌদোবই অদুগা পুক্লিংগী মখাদা লৈতবা সহানুভূতিক মণ্ডলীগী থবক তৌবদা পুক্লিংগী মখাপোক্ন তৌ-

বনু ভানলি। মসিনি যোগীশিংন কংগে ভাবনা সহানুভূতিক মণ্ডলীবু পুক্লিংন শিজিন্নবা ওন্নবদি প্ৰ'ক্লংন খওদনা ভৌরিবা সোর হোঙ্ক, মীহুন হুৰ, চাকথাওদা চাখিববু ভুমহৃৰ, ঈ ওন্হৰ ঈবু হকচাংগী মভৌ খুদিংদ চেলহৰ রস ওক বীর্য শেম্ব অসির্নাচংব হিং-বগী থবক পুম্ব পুক্লিংন ভৌহল্লিংব ভৌহৰ ওন্নি। খুদমগী দমক ঐখোইনা মপান্দগী চৈপ্পাকপু চীন্ন চাহুনা লৌসিল্লি ; মহুদা পুক্লি'ন রাথেন ্োই। শাঈবা য়োংপা মহুম্ন অমাংব থাদে কপদা পুক্লিংন থ দে ক্লং-গা থ দোকই। ভৌই-ওন্বসুং চাগ্রিবা পোৎপ্ৰ হবচাং মনুংদ চাকখ ওদা থম্ব অন্নদ' ভুমহন্দুনা ঈ ওনহন্শিং অহুদি প্ৰ'ক্ল'ন কবি অ ও খুওদ্রবনি। অদুগা মহুদা খজিক্কং সোইরবদি এক্পা, থিম্ব অ'স ও'দুনা হেক্ক খওই। পুক মনুংদ লৈবা মণিপূবগী শিন্ন পাকাশয অ সু মপ্পগী ম'শন ভৌহল্লি। অদুনা মণিপূরবু পুক্ল'গী মথাদা লৈহৰ ক্ষবদি মাবু নিং'থনা চাক-ভুমহনগনি ঈ নচি'ববু ি পিনা চৈপ্পাক্কগী স্ু'হন্দুনা হকচ'ংদ রোগ লৈহল্লে।ই অদুগা শিনিংক্রিবমথৈ শিদব ওমই।

যোগীশি ন হায '— থোপকী মনুংদ মী' অমা লৈ। মীৎ অহুবু পাং থাক্লবদি উদবা খওদবা পুম্ববু উই, খ'ই। মরম অদুদগী যোগীশিংন থোপতা মখ দা, পীনিয়াল গ্লাণ্ড লৈরম্বগী মফম উই। থাইনা মীরোইবদা মীৎ অম' লাইবক ময়াইদা পান্নমই। মতমগী মতুংইন্ন মীরোইবগী মশক হোংলকপদা মীৎ অহু লৈখিদবনি। ঐখোয়না লাইর'-তিনবা শান্নবা মতমদা মীংতা হাপকদবা মন্ত্র ময়েকপু হাপ্পদা মীৎ অহুম হায়হুনা হৌজিক কাউবা হাপ্পি। অহুম-

ওবা মীৎ অহুদি থাইনা মীরোইবনা পাল্লবগী হৌজিককাওবা মরমদি মীরোইবগী কোক্ত, মন্নুংদ লৈরি। মী ওইবনা থাইনদি মীৎ অহু পাল্লিৱৈদদি আধ্যাত্মিক জ্ঞান উরমই, উদবা খণ্ডদবা পুম্ব উরমই, খণ্ডলমই। মহু পান্দৱৈদগীনা মীরোইবগী জ্ঞান হস্থখিবনি। হৌজিকস্থ যোগগী পাঙ্গলনা মীৎ অহু পাংথোকহল্লবদি উদবা খণ্ডদববু খণ্ডবা উবা জ্ঞান থোরকই। হঠযোগীনা তাম্বনা কুলকুণ্ডলিনীবু হৌদোক্লনা শিদবা নাদবনচিংববু তাম্বনি। রাজযোগীনা তাম্বনা অহুমগুবা মীৎ পাংহুনা উদ-খণ্ডদববু খণ্ডনবা উনবা তাম্বনি।

থরাই পাম্বনা চীঙ্গাক চাহুনা ওকচাদ সৌরশক্তি লৌশিল্লি। চাখিবা চীঙ্গাক্ল চাকখাও খোইড়ালদা মথং মথং মাগী থবক অহু তৌহুনা পুং ২৪ লৈরগা রস কৌবা পোৎ অহু ওই। রসনা মীরোইবগী লৈহুনা হুংঙাইবা, থৌবা অমস্থ যিঙ্গগুবা ওইহল্লি। সরু, শিংলি, তাগু, উন-তোং অমস্থুং ঈ মহাই ওরুক অ সদা রসনা পুং ১২০ গা মিনিট ৬ চুপ্প মথং মথং লৈহুনা হুমিৎ ২৫ নিগা কলা ৭। চংই। মহুগী মতুংদ পুং ৬০১গী তুংদ পুং ৭২১ দি হেন্দরিগুদা রসনা নিপাদা বীর্য, হুপীদা ঋতুগী ঈ ওল্লি। রেতঃ হায়বরদি বীর্যনে ঋতুগী ঈনে অনিমকপু কৌই। রেতঃ দগী পাঙ্গল অমা পোকই মহুবু ওজস্ কৌই।

ওজস্তি রস অমস্থুং পাঙ্গল শনিগী লেংদবা মচি নি। অণ্ডকোষ (মরুম) দা শুক্রগা লোইননা পোকনিরৈ। শুক্রনা ঈশিংগী ভুগুনকমগী নাক্ত লৈবা শুক্রগী লৈকয় (Vesiculac.Seminalis)

দা পৌসিন্দুনা লৈ। ওজস্‌না ঈদা তোংহনা চংখি, চংখিহনা যোগতা অমসুং কুলকুণ্ডলিনী স্বাধিষ্ঠান মণিপূর অনাহত বিশুদ্ধ অমসুং আজ্ঞাদা তুণ্ডসিন্দুনা লৈরুই। রেতঃনা হেন্না চংলবদি হকচাংদ ওজস্ মরেং তাই। ওজস্‌তি স্নায়ু মণ্ডলীগী চৗঙাক্নি। মী অতুগী কোক্ত থোপতা ওজস্ য়াম্ন লৈরবা মীদি মাগী নিংব পাম্ব অতু য়াম্ন মপাঙ্গল কল্লি। মী অতুনা খাজক্ত তৌবদা ময়া বু ইরাই-লাইনা ওমই অমসুং মাগী পুক্নিংদি য়াম্ন মতিক চাওই, মানা করিগুম্ব অমতং খল্বদ পুক্নিং অনি লোওদবা ওমই। মরম অসিনা রেতঃ বু থাদোক্তবা ব্রহ্মচর্য্যব্রত তৌবা হায়বসি মী পুন্নমক্কী কানথোইবনি অতুনা যোগীনা উর্দ্ধরেতাঃ ওই।

ঐখোইনা ইত্তমনা সোর হোন্দোক হোপ্লিন তৌই, মসি মিনিট মঙাদং থিংলবদি হকচাং অসি মুশিল্লকই, প্রাণনা মপান্দ থোকখি। অসিগুম্ব নুংশাহেম্ব অসবু সহানুভূতিক স্নায়ু মণ্ডলীনা তৌই। মহাক্কি য়ংলেন্দ লৈবা তিঙদা কেন্দ্র ওইনা লৈ। তুমদবা মতম তাইবংদ ঐখেইনা সোর হেম্ববু থিংগে, থাদোক্কে ওমই। অতুওইরবাদ মনুংদ লৈব যন্ত্রশিং অকৈ অতুসু থিংগে হায়বা ওমই। থিংগে থাদোক্কে হায়বা ওম্লবনিনা মখোইগী যন্ত্রশিং অতুগী মথক্ত পুন্নিন রায়েন তৌবা ওম্লবা হেৎনবা য়াবা তাই। মরম অসিনা যোগগী তৌবদি যোগীশিংন সোর হোম্বদা রায়েন শেম্ব অসন্না তৌই; মহুবু প্রাণায়াম কৌই।

যোগীশিংগী প্রাণায়াম তৌই। মুংশাসোর অসি হোন্দোকপদা অমসুং হোজিনবদা নাতোন অনিমক্ত চপমান্নবা চত্তে অমসু চংদে। মামাদা চিংশঙ্ক, থিংজুনা থস্ব, নামা অমরোমদা থাদোকপা অসিনা হৌই।

ঐখোইনা সোর চিংসিন্দা মপানগী মুংশিংপু থস্বোম্বীদা পু'সিন্‌ মতুনা শোকপদা মন্নুংদ লৈরস্ব ঈনা মচু ভাংথোকই, ঈগী হান্ন মুরম্বগী মচুবু হোন্দোকপদা পুখোক্কু্না মপান্দ থাদোকহ।

মস্থম হোন্দোক হোজিন তৌরিবা অসি প্রাণনি। মাবু মাইবগী লাইরিক মুংশিংনি হায়, ওইরবসু মপানগী মুংশিং অসিদি নত্তে। মানা হঙ্গংহন্দা চংপদা মপানগী মুংশিংক শম্নরুচ, মপানগী মুংশিং-তগী অম্নজান লৌশিনলকই মতুনা ঈবু ভাংহন্দুনা ঈনা পুশিনখিন্নুনা হকচাং পূম্নমকপু চাউথংহনলি। ঈদা লৈরস্ব অমুবা কাবোনিক এসিডপু হোন্দোকপদা পুথোকখিবনি অতুগা মপান্দ হন্দোকপনি।

প্রাণায়াম তৌতুনা মংহাশাগী তৌরিবা থবক অসিবু মাগী পুক্কিংগী মতুংইন্ন রাযেন তৌবা ভমই। মতম কুইনা প্রাণায়ামবু অস্থম অস্থম শান্নরগা প্রাণ অমসু অপান মাতুম্ন হাযরোই হাযরগা মণিপূরদগী মথক্ত চংলিবা অমসুং মখাদা চংখিবা স্ন য়ু প্রবাহমণ্ডলীনা মশা অ ত্ত ওইনা তিনসিল্লি। মতম অতুদা নাতোন্দা লৈবা ইড়া পিঙ্গলা মড়ী অনিবু হোদোকই। মতুম তৌতুনা প্রাণায়াম তৌতুনা প্রাণবায়ুনা লরাইলেংফুদা চংলবদা মাতুদগীনা মূলাধার তম্ন য়াংলেনগী তিঙদা চংখিবা সুষুম্না মড়ীনা হোগংলকই,—লেঙই, মাগী মচীন উমসিন্ন অহ কাথোকই, মতম অতুদা কূলকুণ্ডলিনী ( Ganglia imfar ) না

তুম্নম্নগী হৌগৎলি। মতুবু যোগগী ময়োন্দ কুলকুণ্ডলিনী উথাপন তৌরবা কৌই।

গুহানে লিঙ্গনে অনিগী মরক্ত খুদেল অনি মরুমতা ওইবা মফমবু মূলাধার কৌই। মহাক্তি হকচাংপুম্বদা সিনথুনা চৎলিবা মডীপুম্বগী হৌনফম্নি। মতুদা ( মমুংদ ) মনা মরি পাম্ব থম্বাল অমা লৈ। থম্বাল অতুগী মনা মম্নিদা 'ব, শ, ষ স' মযেক মরিাস, মনা অমমমদা নযেক অমমম লৈ। থম্বাল অতুগী ময়াইদা ▽ অসিগুম্ব চিথেক অহুম পাম্ব ময়ি লৈ। মাগী মযাইদা শিবলিঙ্গ অমা লৈ—মতুগী মডান্দি মুম্নিং কোটি অমাগুম্ন ভনলি। শিবলিঙ্গ অসিদা পৃথবী ৎম্ব লৈ। শিবলিঙ্গ অতুবু থম্বৌ মরামগুম্ব পীকপ্রবা কুপথবা মডী অমনা ওইয়োইনা মোইবুং মরৈ নৈম্বিবাগুম্ন অহুমগা মখাইরক এৎলি, মড়ী অতুবু কুলকুণ্ডলিনী শক্তি কৌই। মহাকপু কৈন্দি কোম্ব তুম্নিবা লিনগী মশক্লি হায় মহাক্ৰী মচীন উমশিন্দুনা লৈ, মচুনা মহি চেল্লীবা সনাগী মচু মাল্লি। মফম অসিদা ইড়া, পিঙ্গলা, সুষুম্না মড়ী অহুমগী মশক ওইদুনা গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতী কৌবী তীর্থ ওইবী তুরেল অহুম চেল্লি। সুষুম্না মড়ীনা ম'হ চেলবা ব্রহ্ম ওইবী শ্রীগঙ্গানা সহস্রাধারদগী চেলথরক্লগা মূলাধারদা লৈবা হায়প্রবা শিবলিঙ্গ মহেশ্বরগী মকোক্ত তারিবনি। অতুগা মথং মথং অমোক চেলখিদুনা সহস্রারদা তিনলুই।

যোগ শাস্ত্রবদি গুরুগীনাক্ত লৈদুনা শাস্ত্রগদবনি নত্রবদি সোইরগা গুহাক্তদা শি।

থম্বাল মনা ও পাম্ব লৈ হায়বসি যোগগী মীৎয়েংদ খান্দা উগল্ল-বনি। থম্বাল অতুগী মনা খুদিংদ অমমম লৈবা ময়েক ব শ ষ স অস্পুম ইরিবা খুৎট অসি ওঙনা লৈবা নত্তে ময়েকশিং অহুবু উচ্চারণ তৌরগা তাব খোঞ্জেল অহু থে কই হায়বনি, তৌইঙবস্পুং ঐখোইগী অচম্ব নাকোংন তাবদি চুম্নগী খোঞ্জেল ওইনা তাবাদি য়াং মহুদি রা-রা লাওবগুম্ন ত গনি। নাকোং মেনলগা তারিবা অহুনি; যোগীনা যোগধ্যানদা ভাবদি শেংন ব শ ষ স অস্পুম্ন তাঙ্গ হায়বনি। অস্মুন্ন চক্র ওরুকমক্ত খণ্ডনগনি।

মহাদেববু মহেশ্বর কৌই, মহাক্তি ভূত পুম্নমক্কী মবুঙো ভূত মহেশ্বরনি, মহাকী অধ্যাত্মিক মূর্তিদি তাইবং মীরোইবগী মূলাধারদা কুলকুণ্ডলিনীগী শক্তিনা লৈতেং খাওন ওইতুনা লৈরিবা অসিনি। তাইবংগী মমা, ইমানা ঐখোইগী মূলাধারদা মচীন উনসিন্দুনা তুমহুনা লৈ মহুবু যোগগী পাঙ্গলনা হৌদোকপনা হঠ যোগীগী উদ্দেশ্যনি। মসিবু মশক খণ্ডরবা হায়বদি মহুবু মশক খণ্ডনবগীদমক সাধু সঙ্গ, শ্রীগুরুগী সেবা, তপস্যা তৌগদবনি।

ঐখোইনা মপান্দ উই, মহাদেবগী জটাগী মখুন্দগী চেলথরকপী শ্রীগঙ্গানা কুলু কুলু খোঞ্জেলনা তাইবংপাম্বগী পাপ তাপ পুম্নবু কোকপিগে খৌরহুনা থম্বালগা তুলসীগা য়ানখাইনবা মনম পুহুনা চেলথরকই। মহুবু ঐখোইনা হরদ্বার—হরিদ্বার কৌই। মহাকী অতোপ্প মিং অমনা গঙ্গাদ্বার কৌই। হায়রিবা পতিত-পাবনি শ্রীগঙ্গাগী ইচেল আসিনা ঐখোইনা মপান্দ উবা আধিভৌতিকী

ম্লানি। আধ্যাত্মিক্কী গঙ্গানা সহস্রাধারগী সুষুম্না মক্কী জানু প্রবাহ-মওলীনা চেলথরক্তুনা মূলাধারদা লৈবা কুলকুণ্ডলিনী মহাশক্তিনা খাওম ওইনবা সদাশিবগী জটাদা তাবে, মতুদা যোগধ্যান তৌদুনা মীরোই-বনা স্নান তৌরগা মনুংদ লুপতুনা লৈরিবা তুম্লিবী লিনগী মওংওইবী কুলকুণ্ডলিনীবু হৌদোক্কনি অদুগা মহাকপু (কুলকুণ্ডলিনীবু) এখোইনা জয় ওইগনি। মতু তৌরবতদা তাইবংপান্বগী মহে চাকতুনা পোক্কপা অপঙবা পাপ অসিদগী কোক্কুনা অমৃতবু ফংগদবনি। তৌংগুম্বমহুং মফম অদুদা কুলকুণ্ডলিনীবু ওম্ব অহুতনদি মহাকপু চান্নবা ওম্ব কৌদরি মরমদি কুলকুণ্ডলিনী মহাশক্তিনা মফম অনি থোক্ক লৈরি। মফম অমদি খোঙ্গদা মণিপূবদা লৈরি মাবুসু জয় তৌখিগদবনি।

হকচাং মনুংদ লৈবা পদ্ম তরুক্কী মনুংদ কুলকুণ্ডলিনীগী মথংদ অনিসুবদা স্বাধিস্থান লৈ। স্বাধিস্থানগী মথক্ত খোহদা মণিপূর কৌবা ওানলবা মফম লৈ। মচুদি নোং মচু অমসুং নোংথাং মচুসু মাল্লি। মফম অহুদা লৈবা মচুদি মখল যামই। মরম অদুদগী মণি মখল মযামগুম্ন মচু মখল যামই হায়দুনা মফম অসিবু মণিপূর কৌই। মফম অদুদা সদ শিবনা লৈ, থম্বাল শাৎকাইবা মওংনি। মণিপূরগী মওান অদুনা তাইবং পুম্ববু ওাম্থোক্কনা খওহল্লি।

স্বাধিস্থানগী মথক্ত লৈবা মণিপূর কৌবা থম্বাল অথোইবা অদুদি ফংওমদবা অথোইবনি। মচুদি ঈশিংগ শোইনবা নোং অমসু নোং-থাংগী মচু মাল্লি; অকিবগী মশক্তি। থম্বাল অদুগী মনা তরা পাল্লি, মনা অমমমদা ড ঢ ণ ত থ দ ধ ন প অমসু ফ খোঞ্জেল তন্নাসি

[illegible] লৈ। ময়াই থনচেংতা 'য়' হায়বা মৈগী বীজ মখোন থোকই। বীজ অদুগী মপান্দা স্বাস্তিক চিহ্ন লৈ। মাগী মচুদি থোঁয়কপদা থাইরিবা মুমিং মচু মাল্লি। মফম অদুনা থনচেং অদুগী অহুম থোকপা শরক্ত লৈ। মাবু স্বণক কৌহুনা লাই পুন্নমক্ক ইড়াৎনৈ। য় হায়বা খোঞ্জেল অসিনা মূর্ত্তি পান্দুনা হামেং তোংহুনা লৈ। মফম অসি রুদ্রগী লৈফম্নি। মসিনা মহামোহ হায়বদি শিবা কৌববু মাওহল্লি। মহাদেব অসিগী ওইদা ফজবী ভদ্রকালী কৌবী মগাবিষ্ঠানা লৈ। অসিগুম্ব মণিপূরদা কুণ্ডলিনী মহাশক্তিনা থম্বৌ মরামগুম্ব কূপপ্রবা মড়ীনা লিনগী মশক লৌয়হুনা ওই-য়োইননা অহুম্লক্ক মথাইয়ক য়েত্তুনা তুমহুনা লৈ। মঙোন্দগী মথক্ত মখাদা অমস্তুং অফৈবদা থোকখিবা সহানুভূতিক স্নায়ু প্রবাহ মগুলী ৭০৭ না হকচাং পুন্নমক অসিবু হিং-হল্লি।

হৌজিক্তি হকচাংদা লৈবা সোয়না 'হংস' হায়হুনা হোন্দোক হোঞ্জিন তৌহুনা চৎপবু হায়গে। মহুবু খণ্ডলবদি হৌগ্রবা, ওইরিবা অমস্তু ওইরক্কদবা পুন্নমক খণ্ডই। মীয়োইবগী খোইদৌদা কুণ্ডলিনী কৌবী লিনগী মশক ওইবী, মীয়োইবগী পাঙ্গলগী থোক্কফম্ন কুন্দুনা লৈ। মাঙোন্দগী মড়ী ১০ মথক্ত, ১০ অমনা মথায়োমদা নাক-য়েত্ত অনি অনি সুপ্নগী মড়ী ২৪ না লৈ। মড়ী কুন্মরি অসিদগী কুপ্ন কুপ্নবা মড়ী ময়াম্ন লোঙথোকখি। মকুপ ময়াম অদুদা প্রাণ থয়াইনা চত্তুনা হকচাং পুন্নমক অসিদা সিন্নথুংন লৈহুনা হকচাং অসিবু হিংহল্লিবনি। মড়ীশিং অদুনা লোঙথোকপা ময়োংদি অহাঘদা মড়ী ২৪ দগী ৭০৭

লোন্তখোকই, মহুদগী অমোক ৭২০০০ লোন্তখোকই। প্রাণ কৌবমা চৎপন্না মফিং হোংই অহুগা কুণ্ডলিনীদগী খোকপ্রিবা মড়ীশিং অহুম্ মফিং হোংই। মাহুপ য়ামপ্রবা ময়ামগী মফিংহুগী ময়ন্ত প্রাণগী ১০ অমসু মহুগী লম্বেল মড়ীগী মিং তরাদি হায়গে, মড়ী মকোক—ইড়া, পিঙ্গলা, সুষুম্না, গন্ধারী, হস্তিজিহ্বিকা, পুষা, যশা, বৃষা, কুহু অমসু শঙ্খিনী অসিনি। প্রাণগী মমিং তরাদি—প্রাণ, অপান, সমান, উদান, ব্যান, নাগ, কুর্ম, কৃকল, দেবদত্ত অমসু ধনঞ্জয় তরা অসিনি।

আধ্যাত্মিক মণিপুরগী অসুপ্প মশক্তি অসিনি। গুরুগী নাক্ত যোগ তম্নবা শিষ্যনা যোগবু অভ্যাস তৌগনি। জিতশ্বাস প্রাণায়াম তৌবা ওম্নবা মীনা প্রাণায়াম তৌহুনা যোগবু সাধনা তৌগনি। চিত্তবু লেংহন্দ্রগা বাসনা অমসু সংগ্রহবু থাংদোক্তনি, মথন্ত অচীকপা মফমদা লৈহুনা যোগীনা অতৎপা লৈতনা আত্মাবু পরমাত্মাগা তিনসিনগনি।

অশেংব মফমদা থোইনা রাংখত্তবা নেমথদবা দর্ভ মহুগী মথক্ত সজীন মথক্ত কি থাবা লেওদবা কমফসু মহাক্কী কম্নবা থাগনি।

কমকমদা কমহুনা পুক্নিং মতোন অনি লোন্তদনা চিত্ত, ইন্দ্রিয় অমসু ক্রিয়াবু লাক্সিনগনি অহুগা মহাক্কী শেংনবগীদমক যোগবু শাম্নগনি। হকচাং, কোক, ওকপু চপচুম্ন লেংহন্দনা থমগনি, মায়কৈ পুম্নবু য়েংদনা নাতোন মতোনগী মপা অহাংবদা মীৎ থমগনি।

প্রাণায়াম তৌহুনা সোর হোন্দোক হোজিন তৌরিবা অসিবু পূরিংগী মতুংইন্না থাদোকপা চিংসম শাম্নগা থম্না লৈরগদি নাতোন

মন্নুংদ লৈবা ইড়া পিঙ্গলা অনিগী স্নায়ুপ্রবাহবু লাম্নব ওম্নকই। মতুগী মথ দ থবাক্ত লৈবা অনাহতপু পুক্নিংন সিজন্নবা ওমই। মস্নুন তৌদুনা মথং মথং শান্নরকপদা মতম খরা লৈরগা মণিপূরদা পাল্লিবা স্নায়ুপ্রবাহ ময়াম মথক্ত মখাদা চৎলিবা প্রাণগী লম্বেল অদু মশা অমত্ত ওইনা তিম্নরকই, মতম অদুদা কুণ্ডলিনী মহাশক্তি অদুনা তুমদুনা লৈংম্বদগী হৌরকই অদুগী মথংদা লাইপক ময়াইদা মন্নুংদ লৈবা জ্ঞানগী মীৎ (দিব্যচক্ষু) পাংই। মীৎ অদুনা পাওলগা যোগীনা পুন্নমক অসি খণ্ডবা ওমই। মতম অদুদা উগনি—বৈকুণ্ঠদগী বিরজা থাঙ্গপাত্তগী বামনদেবগী শ্রীচরণনা থিংগাইদুনা শ্রীগঙ্গানা চেলথরকপা মেরু চীঙদোম্দ ব্রহ্মাগী য়ুমদা তাবা ভগিবথনা হায়জদুনা মহাদেবগী জটাদা তাবা জটাদগী থোরক্লুনা পৃথিবীদা তাবা গঙ্গাদ্বার উগনি শ্রীগঙ্গানা সগরগী মচা ময়াম্বু লাম্বিবা কপিলাশ্রমদা থুমহিগী সমুদ্রদা তারে। মদুবু যোগীনা মূন্ন খণ্ডগনি। গঙ্গাদ্বারদগী স্বাধিস্থান মদুগী মথক্ত মণিপূর মশক খণ্ডগনি। মণিপূরদা কৃদুনা লৈবা লিন ওইবী কুণ্ডলিনীবু হোৌদোক্লুনা অহুমস্নুবা মীৎ পাওলগনি। মতম অসিদা যোগীনা সোর হোন্নিংলগা হোনগনি, থিংদুনা হোন্দনা লৈগে মনিং, শিন্নিংলগা শিগনি, শিনংদ্রগা তোক্কনি, চানিংলগা চাগনি, চানিংদ্রে তোক্কনি। তৌইগুম্বস্নুং মতম অদুদস্নু ভগবানবুদি কংখিরোই। ইবুঙো মহাকপুদি শ্রীগুরুদগী দীক্ষা তৌরগা মতম কুইনা অমুক সাধনা তৌদুনা থগদবনি।

মূলাধারদা কুলকুণ্ডলিনী হৌদোকপগা মণিপূরদা কুলকুণ্ডলিনী হৌদোকপগা অনিসি খয়া থেন্নে মদুবু যোগীনা যাম্ন মূন্ন য়েংশিনগনি। আধ্যাত্মিক

তীর্থ মখল অনি মীরোইবগী হকচাংদা লৈ, মহুদি— মূলাধারদা গঙ্গা যমুনা অমসুং সরস্বতী তীর্থ লৈ। মর্ণপূবদা দেবতীর্থলৈ মহুদি কুণ্ড মঙা- নি, পুথ্রিগী মশক্তি, মহুদা যোগীনা তাইবংপান্বদগী লান্ব প স্বনা পুথ্রি মঙাগীমরক্ত শ্রী কামনা তীর্থদা যোগধ্যাননা মরম ওইহনা স্নান তৌগনি।

## প্রাণায়াম

খুৎযাইনা ঈশিং লৌবগা ইশাগী মায়কৈ অকোইবদা এৎয়োইননা মৈগী পল্লা কোইশিল্লে নিংনা কোইগনি। থমোইগী লাইমুমদা পূজা তৌগদবা দেবতাগী মূর্তিবু এংগনি। খুংএৎকী খুৎপীনা নাতোন এৎ থংবু মেনশিল্লগা ওইথ ব নাতোনদা মুংশাসোর চিংসিনগনি, মতম অদুদা পূজা তৌগদবা দেবতাগী মন্ত্রবু ৪রক শোনগনি। মসিমখৈ তৌববু পূবক' তৌবা কোই। মহুগী তুংদ খুৎ এৎকী খুৎনিংথৌগা খুৎনাওবগা অনিনা নাতোন ওই, মেন'সন্দুনা চিংশিনাখবা সোরবু থিংহুনা থমগনি, মতম অহুদা বীজমন্ত্রবু ১৬ লক শোনগনি। মসিগী মখৈবুনা 'কুম্ভক' তৌবা কৌই। অহুগী তুংদ খুৎপীনা মেল্লিবা নাতোন এৎপু থাদোক্লান। তপ্প তপ্প সোর থাদোক্তুনা বীজমন্ত্র ৮ লক শোনগনি। মসিগী মখৈবু 'রেচক' তৌবা কৌই।

পাওতাক— প্রাণায়াম তৌবা অমসু ওমদ বব মখৈ মী অহুনা লাই নিংব, খুকুম্ব যাদবি। অহুনা মী খুদিংমক্ক প্রাণায়াম তৌবা অসি তমগদবনি। মহুদা অরুবদি গুরু অমদগী ংস্ব নত্রগা শাস্ত্রদগী মূল্ল অর্থশংগী মখৈ লৌহুনা তপ্প তপ্প ওরাহগদবনি। অহৈবা হাযবদি প্রাণায়াম তৌবা ওম্নবা মীদা হংহুনা হংহুনা তপ্প তপ্প তমগদবনি।

মসি ওম্বদা মী অহুবু অরাবা অনাবনা মাবু শোকপা ওমদে। অহুন্নদি ওইরগা প্রাণাযাম তৌবদা হৈতবিবৈদা খুদংথিবা তাবা যাবা মবম য়ান্ন দৈ, মহু করিগুম্ব থোকপবদি মী অহু হিংদবে। প্রাণাযাম অসি থা ৬ সুনা গুরুগী নাক্ত লৈহুনা তম্লবদি চানবা প্রাণাযাম ওম্লকই। মহু ওম্লবদি মী অহুনা যোগসিদ্ধ ওইবা থিন্দবে। মসুম্ন প্রাণাযাম তৌবা ওম্লবা মীহুনা তৌনিংবতা তৌবা ওমই। মহুম্ন প্রাণাযাম তৌবা ওম্লবা যোগীসু প্রাণাযাম মীংন কপ্প মতম থাদোকপা যাদে। থাদোক্ল-বদি যোগীসু হেক্ত শি। মরম অসিনা প্রাণাযামদি হঠযোগগী অহাম্ব থাক্লি। শ্রীকৃষ্ণনা মীরো'ইববু হঠযোগ তৌনবা তাকপিদে অহুবু প্রাণাযামদি তৌনবা তাকপিবমই। অহুনা প্রাণাযাম অসিবু সিদ্ধি ওইনবদি তান্দনা থমোইদা ভগবানবু ধ্যান পূজা জপ তৌবা যানব-গীদৈথে অদি তৌগদবনি। মরমদি প্রাণাযাম লৈত্রবদি ন্নাইগী করি-গুম্ব অমতা যাদে।

প্রাণাযাম অসি পূজা তৌগদবগী মমাংদ অহুম্লক হন্ননবা রেয়েন লৈ। মহুদ অপান্নদা নতোন এং মেন্দুনা ওইনা 'চ'শন্ন থংব; ওইবু মেন্দুনা এং৩ থাদোকপা মসনা অহান্বনি। অনিশুবদনা এংলোনদা চিংসন্ন থংব; ওইরোমদা থাদেকপা। অহুঃশুবনা— ওইনা চিংসিন্ন, থংব; এংলোনদা থাদোকপা। অসুন্ন অহুম্লক হন্ন তৌগনি।

তাইবংপান্বদা লৈবা লেংই পাল্লিবা মশক মমিং পান্ব পোং পুম্নমক অসিদি খোঞ্জেলনা ওইবা ঙাক্তনি তৌইগুম্বসুং লাইরেম্মদি খোঞ্জেলনা

ওইবা নত্তে, তাইবং পুম্নমকপু মানা ওইবা খোঞ্জেল অদুবু লাইয়েম্মনি হায়রিবনি। মহাক্তি মীরোইবগী মূলাধারদা লৈ মদুবু ঘোষ নত্রগা নাদ কৌই। মহাক মণিপুর যাউবা সিনথুংন লৈরগা পশ্যন্তী, মণিপুর-দগীনা খোঁড়া যাউববুনা মধ্যমা কৌই অমসুং খোঁড়াদগীনা চীন কাউ-বদা লৈববুনা বৈখরী কৌই। হায়রিবা খোঞ্জেল মথল মরি অসি ঘোষ =নাদ, পশ্যন্তী, মধ্যমা, বৈখরী মরি অসি ওইনা খোঞ্জেলনা থোর-রগা মপান্দ হুংশিনবত যুই, মহুদগী হুংশিনবন ইথক হৌখিদুনা মথং মথং চত্তুনা নাকোং পুংমাইদা থোকপা খোঞ্জেংবু তাঈ। অসুম তৌনা মপান্দ থোরকপা খোঞ্জেল অসিনা ঋগ, যজু, সাম কৌবা বেদ অহুম ওই। শৈরেং ওইনা লেংববু ঋগ, রারেং ওইনা লেংববু যজু অমসুং ঈশৈ ওইনা শকপবু সাম কৌই। অসিগুম্ব বেদ অহুম্মক অসিদি লাই-রেম্মনি। মীরোইবনা জ্ঞান কৌবা অমৃতবু থক্কে হায়রবদি বেদদা চংদরিবা মখৈ জ্ঞানগী অমৃতবু থকপা ঙমদে। জ্ঞান কৌবা অমৃতবু ইমা লাইরেম্মনা মীরোইবদা পীথক্তুনা মীরে ইববু য়োকপিদুনা অরাবা কোকহল্লি। জ্ঞানগী মশক ওইবা অমৃতবু থকপা কদবা মীরোইববুদি ইমা লাইরেম্মনা লৌউবা, ললোম্ব কৌবী শিল ওইনা শাইয়োন্দুনা য়োবই। লৌরবনা ইমাবু ইড়বপা মতমদা লক্ষ্মীদেবী-নবপত্রিকা হায়দুনা পান্দোং মাপন-না ইমাগী মশক ওইদুনা চহি খুদংগী লাৎলিবা অসিনি; ললোম্বাশংন বৈশাখীগী থাংদা গন্ধেশ্বরী কৌদুনা চহি খুদংগী লাৎলিবা অসিনি।

হোম তৌনবগী হোনবী

বেদনা তাকপা মূলধর্ম্মদি হোম তৌবনি। কবিগুম্ব হোম অমা তৌগদবা লৈরবদি স্তুতিগী হাযবদি হোম তৌনবীদমক পেদোকয়া লমদা মাংগোম থংব মতৌদা খুদোল তানিংগোই শাংব মতোন্ন নোংপোক ওন্ন লমি অমা চিংগনি. লমি অহুম্ পৃথিবীনা মপু ওই-বনি, মচনা নাপু মান্ননি হায়না নিংগনি। লমি অহুমগী নকুদনীনা খুদোল কুম্মথোই শাংব লমি অমা মথাংপংন চিংগনি অদুগা মহুদা খুদোল ৭।৭ না মথক শাদুনা হাওকাপ (প্রাবেশ) অমমম শাংব মতোন নোংপোক ওন্ন লমি অমম চিংগনি, লমিশিং অদুবা লৈম হৌ-বগা হোম তৌগনি।

শাস্ত্র তৌবা ব্রহ্মণশিন নোংপোক ওন্দুনা চিংব খুদোল তানি-গোই শাংবব য়াম্ন মুথা থেংই, মতোন অদুনা নোংপোক চম্ব শোইদনা চিংববা? মথি অদ ফজনা তাবরা? তংপবা? লাওম্বগা? অমাদিংব ওইবরা? থেংদুনা তৌগদবা হোম অদুগী ফংলেইদবব্ অনুমান তৌই। 'মহদা' লমি অদুগী মতোন্ন মথাংগোম অাদা ওন্দনা চিংব যাদে, হোমগী ফল লৈরোই- থোংচোংনুপীনা তাকপা বিন্দদা ওন্দুনা চিংগদবনি।

———

# লীলাগীদমক শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ

পহিলহি (অহান্বদা) রাগ (রাগ ওই) নয়ন ভঙ্গভেল (মীৎচিনা এংনবনা ওইখি।) অনুদিন (নুমিৎখুদিংগী) বাড়ন (হেনগৎলি) অবধি না গেল (ওমখৈ লৈতে) না সো রমণ (শ্রীকৃষ্ণনা রমণ ওইদে) না হাম রমণী (ঐনা রমণী ওইদে) দুহুমন (আনগী পুক্নিংবু) মনোভব (কামদেবনা) পেখল জানি (খণ্ডহুনা মকুপ ওইনা থুগাইহুনা তিনসি-নখরে) এ(মসি) সখি (হে ইভা) সে সব (পুম্নমক অদু) প্রেম কাহিনী (প্রেমগী বানি) কাণু ঠামে (শ্রীকৃষ্ণদা) কহবি (হায়য়ু) বিছুরহ জানি (কাওরে খণ্ডই) না খোজলু দুতী (দুতীবু থিদে) না খোজলু (থিদে) আন (অতোপপবু) দুহুঁ কেরি (আনগীদমক) মিলনে (তিন্নবগীদমক) মধ্যত (ময়াইদা) পাঁচবাণ (রূপ, রস, গন্ধ, স্পর্শ অমসুং শব্দগী মশক ওইবা তেন মঙা পায়বা কামদেবনি) অব (হৌজিক্তি) সোই (মা) বিরাগ (বিরাগনা) ভেলি দুতী (দুতী ওইরে) সুপুরুষ (অথোইবা নিপাগী) প্রেমকি (প্রেমগী) ঐছন (মসুম তৌই) রীতি (লিচৎতী) বর্দ্ধন রুদ্রনরাধপ মান (প্রতাপ রুদ্র নিংথৌগী সম্মান হেনগৎহল্ল) রামানন্দরায় কবিভান (রামানন্দ রায় কবিনা হায়)। ঙশৈ ময়েক—

পহিলহি রাগ নয়ন ভঙ্গভেল

নিপানে নুপীনে অনিগী নু শিনবদগী ওইরকপা পুক্নিংগী অপেৎপ অমেংববু রতি কৌই। মথং মথং হেনগৎলকপগী তরুকসুবা মওংবু রাগ কৌই মদুবু ঙশৈ অসিনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগীদি অহান্ব মহৈমহৈ হেক

উনবমক্তদা তরুকশুবা থাক য়াগনা ওইখি অসিনি। তা:বংপাম্বগী মপুদা জীবন্না ভক্তি তৌবদা জীবনা ক.ত্তাভাবনা ভক্তি ৎৌববদি ভক্তি অহুগী স্থায়ি ভাবপু রতি কৌই। রতি আস মথল অহুমনি সা:ারণ, সমঞ্জস্য অমসুং সমর্থ্য। মৈতৈগী মহাসত্তমশিংনা উপাসনা ৎৌরকপা পার্ব্বতী পরমেশ্বর= পান্থোইবীদা ওইবা নোংপোক নিংথৌবু নুংশিবগী মশক ওইবা রতিবু রসশাস্ত্রনা সমর্থ্য:তি কৌই। মহ'ক্তি পরাঙ্গনামগ্নীনি (ভিন্ন পুরুষ-অতোপ্প নিপাগী নুপী ওইনা মপান্দ রসগী চাওখৎপা উহম্বনি) মহুম তৌহুনা পান্থোইবী= থোইবী অমসুং খাবা—খম্বা থোইবীদা ওইবা খম্ববু নুংশিবগী মশক ও:বা রতিবু সমঞ্জস্য (অ.তাপ্প নিপা অমদা পীগদবগীদমক গুরুজননচিংবনা য়াম্না এৎপা পুন্ননকপু মহাক্তী সতীত্ব ধর্ম্মনা নমহৎতুনা লেদনা লৈবা) কৌই।

১। রতি হাযবদি লহান অমোক মপোক্ত ৎৌররূপদগী ওইর-বস্থ হন্দক্তী মপোক্ত তাকুবা উনকুবদগী ওইরবস্থ পেন্বমক্তনা মঙোন্দ পুক্লিংনা থাদোক্তনা নপ্লবু রতি কৌই।

২। মহুম্ন মঙোন্দ ন'প্লবা পুক্লিংন করিগুম্ব বিগ্লিনা থুগাইবা ভমদ্রবা থুগাই থুগাইরুরগা মানা সুম সুম হেঞ্জনলগা রতি অহু প্রেম কৌই।

৩। পুক্লিংন মহাক্তী মরমদা ইপেৎ পেৎপবু স্নেহ কৌই।

৪। স্নেহনা য়ামখৎলবদা অফবা ফত্তবনা ওইরবস্থ শাওহুনা ওইরবস্থ করিগুম্ব মরম অ:না, মরম অমতা ইরৈ লৈতনবু ওইরবস্থ

পুক্লিংগী থোঙ্গবা— মনুংদ অমা নিংলগা মপান্দ অমা তৌববু মান কৌই।

৫। পুক্লিং হকচাং অমস্তুং ইন্দ্রিয় পুন্নমক মশা অমত্ত ওইনা ওইথ্রহ্না থাজবা ওইথ্রববু প্রণয় কৌই।

৬। প্রণয়না যামথৎলকলবদা পুক্লিংদ অন্নাববুস্তু নুঙাইবা ওইনা নিংলবদি রাগ কৌই।

৭। শ্রীকৃষ্ণবু ওহাক্তস্তু কাংদনা পুক্লিংদ নিংতুনতা লৈথ্রবা মতুম্ন নিংব অতুদা মথং মথং ইনৌংগা নৌবা, হান্ন খঙখিদ্রিবা হৌজিক্ত খঙবগুম্ন মীৎকুপ খ্দিংগী হৌজিক্ত খঙবা ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু খঙববু অনুরাগ কৌই। অনুরাগ ওইরবা মতমদদি থরাইপান্দবা ওইনা পোক্লিংব প্রেমগী ওস্তোকপা ওইবকই, অতুগা শ্রীকৃষ্ণগা উনদবা মতমদস্তু শ্রীকৃষ্ণনা হেক্ত ফাউবা ওই।

৮। মহাভাবতি অনুরাগনা হেনগৎলগা ওই। মহাভাবনা মখল অনি থোকই— মতুদ রুঢ় অমস্তুং অধিরূঢ় অসিনি। শ্রীকৃষ্ণগী মরিদা নুংঙাইবা ওইরিবামক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা নুংঙাইরবিরোইদরা হায়না চিংনববু রূঢ় মহাভাব কৌই। শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণবু থবাক্ত হাপ্নুনা থোগন তৌবদা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইরিবনি অতুমকপু ইবেম্মশিংন ঐ-খোইগী থবাক অসিনদি কম্বসিনা শ্রীকৃষ্ণদা নারিগদবা হায়না চিংনর-ক্তুনা মতুগী রাবনা খাঙবা ঙমদবা মখৈ ইবেম্মশিংন রাঙ্গী মতুবু রূঢ় মহাভাব কৌই। রূঢ় মহাভাব হেনগৎলগা অধিরূঢ় মহাভাব ওই,

মতুদি শ্রীকৃষ্ণগা মপান্দ নত্রগা থমোই মন্নু'দ ওইরবসু উনবা মতমদা কোটিব্রহ্মাণ্ডদা ওইবা মুংঙাইবা পুন্নমক্ক তিনসিন্বনা শ্রীকৃষ্ণগা উনবা মতমদা ওইবা মুংঙাইবগী মরিক অমবু যংদবা অমসুং মসুম তৌহ্না শ্রীকৃষ্ণবু উনদ্রবদা রাবগী মরিক অমগা কোটিব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা অরাবা পুন্নমক তিনসিন্বদা ওইবা অরাবা পুন্নমক থানবা য়াদবা, মতুবু অধিরূঢ় মহাভাব কৌই। অধিরূঢ় মহাভাব অসি অমুক অনি থোকই, মতুদি অমনা মোদন কৌই অমনা মাদন কৌই। মোদন কৌবা অধিরূঢ় মহাভাবনা শ্রীমতী রাধিকাগী সখী ললিতা বিশাখানচিংবীতদা ওই। মতুদি মোদন কৌবা অধিরূঢ় মহাভাবনা উদয ওইরবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণদসু ইবেম্মশিংদসু যায় লাংতক্নবা ওই। যুথিগুম লেপ্প, হুমাং শোবা, তুচুংব, পীতাবা কপ্প, কুচু ওন্ব, সোব কাইবা, হকচাং যাম্ন কন্ন নিকপা, রান্থবা অসুম্ন হায়বা সাত্বিক ভাব অতু যায় কন্ন ফোংন ফোংন লৌই। মাদন কৌবা অধিরূঢ় মহাভাবনা শ্রীমতীতদা ওই। ইবেম্মনা বিরহগী মতমদা ওই। মতু ওইববদি শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী বিরহদগী থাংব ভমদহুনা রুক্মিণীনচীংবীন। আলিঙ্গন তৌরিবৈঙমক্তদা রান্থে। ইবেম্ম অমসুং ইবুংগো অনিরুদ্ধ চপ মান্ননা বিরহগী মতমদা অধিরূঢ় মহাভাবকী মাদন কৌবা মশক্ক থোরকই, মতম অতুদা ইবেম্মগী, ইবুঙোগীসু মনাক্ক লৈবা তিন কাং শা-উচেক ফাউবা কপই, নাপী উ-রা ফাউবা থাঙবা ভন্দে। মতুদি যোংত মৈগী অশাবনা চংলগা শাই, মতুনা য়াম্ন থমথেংন চংথ্রবদি মৈগী অশাবদগী য়োং অশাবনা হেন্ন শাই।

মনাক্ত লৈবা নাপীশিংবীনচিংববু চাকথেকই। মাদ-গী লিচৎ মখল অমা লৈ, মহুবু দিব্যোন্মাদ কৌই। মসি ওইব্রবা মতমদা শ্রীরাধা শ্রীকৃষ্ণ অনিমক কোকতাওবা, তুবা, চোইরোন লোম্বনচিংব তৌই। অসিগুম্ব মতম অসিদা বনমালাবুস্থ খম্বম্ব, তমালদা এৎপা মালতীগী মর্রাইপক কববু হায়বা অসিনচিংব তৌই।

অসিগুম্ব হায়থবা অধিরূঢ মহাভাবকী মাদন কৌবা মশক অহুদা প্রেমাবিলাস বিবর্ত্তনা ওই। মহাকপু রাযনা লেংব পণ্ডিল-হিনা হৌবা ঈশৈ অসিনা ঈঙ্গিৎ ওহ্না হাযবি। মহুবু প্রভুনা পরমভাগবত রাযগী মচিন্দগী আস্বাদন তৌনিংহুনা মনাইদা হন-চিন্দুনা শবই'ল্ল। মহুদা 'পহিলহি রাগ নয়ন ভঙ্গভেল' অসিনা রতিগী তক্কস্থবা রাগবু মীৎক মীৎক উনথিবনা ওই হাযরিবা রাগনা ৭ অনুরাগ, ৮ মহাভাব ফাউবা হেনগৎলক্লুনা অধিরূঢ় মহাভাব যৌববু শায়রি, মহুদি— অনুদিন বাড়ল অবধি না গেল' অসিনি— রাগনা স্থমিৎ খুঁদং হেনগৎলকপনা বাধা কৃষ্ণ অনিগী প্রেমগী ভমখৈ লৈতনা হৈতত্ত্বনা হেনগৎলি। মসি হাযরগা মাদনগী মতমদা দি-ব্যোন্মাদ ওইহুনা ভকপা প্রেম বিলাস বিবর্ত্তবু মথংন হাযবি— 'না সো······পেখল জানি!' মানা রখণ ওইদে এস্থ রমণী ওইদে। ঐখোই অনিগী পুক্লিংবু কামদেবনা কুপ্প থুগাহহুনা ভিন্নাসনথবাননি অসুম্ন খঙই।

প্রেমনা মাহুপকী মতিক হেনগৎলগা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগা উননিংব সেবা তৌনিংবস্থ মাহুপ যাম্ন হেনগৎলি। ইবেম্মগী

উৎকণ্ঠা য়াম্না হেনগৎলে হায়ববু খঙই। মাদন কৌবা মহাভাবনা তিন্ন শ্রীমতী রাধাগী মতম অদুদা ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু উনিংব সেবা তৌনিংৰগী হেনগৎখিবা অদুগা চপ মান্নবা শ্রীকৃষ্ণগা ইবেম্মগা উননিংবসু ইবেম্মগা চপ মান্নবা উৎকণ্ঠা ওই। অসিগুম্ব ইবেম্ম ইবুঙো অনিমক্ক উনরবদা হান্নগী উননিংবগী খৌরাংব অদু লেপ্তে, হান্নদগী অমুক মথং মথং হেনগৎলি। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু পেনহনগে নিংবসু শ্রীমতীনা ইবুঙোবু পেনহনগে নিংবসু উৎকণ্ঠা অনিদুনা হান্ননা ঙমখে য়ৌরবা অদুমক্তদগী অমুক উনরগা অমুক হেনগৎলি মদুবু 'অবধি না গেল'— হেনগৎপগী লোইবা লৈতে, ৰাহৈ অসিনা উৎখি। চুম্নগী ফংনিংবদি ফংলগা ফংনিংবদু কোকই, মাদনাবিরূঢ় মহাভাবতী শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী উৎকণ্ঠাদি ফংনরগা হান্নদগী ফংনিংবা হেনগৎলি। অসুম হেনগৎপা অসি অকোংগীদি ঙমখে য়ৌরবদি লেপই, শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমদি ঙমখে য়ৌবদা পংহেন্ত হেনগৎপনি। হেনগৎপ অদুনা ঙমখে য়ৌরগা হেনগৎলবদি পাথবা হৌনরে। অদুনা প্রেম মহাসমুদ্রনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী আলিঙ্গননচিংব প্রেম লীলাদা উৎকণ্ঠানা ঙমখে য়ৌরবামক্তদ হেনগত্তুনা পাথরকপনা ইবেম্ম ইবুঙো অনিগী ঐনা নিপানি মরানি, ঐনা নুপী ন মতুনি হায়বা খঙবা পুম্ন পুমকাও কাওখি, মতুম্ন কাওরবা মতমদা শান্নরিবা প্রেমগী কুম্মৈগী ওম্ন তৈনবা মতৌ অদুবু প্রেমবিলাস বিবর্ত্ত কৌই। মসিবু ঈশৈ অসিগী 'না সো রমণী'— পদ অসিনা ফোংদোকই। মদুদি মহাক্ক নিপা= মরা ওইদে, ঐসু নুপী= মতু ওইদে, হায়, ঐখোই অনি নিপানি

মরানি, নুপীনি মতুনি হায়বা ভাব কাওখি, আলিঙ্গননচিংব ওইরিবৈদা খঙদে, অর্থনা মসিনি— 'না··· রমণী'— পদ অসিগী অর্থবু চৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটকতা কবিকর্ণপুর গোস্বামীনা শ্রীকৃষ্ণনা নিংথৌ ওইদুনা মথুরাদা লৈবদা শ্রীমতী রাধিকানা চিঠি পীবদা অর্থবু সংস্কৃততা লেংথোকই মস্তুদ —'অহং কান্তাকান্তস্তু্মিতি ন তদানীং মতিরভূৎ মনোবৃত্তির্লুপ্তাত্বমহমিতি নৌগাবপিহতা। ভাবান্ ভর্ত্তা ভার্য্যাহমিতি যদীদানীং ব্যবস্যাতি স্তথাপ্যস্মিন্ প্রাণঃ স্ফুরতি নণ চিত্রং কিমপরম।।' শ্রীরাধানা মথুরাদা শ্রীকৃষ্ণদা হায়বকই— নহাক্ত ব্রহ্মদা লৈরিবৈদা ঐখোই অনিনা ভিন্নবিবৈদা ( ফমুং অমত্তদা লৈবিৈদা ) রাধা ঐনা চান্নবীনি নহাক্ত চান্নবনি অসুম তোঙান তোঙান খঙদে। ঐখোই অনিমক্কী পুক্নিং লৌশিং লৈতে মাওই। তৌজিক ঐখোই অনিনা কাইনববা তোঙান তোঙান্ন লৈববা মতমদদি ইবুঙো নংন ঐগী ইপুরোইবনি, ঐনা নহাক্কী নুপীনি হায়বা খঙলে, কবিননো? অদুগা রাধা ঐগী থরাইমিনা তৌজিকপু শিদবি, মাস্তপ যাম্ন ওকপা ঐদি অতোপ্প অওকপা অমা খঙদবি ; অসিনি। মসিগুম প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত অসি কৈদৌঙনা ওইখিবগে হায়ববু ইবেম্মগী রাইহ ওইনা রায়গী ঈশৈন হায়রি, 'তুহু মন মনোভব পেশল জানি'— ঐখোই অনিগী পুক্নিংবু কামনা কুপ্ন থুগাইদুনা অমতা ওইনা তিনসিনথবে, অহ্ননি হায়বা ঐনা খঙই। মফম অসিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অভেদজ্ঞান ( মশা অমত্তা ) ওইনা হায়খরে মসিনা জ্ঞানমার্গীশিংগী অভেদজ্ঞান অদু নত্তে। অপাকপা অতিয়াগী মচেৎ অমনা চফু মনুংদ লৈ। অদুবু চফুগী

অহোবা চফুদা লৈবা অতিয়া কোই। মসুম জ্ঞানমার্গী চৎপশিংগী মততা অচৌবা মচেৎ অমবু খণ্ডদবনা কোইশম্ব ব্রহ্ম মচেৎ অহুবু জীব, কুপশিন্দববু ব্রহ্ম কোই। মায়া কোকথ্রবা মতমদা ব্রহ্মদা জীবনা তিনসিনথ্রবদা মশা অমত্ত ওইখি। মহুদি চফুনা কাইরগা চফু মনুংগী অতিয়াগা অচৌবা অতিয়াগা তিন্নখিবগুম্বনি। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম-বিলাসকি মতমদা ইবেম্ম ইবুঙো অনিনা তোঙান তোঙান্ব ওইনা খণ্ডদবদি জ্ঞানমার্গীশিংগী অভেদজ্ঞান ওইবা অহু নত্তে।

শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক মশা অমত্তনি, অহুন্নদি ওইরগা প্রেম লীলাগীদমক্ত অনিথোক্ল অমনা রাধা অমনা কৃষ্ণ হায়না লৈবনি। মহুদি অচৌবা অতিয়াদগী চফুনা মরক খল্লগা লৈবা চফু মনুংগী অতিয়াগুম্ন অমসু ব্রহ্মদগী মাযানা যোংশিন্দুনা লৈবা জীবগুম্ন মরক্ত মাযানা খম্বগুম্ন শ্রীরাধাকৃষ্ণগীদি মায়ান। মরক খন্দে, অহুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণদি চযুগী অহাংবগা অতিযা অচৌবগগুম্ন অমসু জীবগা ব্রহ্মগাগুম্ন তোঙান তোঙাম্ব নত্তে। সুপনগী শ্রী রাধা কৃষ্ণগী মরক্ত খম্বদি সুপনগী ইবুঙো ইবেম্মগী শান্নবা অহুতনা মরক খন্বনি। ইবুঙো ইবেম্মগী লীলা অহুদি ইবুঙো ইবেম্মগী মশা অমত্তনি। শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীরাধা অমসু লীলা মশা অমত্ত'ন, নিত্যনি (লেংদবনি); অহু-ম্মক শান্নহুনা লৈবনি, গৌরকপা মতম লৈতে। তোকদবা মতম লৈতে, মংমদি প্রলয়গী মতমদা লৈতে- লীলা'দ প্রলয়দসু অহুম্মক লৈ, মহাক্তি মতম্ন মফম্ন মাংহন্ব ওমদে, মতম অহু'দি ইবুঙো ইবেম্মগী লীলা শাম্নদে, মফম অহুদদি লীলা অহুনা লৈতে হায়বা লৈতে,

অহুনা লীলা অহু ওইবা য়ানবগীদমক্ত 'একাত্মাণারপি দেহ ভেগতৌ তৌ' মশা অমত্ত ওইহুনম্ব লীলাগীদমক্ত শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃহায়হুনা তোঙাম্বনি ।

---

# মালানির্ণয়

শ্রীরাধাকৃষ্ণাভ্যাং নমঃ ।

অথ বাসুদেবরহস্যীয় মালানির্ণয়ঃ ।

শতাষ্টগোলিকা মালা সূত্রঞ্চ রাধিকা পরা ।
শাক্ষীচ ললিতাদেবী সুমেরুঃ কৃষ্ণযুক্-স্বয়ং ।১।

অস্যার্থ— হৌঙ্গিক্তি শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমকপু খুরুমজে, অহুগী তুংদ বাসুদেবরহস্যগী সন্মত ওইনা মালাগী নির্ণয় হায়রি । মালাগী মশক-লিক মরু ১০৮ না লেংব পরেংবু মালা কৌই । মহুবু লেংলিবা লংসুংদি ইবেম্ম শ্রীমতী রাধিকাগী মশক্ত । শাক্ষানা ললিতা দেবী-নি, সুমেরুনা থাঙ্গশেন স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা তিন্দুনা মঙোন্দ লৈ অসুম্ম খঙনগনি ।

অথ মালা ধ্যান বন্দনম্ ।

ঘনবিদ্যুৎ সমাযুক্তং নীলপীতাম্বরং ধরম ।
সর্ব্বাঙ্গ সুন্দররুচি হরিনাম নমোস্তুতে ।১।

মত্তকেশরি কিশোরবিক্রমঃ
প্রেমসিন্ধু জগদাপ্লবোদ্যমঃ
কোঽপি দিব্য নবহেমকন্দলী
কোমলো জয়তি গৌরচন্দ্রমাঃ ।২।
দন্তে নিধায় তৃণকং পদয়োর্নিপত্য,
কৃত্বা চ কাকুশতমেতদহং ব্রবীমি ।
হে সাধবঃ সকলমেব বিহায় দূরাদ্,
গৌরাঙ্গচন্দ্রচরণে কুরুতানুরাগম ।৩।
জ্বলিতকনক গাত্রী রাধিকাপ্রেম পাত্রী,
যুগলরতিবিধাত্রী প্রেমহেম প্রদাত্রী ।
অমল কমল নেত্রী কামবানা বিজেত্রী,
জয়তি নিগমপূর্ব্বা মঞ্জরী রূপপূর্ব্বা ।৪।
অবিঘ্নং কুরু মালে ত্বং হরিনামজপেষু চ।
শ্রীরাধাকৃষ্ণয়োর্দাস্যং দেহি মালে চ প্রার্থয়ে ।৫।
ত্বমেব তুলসীমালা সর্ব্বতত্ত্বস্বরূপিনী ।
ভক্তি তত্ত্ব ত্বয়ি ন্যস্তং তস্মান্মে ভক্তিদা ভব ।৬।
মালে ত্বং সর্ব্বভূতানাং সর্ব্ব সিদ্ধি প্রদা মতা ।
তেন সত্যেন মে সিদ্ধিং দেহি মাতর্নমোস্তুতে ।৭।

এবামর্থঃ— অহানবদা জপ তৌগদবা শ্রীহরিনাম মহামন্ত্রবু শ্লোক (১) অসি হাংদুনা ধ্যান তৌদুনা খুরুমগাম, মতুদি— নোংদ নোংথাংন ফজবগুম্ব, অশংব নাপুঙ্কীনা লৈতেংবা প্রেমবু পুবা মশা পুম্নমক ফজবতনা মশক ওইবা হরিনাম মহাকপু খুরুমজে ।

অদুগীতুংদ হরিনামবু জীব পুম্নমক্ত পীন'ববা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু শ্লোক (২) শুবা অসি হায়তুনা খুরুমগনি, অর্থদ ইবুঙো মহাক্ত সাধুগী থমোইদা লৈবা এক্রুবা তরুক্কী মশক ওইবা শামু'শংবু ময়াইকাবা নোংশাগী মশক ওইদুনা তাম্নোকপীবা প্রেমগী মশক ওইবা সমুদ্রগী ইথক্ত তাইবংপান্ববু থুম্নম্ব, মস্থম তৌই হায়বা থোক্তবা শ্রীমূর্ত্তিগী নিংথিবনা তিম্ব মক্তবা সনাগী লফুলয়োন মান্ব গৌরচন্দ্রনা জয় ওইরি।

অদুগীতুংদ বৈষ্ণব পুম্নমকপু খুরুমতুনা ভাবনা শ্লোক (৩) শুবসি থিদুনা হায়জগনি, অর্থদি ই'চন্দ নাপী চিক্রুনা চরণ অনিমক্ত তুদুনা নোল্লুকপা রাহৈনা চাম চামরক হুম্ন হায়জরি হে সাধুশা। তৌবা হৌনবা পুম্নমক লাপনা হুঞ্জেক্কুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী শ্রীচরণদা পামজববু নখোইনা (এবু) তৌবিয়ু।

অদুগীতুংদ শ্রীরুপমঞ্জরীবু ধ্যান তৌরগা শ্লোক (৪) শুবসি হায়তুনা ভাবনা খুরুমগনি অর্থদি—মৈম্নুংদ সৌরিবা সনাগী মচু মান্বী, ইবেম্ম শ্রীমতীগী অচান্বী, শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী প্রেম পুরিবী, মক্তবা থম্বালগুম্ব মীৎ ওইবী, কামগী তেম্ন নোইহৎলবী, শ্রীরূপমঞ্জরীনা জয় ওইরি, হায়বদি খুরুমজে।

অদুগীতুংদ শ্লোক (৫।৬।৭) শুবা শ্লোক অহুম অসি থিদুনা মালাবু খুরুমদুনা প্রার্থনা তৌজগনি, অর্থদি হে মালে! হরিনাম জপ তৌবদা য়েখাই থিঙ্গাই লৈহন্বিগনু, শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মনাই ওইবা পিনবিয়ু হায়বসি এনা নিজরি।

হে তুলসী মালে নংদি তব পুম্নমক্তী মশক্তি, শ্রী কৃষ্ণগী ভক্তিগী তথদি নঙোন্দ শ্রীকৃষ্ণনা হাপ্তুনা লৈ, অহুনা মাহু ঐঙোন্দ পনখিয়ু। হে মালে, নংদি জীব পুম্নমক্ত সিদ্ধি পিনরিবীনি অসিগুম্ব অচুম্ব রাকম অসি লৈবনা ঐগীদমক সিদ্ধি পিনবীয়ু, হে ইমা নংবু খুরুমজে।

মন্ত্রম ধ্যান প্রার্থনা বন্দনা তৌরগা নাম জপ তৌবা হৌগনি।

অথ হরিনামমহামন্ত্রং জপমারভেত

হরিনামমহামন্ত্রং জপ্তুং তদ্‌গ্রন্থিসংখ্যযা।
গুরৌ কৃষ্ণে চ তদ্ভক্ত জপ্তুমস্ত্র সমর্পণম ।১।

অস্যার্থ— অতুগীতুংদ হরিনাম মহামন্ত্রবু শোম্ব হৌগনি, মতুংদি শোনখ্রবা হরিনাম মহামন্ত্রবু গ্রন্থিনা মশিং থিরগা শ্রীকৃষ্ণদা অমসুং ভক্ত ওইবা শ্রীগুরুদসু শোনখ্রবা নামবু কচ্চবা ওইসন্নু অসুম হায়তুনা কৎকনি।

তথাহি বাসুদেবরহস্যে।

অস্টোত্তরশতেনৈব মালিকৈকা প্রকীর্ত্তিতা।
চতসৃভি মালিকাভির্গ্রন্থিরিত্যভিধীয়তে ।১।
তংষোড়শমিতান্যাহুর্লক্ষনামানি তদ্বিদুঃ।
তত্রাস্টাভিঃ পরিমিতং গুরবে তন্নিবেদয়েৎ ।২।
চতুর্বিংশতিরন্যাণি শতান্যুদ্বৃত্তানি তু।
উচ্চারণভ্রং সার্থং লিখিতং পবমর্ষিভিঃ ।৩।

এবার্থ— গ্রন্থি হায়বনচিংবগী মশক্তি বাসুদেবরহস্যদা হায়, মতুদি— হারনাম মহামন্ত্র অতু অমুক শোম্বদা লিক মরু অমা লৌবা,

মরু অহু ১০৮ ওয়গা মালিকা অমা কৌই, মালিকা মরিনা গ্রন্থি অমা, গ্রন্থি ১৬না লক্ষনাম অমা কৌই হায়বদি শ্রীকৃষ্ণদা নাম লিশিং চামা কৎকনি, লিক মরু নিপালদগী থোকখিবা নাম মশিংগী মথৌনা শ্রীগুরুদা কৎকনি, মহুদা নাম ২৪০০ লেপ্নি, মহুদি নামময়াম অহু জপ তৌবদা শোইভান্থ য়াউখিবগী পুরণ ওইননবগীদমক্নি।

বিবরণ শ্রীহরিনাম মহামন্ত্র হায়বসিদা নাম ১৬ নি, অহুগুম নাম ১৬ না লিক মরু অমমম লৌহুনা চৎপনা মকোই অমা থুংবব মালিকা অমা কৌরে, মসুম্ন মকোই অমাগুবা অহুবু বৈষ্ণবশিংন অমুক চৎপনি হায়হুনা 'ফের' অসুম্ন কৌই, ফের অসিনা সুমেরু মনাক য়ৌরগা অমুক হঙ্গৎনা চৎলকই ; মরম অসিনা মতাং অসিদা শাক্ষী অমা ওইহৌরে হায়হুনা শাক্ষী অমা অসুম্নসু খঙনৈ।

মসুম্ন অমুক হঙ্গৎন চৎলকপনা অহাম্বগী চৎপ হৌরকপা মফম য়ৌবদা মরু ১০৮ গুরে, মহুবুসু মালিকা (মহুবু 'ফের' অমা, 'শাক্ষী' অমা) অমা কৌই।

মফম অহুদগী অমুক হন্ন চৎলকপনা অমুক সুমেরু মনাক য়ৌবদা লিক মরু ১০৮ শুই, মালিকা= ফের= শাক্ষী কৌই।

মফম অহুদগী অমুক হঙ্গৎনা চৎলকপনা হান্নগী মফম য়ৌবদা লিক মরু ১০৮ শুই, মহুবুসু মালিকা=ফের= শাক্ষী কৌই। মসুম্ন লৌহুনা লিকগুন মরিরক চৎপ অসিবু গ্রন্থি অমা কৌই। মসিবু অহু ওইনা পুথোক্লবদি—

হরিনাম মহামন্ত্র অমদা নাম ১৬ নিঃ—

মালিকা (ফেৱ=শাক্ষী) অমদা ১৬×১০৮= নাম ১৭২৮ নি।

মালিকা মরি (ফেৱ ৪, শাক্ষী৪)দা ১৭২৮×৪= নাম ৬৯১২ নি।

অসিগুম্ব নাম মশিং অসি শুবদা গ্রন্থি অমা কৌরে। মহাকপু গ্রন্থি অমা কৌরুবদি সুমেরুদগী নিপালশুবা মরুদা থম্লিবা কিসি অহু অমা চংকনি। মহুম্ন চংশিবনা সুমেরু মনাক য়ৌবদা গ্রন্থি ৮ শুই, মহুদগী গ্রন্থি খুদিংগী মরু অমমম হল্লকপনা হান্নগী মক্কম য়ৌবদা গ্রন্থি ১৬ শুহুনা লক্ষনাম অমদা কাঈ। গ্রন্থি ১৬ তা ৬৯১২×১৬ =১১০৫৯২ নি। অর্থাৎ নাম লক্ষ অমা, লিশিংতরা, চামঙা, মরিফুতরানিথোইনি। মহাকপু লক্ষনাম কৌই, মরমদি মসি শুবদা শ্রীকৃষ্ণদা নাম লক্ষ অমা কংকনি অহুগা লিক মরু নিপালদা ওই-থিবা নামগী মথৈনা শ্রীগুরুদেবদা কংকনি অহুগা নাম লিশিং অনি চামরিনা নাম শোম্বদা অসোঈ অঙামগীদমক্কি, মহুবু অঙ্ক ওইনা হায়রবদি গ্রন্থি ১৬ তা ৬৯১২×১৬ = নাম ১১০৫৯২ নি, মহুদা লিক মরু ৮ গী শরুক্তি, মালিকা অমদা নাম ১ ৮, গ্রন্থি অমদা ৫১২, গ্রন্থি ১৬ তা নাম ৮১৯২ নি, মহুদা অসোঈ অঙামগীদমক নাম ২৪০০ হাপ্লগা ১০৫৯২ থোক্কই, মসিনা গ্রন্থি ১৬ কী নাম ১১০৫৯২ দগী খাইদোক্লগা নাম ১০০০০০ লক্ষ অমা লৈ, মহুনা শ্রী-কৃষ্ণদা কংলি। মসিবু লক্ষনাম জপতৌবা হাযনা কৌই। মহুবু প্রমাণ তৌরবদি মশাফরিবা নী অমনা সোর অমুক হোন্দোক হো-ম্লিবু প্রাণ অমা কৌই, অসুম্ন শাস্ত্রনা হায়, প্রাণ ৬ না পল অমা, পল ৬০ না দণ্ড অমা, দণ্ড ৬০ না নোংম ওই। 'দশ গুর্বক্ষরোচ্চারকাল: প্রাণ:' প্রাণ অমদা গুরু অক্ষর ১০ রুক উচ্চারণ তৌই

মাত্রা অনিনা গুরু অমনি. মহামন্ত্রদি মাত্রা ৪৮ নি, মহাকপু হৌ-নবী কাইদনা উচ্চারণ তৌরবদি গুর্বক্ষর ২৪ উচ্চারণ তৌবগী মান অমা হায়বদি পল আনিমখাই ফাওনা চঙই, অদুনা নোংমদা দণ্ড ৬০ নি, মদুদা প্রাণ ২.৬০০ নি, অদুনা নোংমদা গুরু অক্ষর ২১৬০০ রক উচ্চারণ তৌবা ওমই।

লক্ষনাম জপ তৌবদা

শ্রীকৃষ্ণদা কৎনবা নাম ১০০০০০

শ্রীগুরুদা কৎনবা নাম ৮১৯২

অসোঙ্গ অঙাম (ভ্রংশগ দমক) নাম ২৪০০

১১০৫৯২ নামনি।

অদুনদি লক্ষনাম জপকীদমক নোংমদা মহামন্ত্র ৬৯১২ শোন-গনি, নাম অমদা মাত্রা ৩ নি, মহামন্ত্র অমুক্ত মাত্রা ৪৮ নি, গুর্বক্ষর ২৪ গী মাননি, অদুনা নোংমদ লক্ষনামগীদমক নাম ১১০৯৫২ রক শোন্দা দণ্ড ১৩ পল ৩৭ লেমই অদুনা নাম শোন্বদা দণ্ড ৪৬ পল ২৩ চঙই মদু ঘড়ীদা হায়বগা ঘটা ১৮ মিনিট ৩৯ চঙই, ঘণ্টা ৫ গা মিনিট ২৬ পোত্থাবা যংঙ্গ, অদুনা লক্ষজপ তৌই হায়বসি অচুম্বমক্নি হায়না প্রমাণ ওই। মরম অসিনা জপ তৌবদা মাত্রা তা ওইনা উচ্চারণ তৌরবদ নোমদা লক্ষ অতম ফাউবা শোন্ব য়াই হায়ব-সিসু খঙনবে।*। অ না মসুম্ম নাম জপ তৌরবদা গ্রন্থি মশিং

* শ্রীপদ হরিদাস ঠাকুরনা নোংমদা নাম লক্ষ অহুম, লিশিং কুম্থ্রাহুমদোই, চহুমগা কুম্থাহুমদোই হেন্ন শোনখি অসুম্ম চৈতন্য-চরিতামৃতনা হায়, 'কোটিনাম গ্রহণযজ্ঞ করি এক মাসে'।

য়ামথংলক্লবদা নামজপ তৌরিবা মী অদুনা ফংগে হায়না তাল্লুদবসু মথন্ত ফংজরকপা মহৈসু সাধুশিংনা হায়রি, মদু দ :—

দশলক্ষং ভবেৎ মুদ্রা, দশমুদ্রা ভবেৎ সিদ্ধিঃ
সংপ্রাপ্তে সিদ্ধসংখ্যায়া গুরু পাদং সমাশ্রয়েৎ ।১।
দশ সিদ্ধির্ভবেৎ কামী, নিষ্কামী তদ্দশ গুণঃ ।
নিষ্কামী তু ভবেৎ শান্তং তদ্দশ গুণোত্তরম।
দাস্যং সখ্যঞ্চ বাৎসল্যং ধ্রুবং প্রেম পঞ্চমম্ ।২।
নাম যজ্ঞো মহাযজ্ঞঃ কলিকল্মষ নাশনম্ ।
শ্রীকৃষ্ণ প্রেমসেবার্থং হরের্ণাম সদা জপেৎ ।৩।
হরিনাম মহামন্ত্রং মন্ত্র ণামুত্তমোত্ত ম্ ।
নাস্তি কালো দিবা নক্তং সর্ব্বদা সর্বসিদ্ধিদং ।৪।
তথাহি শ্রীভাগবতে
মন্ত্রাতস্তন্ত্রতশ্ছিদ্রং দেশকালার্হ বস্তুতঃ
সর্ব্বং করোতি নিশ্ছিদ্রং নামসঙ্কীর্ত্তনং তব ৫।

এযামর্থঃ— লক্ষনাম তরানা মুদ্রা, মুদ্রা তবানা সিদ্ধি অমা কৌই। সিদ্ধি হায়বা নাম সংখ্যা য়ৌবদা শ্রীগুরুদা 'ঐ সিদ্ধি' কৌবা সংখ্যা য়ৌজরে হায়না তাক্লুনা শ্রীগুরুগী শ্রীচরণদা খুরুমগনি। সিদ্ধি ১০ না কামী, কামী ১০ না নিষ্কামী অমা ওই, মদু য়ৌবদা নাম শোল্লিবা নিপা অদু শান্তরস কৌবা ভক্তিগী ফংবা য়াবা অধিকারি ওই, শান্তরসগী গুণ তরানা দাস্য, দাস্য তরানা সখ্য, সখ্য তরানা বাৎসল্য, বাৎসল্য তরানা মধুর ওই হাযবদি মধুর প্রেমভক্তি ফংব য়াবা অধিকারী ওই অমুম মহাত্মাশিংন তাক্লি।

কলিকৌবা যুগ অসিদা সাধন পুন্নমক হুণ্ড্রেক্‌না সঙ্কীর্ত্তনতা তৌগনি অসুম্ন শ্রীভাগবতনচিংব শাস্ত্রনা হায়রি মরমদি কলিগীদি সঙ্কীর্ত্তননা যজ্ঞনি। অদুনা হরিনাম মহামন্ত্রবু দিবানিশিদা জপ তৌবা হায়বসিদি মহাযজ্ঞনি। বেদদা অশ্বমেধনচিংব যজ্ঞগী মশক তাক্লি, মহু তৌরগা জীবগী পাপ অপুম্ব কোকই, উপনিষদশিংন জ্ঞানমার্গদা অশ্বমেধ যজ্ঞগী তৌগদবা মওংসু তাকই, অদুগুম্ব যজ্ঞশিং অদুদগী মহামন্ত্র জপ হায়বা অসিনা পুমহেন হেন্ব মহাযজ্ঞনি, কলি কৌবা যুগ অসিগী পাপ অপুম্ব মাংহল্লি। অদু ওইদুনসু ঐ পাপ কোকে, মহৈ অদু ফংগে হায়বগীদমকসু নাম জপ তৌগদবা নত্তে। মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণদা প্রেমসেবা ফংননবগীদমক্ত দিবানিশিদা ষোড়শনাম মহামন্ত্রবু জপ তৌগনি।

হরিনাম কৌবা মহামন্ত্র অসিনা মন্ত্র পুন্নমকী ইথোইথোইবা মন্ত্রনি, মহাকপু জপ তৌবদা কালগী নিয়ম লৈতে, অয়ুক নুংথিল অহিং পুন্নমক্ত শোন্তবু শোল্লবদি সিদ্ধ অপুম্ব পীনবি, মদুমক শ্রীভাগবততা শুক্রাচার্য্যনা বামনদেবদা হায়খি, হে প্রভো। যন্ত্রগী ছিদ্র, মন্ত্রগী ছিদ্র, মফম অমসু মতমগী ছিদ্র পোৎ অদুগী মতিক চাদবা হায়বা ছিদ্র পুন্নমক নংগী নাম হেক শোম্বদা ছিদ্র লৈতবা ওই অসিনচিংবনা প্রমাণ ওইদুনা খঙনৈ।

অথ মালানির্ম্মাণবিধি ঃ

তুলসীকাষ্ঠঘটিতৈর্ম্মণিভির্জপমালিকা।
সর্ব্বকর্ম্মণি সর্ব্বেষামীপ্সিতার্থফলপ্রদা ।১।

তুলসীকাষ্ঠনা শাবা মণি— লিক মরুনা জপ তৌনবা মালা শেমগনি, মহুদি বর্ণ (ব্রহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র) পুম্নমকী থবক পুম্নমক্ত অনিং অনিংব মহৈ পী, অহুনা মালাদি তুলসীকাষ্ঠনা শাবনা অহেম্বনি। ।১।

ধাতৃফল প্রমাণেন শ্রেষ্ঠমেতদ্ধদাহৃতম্।
বদরাণ্ড প্রামাণেন গদ্যেতে মধ্যমাধমে ।২।

লিক মরু অহু হৈগ্রূ মহৈ মরুম চাউবনা অহেম্বনি, বোরোই মহৈ মরুম্না ময়াইনি, বোরোই মরু মরুম চাউবনা অতোম্বনি ।২।

অস্টোত্তরশতৈঃ পূর্ব্বা পঞ্চাশদ্ভিস্তু মধ্যমা।
কণ্যাসী পঞ্চবিংশত্যা পরিমাণং বিধীয়তে ।৩।

লিক মরু ১০৮ না লেংবনা অথোইবনি, ৫০ না ময়াইনি, ২৫ মা লেংবনা অতোম্বনি ।৩।

ততো বিপেন্দ্র পূণ্যাস্ত্রীনিমিতং গ্রন্থিবর্জ্জিতং।
ত্রিগুণং ত্রিগুণীকৃত্য সূত্রং পক্ষাল্য পূর্ব্ববৎ ।৪।

ব্রাহ্মণ অথোইবনা পোকপী পুন্য চেম্বী নুপীনা নাইবা, শমদবা লং অহু অহাম্বদা অহুম কাইরগা মহুনা অমুক অহুম ফাইহুনা লং অহু চাথোক্তুনা থমগনি ।৪।

অশ্বত্থ পত্রৈর্বকৈঃ পদ্মাকারেণ কল্পিতৈঃ।
সূত্রং মণীংশ্চ গন্ধাদ্ভিঃ ক্ষালিতাংস্তত্রনিক্ষিপেৎ ।৫।

সনাখোংনাং মনা মাপননা থম্বাল মণ্ডং মান্ন থন্নগা মহুদা লংনে লিকমতুম-মণিনে পুম্নমক্তু মনম কুংশিবা ঈশিংন চামথোক্লগী থমগনি।৫

তারং শক্তিং মাতৃকাঞ্চ সূত্রোচৈব মণিস্বথ
বিন্যস্য পূজয়েদাদৌ জুহুয়াচ্চৈব শক্তিতঃ।
হোমকর্ম্মণ্যশক্তশ্চেৎ দ্বিগুণং জপমাচরেৎ।৬।

লংদ লিকমরু পুন্নমক্তস্থ ওঁ হ্রীঁ অ আ ই ঈ উ ঊ ঋ ৠ ৯ ৡ এ ঐ ও ঔ অং অঃ। ক খ গ ঘ ঙ। চ ছ জ ঝ ঞ। ট ঠ ড ঢ ণ। ত থ দ ধ ন। প ফ ব ভ ম। য র ল ব শ ষ স হ ক্ষ হায়বা অসি (শোন্দুনা) হাপকনি। ওমজবা হোম তৌগনি, ওমত্রগা মন্ত্রন্যাস তৌবা অতু শরুক অনিরক তৌগনি।৬।

মণিমেকৈকমাদায় সূত্রে চ যোজয়েৎ সুধীঃ।
মুখে মুখন্তু সংযোজ্য পুচ্ছে পুচ্ছন্তু যোজয়েৎ।৭।

অতুগীতুংদ লিকমরু অমমম পাইতুনা লং অতুদা লেংগনি। মচিনগা মচিনগা, মমৈগা মমৈগা ওনসিন্ননা লেংগনি।৮।

গোপুচ্ছ সদৃশী কার্য্যা যদ্বা সর্পাকৃতিঃ শুভা।
তৎ সজাতীয় মেকাক্ষং মেরুত্বেন গ্রতোন্যমেৎ।৮।
একৈক মণিমধ্যেতু ব্রহ্মগ্রন্থিং প্রকল্পয়েৎ।
জপমালাং বিধায়েত্থং তৎ সংস্কারাণ সমাচরেৎ।৯।

মালাগী মরু অচৌপীশক্কী পরেংদি যন মমৈগুম্ন মতোল লোমদা পীকথনা লেংগনি, অতুগা লিনগী মওংগুম্ন মকোক মমৈদা পীকথনা— মমৈদগীদি মকোকলোম্ন চাউবা হেন্ব ময়াইদগীদি মকোক্র পীকথবা ওইনা লেংবস্থ কৈ।

লিকমরু অমগা অমগা শম্নকদে, মগ্নক্ত ব্রহ্মগ্রন্থিকিসি অমমম হাপকান অতুগা ময়াইদা তুলসী কাষ্টনা শাবা সুংেরু অত্থু মচিন মথক্ত ওনখংন হাপকনি, মগ্নম্ন লেংব লোইরগা মালাবু সংস্কার তৌগনি ।৮৯।

ক্ষালয়েৎ সদ্যোজাতেন বামদেবেন ঘৃস্টয়েৎ।
ধূপয়েদপিঘোরেণ লেপয়েৎ পুরুষেণতু ।১০।
মন্ত্রয়েৎ পঞ্চমেনৈব প্রত্যেকন্তু শতং শতং ।
মেরুঞ্চ পঞ্চমেনৈব তথা ঘোরেণ মন্ত্রয়েৎ ।১১।
মুদ্রাস্টকংদর্শয়িত্বা প্রত্যেকং পুজয়েৎ ক্রমাৎ।
গ্রন্থিতং পঞ্চভি ঃ পূজা পূর্ব্ববচ্চ যথা শিরঃ ।১২।

মগ্নম্ন লেংলবা মালাবু পঞ্চগব্যনা অমস্থ অরূবা ঈশিংনম্থ চামথোক্কনি, মন্ত্রদি—'ওঁ সদ্যোজাতং প্রপদ্যাসি সদ্যোজাতায়বে নামোনমঃ। ভবে ভবে নাভি ভবে ভজস্বেমাং ভবোদ্ভবায় নমঃ' মসি শোনগনি।

অতুগা মনম মুংশিবা চন্দন অগরুনচিংবনা মালাবু মরু খুদিংগী তকথোক্কনি, মগ্রদি, 'ওঁ বামদেবায় নমো, জ্যেস্টায় নমঃ শ্রেষ্ঠায় নমোঃ, রুদ্রায় নমঃ, কলায় নমঃ, কলধিকারণায় নমঃ' মাস শোনগনি। অতুগা ধূপনা মনম মুংশিহনগনি, মন্ত্রদি, 'ওঁ ঘোরেভ্যো ঘোরতরেভ্য সর্ব্বেভ্যঃ সর্ব্বসর্ব্বাভ্যো নমস্তে সস্তু রুদ্র রূপেভ্যঃ শিবেভ্যঃ চ' মসি শোনগনি।

অতুগীতুংদ চন্দন তৈগনি, মন্ত্রদি—'ওঁ তৎ পুরুষায় বিদ্মহে মহাদেবায় ধীমহি তন্নো রুদ্রঃ প্রচোদয়াৎ' মসি শোনগনি, অতুগীতুংন লিকমরু খুদিংগী, 'ওঁ ঈশানঃ সর্ব্ববিদ্যানামীশ্বরঃ সর্ব্বভূতানাং ব্রহ্মাধিপ-

তির্ব্রাহ্মণোহধিপতির্ব্রহ্মা শিবোমেহস্তু শিবায়' মন্ত্র অসি চাম চামরক শোনগনি। অতুগীতুংদ 'সুমেরু' বু 'ওঁ ঈশানঃ ···' নে অমসুং 'ওঁ ঘোরেভ্যঃ···' মন্ত্র অনিসি শোনগনি।

কনাগুম্বশিংন হায়বনবু মন্ত্রশিং অসি চামথোকপনচিংবদা চাম চমারক শোনগনি অসুম্ন হায়, কনাগুম্বশিংন হায়বনবু চামথোকপ নচিংবতু লিকমরু খুদিংগী চামা চমারক শোনগনি হায়, মসি মাগী মাগী সম্প্রদায়গী চৎনরকপা মতুং ইন্ন তৌগনি।

মসুম্ন শেংদোক্লগা মুদ্রা মখল নিপাল আবাহননচিংব অতু উৎকনি, অতুগা প্রাণ হাপকনি, মালাগী মকোকলোমদগী হৌতুনা পুজা তৌ-গনি। মসুম্ন শেংলবা মালাবু মী অতুনা ইহান হাম্ব লৌবদি শ্রীগুরুদা কৎলগা শ্রীগুরুগী খুত্তগী লৌগনি— 'শ্রীগুরুসংপূজ্যৎতদ্বস্তাদ্ গৃহ্নীয়াৎ সর্ব্বসিদ্ধয়ে' অসুম্ন হায় ।১০।১১।১২।

তর্জ্জন্যা ন স্পৃশেৎ সূত্রং কম্পয়েন্নবিধুনয়েৎ।
অঙ্গুষ্ঠপর্ব্বমধ্যস্থং পরিবর্ত্তং সমাচরেৎ ।১৩।
অশুচিন স্পৃশেদেণাং করভ্রস্টাং ন কারয়েৎ।

খুদোম্বিনা লং অতু শোককদে, নিককদে নোমকদে খুৎপীগী ময়াই থংবা পর্ব্বদা হাপ্তুনা চৎকনি, হকচাং শেংদনা মালা শোককদে, খুত্তগী নাম্থোক্লুনা তাহনকদে অমসুং খুৎ ওইনা শোকপা য়াদে অসুম্ন খণ্ড-নগনি। মালাবু জপ তৌবা মতম নত্তবদা মী উহনকদে লোৎকনি, 'জপান্যকালে মালান্ত পূজয়িত্বা সুগোপয়েৎ' অসুম্ন হায়।

কম্পনং সিদ্ধিহানি স্যাৎ ধুননং ধুহুদুঃখদম্।
শব্দে জাতে ভবেদ্রোগী করভ্রস্টাদ্বিনাশকৃৎ ।১৪।

ছিন্নে সূত্রে ভবেন্মৃত্যুস্তস্মাদ্ যত্নপরোভবেৎ ।
জীর্ণে সূত্রে পুনঃ সূত্রং গ্রথয়িত্বা শতং জপেৎ ।১৫।
প্রমাদাৎ পতিতে হস্তাৎ শতমষ্টোত্তরং জপেৎ ।
তাবন্নিষিদ্ধ সংস্পর্শেৎ ক্ষালয়িত্বা যথোদিতম্ ।১৬

মালা নিক্লগা সিদ্ধি মাঙই, হাইরগা অরাবা নঙই, মখোন খোকহনগা নাই, খুত্তগী নাম্ষোক্লগা অমাঙবা কংঙি, লংস্নং তৎলগা শি অহুনা য়াম্ন যতন তৌনা জপমালাবু লূনা তৌগনি । লং অহু শোনলক্লগা অহুবনা অমুক লেংখোকনি অহুগা মহামন্ত্র ১০০ য়ক জপ তৌগনি। জপ তৌনবা মালা থাঙ্গৎপদা নাম্ষোক্লুনা তায়বদি ১০৮ লক শোনগনি । কত্তবনা শোক্লুরবদি পঞ্চামৃতনা পঞ্চগব্যনচিংবনা মথক্ক হায়খ্রিবা চামথোকপনচিংবহু তৌগনি ।

অথ জপভেদাঃ।

ত্রিবিধো জপ যজ্ঞঃ স্যাৎ তস্যভেদান্নিবোধত।
বাচিকশ্চ উপাংশুশ্চ মানসশ্চ ত্রিধা মতঃ ।১।
ত্রয়াণাং জপযজ্ঞানাং শ্রেয়ানস্যাদুত্তরোত্তরঃ ।
যদুচ্চনীচস্বরিতৈ স্পস্টশব্দবদক্ষরৈ ।২।
মন্ত্রমুচ্চরয়েদ্বাক্তং জপযজ্ঞঃ স বাচিকঃ ।
শনৈরুচ্চায়েন্মন্ত্র মীষাদষ্ঠৌ চ প্রচালয়েৎ ।৩।
কিঞ্চিচ্ছব্দং স্বয়ং বিদ্যাদুপাংশু স জপঃ স্মৃতঃ ।
ধিয়া যদক্ষরশ্রেণ্যা বর্ণাদ্বর্ণং পদাৎ পদম্
শব্দার্থ চিন্তনাভ্যাসঃ স উক্তো মানসো জপঃ ।৪।

জপতৌবা— জপযজ্ঞ হায়বসি মখল অহুম শুই মতুদি বাচিক, উপাংশু অমসুং মানস অহুম অসিনি, মসি মখা মখানা গুণ চাউবা হেল্লি, মতুদি মন্ত্রবু সোরগী অনেম অরাং মযাই অসুম্ম খোম্থাং অহুম থোকপসি খাযনা লাউনা হায়তুনা শোল্লিবা অদু 'বাচিক' কৌই মসিনা গুণ ইতা তাই। খোন্দি থোক্তনা চিন্বান লেংতুনা শোম্বনা 'উপাংশু জপ' কৌই, মসিনা বাচিক জপতগী হেল্লি, পুম্নমক্তগী হেম্বদি— পুক্লিংনা মন্ত্রগী মযেক অদু নিংশিংতুনা মযেক অমা নিংশিংউ, মতু লোইরগা অমা মথংবু নিংশিংতুনা মতুনা নাম অমা ফারগা মথংগী নাম অমগী মযেক লৌথতুনা নিংশিংলগা অর্থসু নিংশিং নিংশিংতুনা শোম্ববু 'মানসিক জপযজ্ঞ' কৌই, মসিনা পুম্নমক্তগী ইহেন হেল্লি।১।২।৩।৪।

অথ জপাঙ্গুল্যাদিনির্ণয়ঃ।

অনামামধ্যমাক্রম্য জপং কুর্য্যাত্তু মানসং।
মধ্যমামধ্যমাক্রম্য জপং কুর্য্যাদু পাংসুকম্ ।১।
তর্জ্জনীংতু সমাক্রম্য জপং নৈবতু কারয়েৎ।
একৈক মণিমঙ্গুষ্ঠৈনাকর্ষন্ প্রজপেন্মন্নং ।২।
মেরৌ তু লাঙ্ঘিতে দেবি ন মন্ত্রফলভাগ ভবেৎ।

মালাদা জপ তৌবদা মানস কৌবা জপ ( মথক্ত হায়গ্রবা ) তৌবদা খুৎনিংথৌগী ময়াইদা পর্ব্বদা হাপ্লগা অমসু উপাংশু কৌবা জপ তৌবদা খুৎয়াইগী ময়াই থংবা পর্ব্বদা মালা হাপ্লগা খুংপীনা চিংতুনা চিংতুনা শোনগনি অদুগা খুদোল্লদি মাল। জপ তৌবদা য়াউকদে। মালা মথং মথং চৎলকপদা সুমেরুদি লানকদে, মন্ত্রগী মহৈ মাওডি:

### অথ জপাঙ্গুলী

তত্রাঙ্গুলীজপং কুর্ব্বন্ সাঙ্গুস্টাঙ্গুলিভির্জপেৎ।
অঙ্গুষ্ঠেন বিনা কর্ম্ম কৃতং তদফলং ভবেৎ ।১।
কনিষ্ঠানামিকামধ্যা চতুর্থী তর্জ্জনীমতা।
তিস্রোহঙ্গুল্যস্ত্রিপর্ব্বাঃ স্যুমধ্যমা চৈকপর্ব্বিকা ।২।
পর্ব্বদ্বয়ং মধ্যমায়া জপকালে বিবর্জয়েৎ।
এবং মেরু বিজানীয়াদ ব্রহ্মণা ভূষিতং স্বয়ম্ ।৩।
অঙ্গুলীর্ন বিযুঞ্জীত কিঞ্চিৎ সঙ্কোচয়েৎ তলং।
অঙ্গুলীনাংবিয়োগেতু ছিদ্রেষু স্রবতে জপঃ ।৪।

করমালা— খুত্ত জপ তৌবদি খুংপীগা খুদোন ময়ামগা লোইননা তৌগনি, খুৎপী য়াউব্রবদি মহৈ লৈতে।

খুৎনাইবী, খুৎনিংথৌ, খুংয়াঙ, খুদোম্বী মরিনি, মছুদা খুংয়াইগী মথকথংব পবর্বদা লৌগনি, মখাগী পবর্ব অনি অছুদি য়াউফদে মরমদি ব্রহ্মানা অনিছুবু করমালাগী সুমেরুনি হায়না শেম্লে।

করমালা জপ তৌবদা খুৎ মতোনশিং অছু হোইনফদে অহোবদা জপ লিৎথ খি, মতোন খজিক্তং কোম্থগনি।

অঙ্গুল্যগ্রেষু যজ্জপ্তং যজ্জপ্তং মেরুলঙ্ঘনে।
অসংখ্যাতঞ্চ যজ্জপ্তং তৎসর্ব্বং নিস্ফলং ভবেৎ।

খুৎকী মতোনতদা জপ তৌবা, মালা অমস্থ করমালাদা সুমেরু কান্দুনা জপ তৌবা অমস্থ মশিং থিদবস্থ জপতা মতৌবা মস্থম্ম জপ তৌবা মম্রদি মহৈ লৈতে।

ইতি মালানির্ণয়।

# য়াওশঙ

মৈতৈগী মনুংদ কনাগুম্বনা য়াওশঙ হায়বনা চুমই হায়নৈ ; খর অমনা নাওশঙ হায়বনা চুমই হায়তুনা য়াম্ন খংনবা অমা তৌরি। মাহৈ অনি অসীমক্তবু মৈতৈরোন ওইনা তৌরতুনা মৈতৈ ওক্নাশিংনা মনিং তম্ন হাযনতুনা মহাক মহাক্ত খঙবা রাগী চপ চপ চানা পুথোকতুনা য়াম্ন য়েংনৈ। ঐখোই খঙদবনা তাক্নবদি মিংথোল অনিসিমক্তবু অচুম্বমক্তনি খঙ্গে। তৌরিবা থোংনদি মুংদাং ওইরক্নগা মৈনা থারমদাইদা গৌরাঙ্গগী খুভম মরোং (দারু ব্রহ্ম) অহু থাংতুনা পুসিন্দুনা শঙ অতুগী মনুংদ ঙাইহাক থমলুই। গৌরাঙ্গ পোকউরিবনি হায়নৈ। মরম অসিনদি নাওশঙ হায়বসিমু রাতা য়াম্ন চাঙ্গী হায়না খঙ্গে।

অসুম্ন ওইনমক মৈতৈ ঐখোইনা যাওশঙতমক হায়নৈ। মৈথা তমক হায়নৈ। থাদোকপা ইযা য়াদবা চৃখিবা হায়বা অসিনা চুমগদবা অমসু লৈগনি। শেল শিংন নামৎ শিংন শারুরিবা শঙবু ঙাইহাক্তদা হয়াওবগা লোইনা মৈনা থাদোকলুবিবা অতুনদি কান্নদবনা য়াম্ন কান্নবা থৌরম অমা লৈবনন হাযনা খঙ্গে। মচা য়াম্ন কপ্লগা অখেমপোং পিক্ত নঙ'ই লৈত্রবা মতমদা মমা মপা অতুনা দারোগা পুলিস লাক্লে কারবনি হেক হায়বদা অঙং অতু কপ্ন হেক তোকই। মচানা কপত্রবা অতুদদি মপা মমা ওইবত্ত পুক্লিং মরা তপ্ন থবক তৌবা ঙমজে। অতুগুম্নতুনা শঙ অমা শারগা মৈনা হেক থাদোকপা

হায়বসিনদি ওইথোক্তবনা ওইখিবা, কান্নদবনা য়াম্ন কান্নখিবগুম্ব মন্নম অমা লৈবনা ওইগনি। তৌমন্নিবনম্ব শঙ অহু মৈনা ঙেক থাদোকপা লোইন্নগা মৈতৈ ঐখোংনা ময়াম ময়াম হৌনন্নতুনা "হন্নি বলা, হন্নি বলা' হায়তুনা মুমবুম খুদিং চত্তুনা চেং নিনৈ, পৈশা নিনৈ।

'হন্নিবলা' হায়ন্নিবা ৱাংসিগু আসামী মন্নোল ওইনা তৌই। আসামী লোল মান্নিবা হন্নিবলা হায়ন্নিবসি মৈতৈন্নোন্দ হায়ন্নগা হন্নি হায়মু হায়বা য়াথং বানি। গৌন্নধর্ম্ম চান্ত্রঙৈগী মমাংদ ন্নামান্দী ধর্ম্ম চংলিঙৈদা মৈতৈনা আসাম লৈবাক্তগী পূসিনখিবা লোল ওইগনি। মাসিগী মাসি ওইন্নে। শঙ অমা শাহুনা মৈনা থাদোকপা লোইন্নগা হন্নি হায়মু হন্নি হায়মু হায়তুনা মৈতৈনা চংনন্নমইবা অসিনদি মসিগী ৱাহৌ অমা লৈতবা ইয়া য়াদে। মসিগী মন্নিদা ঐখোইনা তাজবা ৱান্নী অমতং লৈন্নিয়ে মহুদি:—

শ্রীকৃষ্ণনা দোল শাখিবা মুমিৎসি লমদাগী থাবুং মুমিৎসিনি। মুমিৎ অসিদি কৃষ্ণভক্ত ওইন্নিবা বৈষ্ণবশিংগী অরুবা মুমিৎ অনি। মুমিৎ অসিগী অহিং অহুদা তেংপান্বগী মবুঙো অমসুং মবেম্ন ওইন্নিবা ন্নাধা অমসুং কৃষ্ণ অনিমক্ত লাইজা যমুনা তুন্নেলগী তোর্বান ধীন্নসমীন্ন কৌবা মফম অহুদা অচৎ চত্তবা তাইবংপান্ব পুন্নমক্কী পাংগল ময়াই লোইনা চিংশিন্দুনা থুপপ্রবা উন্নীকোনগী মন্নুংদ পাং তোংলহুনা ভুংইন মরুপ খিবিক্ত থৌগন্নহুনা তাইবংপান্ব পুন্নমক্কী কুম্মোবু মুপচিন্দুনা শান্নখি। অমুম য়াইফ পুংফম খিবিক্ত তিম্ব মুমিৎকী মন্নুং অহুদা তেংপান্বগী মবুঙো অমসুং মবেম্ন অনিমক্ত মুপ্প মন্নুংপ মপানগা

ওইরহ্না গৌরাঙ্গ হায়রিবা মপুংহ্ ওইনা তাইবং কাওখি। গৌরাঙ্গ ইবুঙোনা তাইবং ফাওদোরকপদা বৈষ্ণবশিংগী থমোইকোনগী ময়োন চোংখি। লল্লিল্দা লৈরম্লবা মী পুম্নমক শাইক লমদাং ফংজখি। গৌ-রাঙ্গনা শাইয়োনলকপা মতমহ্না বঙ্গদেশসিতস্তু নত্তনা ভারতবর্ষ অপুম্ব লাইনিং লম্মাংনখিবা (ধর্ম্ম বিপ্লব) হায়বহ্ ওইখি। ভারতবর্ষ গী নোংচুপ পাংব চিঙ ৱাংমদগী যবন হায়বা ফুরুপ অমা মপৈ মপৈ ওইনা লাক্লনা ভারতবর্ষগী হিন্দু পুম্নমকপু উপাসিনখি। মখোই অহুবু মুসলমান হায়রিবসিনি। হিন্দু পুম্নমক চেনখিবনা চেনখি, শিখিবনা শিখি। লৈহৌবা মখেনা যবনগা তোয়োংননা পানখি। সনাতন হিন্দু ধর্ম্ম ভারতবর্ষদগী সানখি। বেদ মফম খঙখিদে। মপা মপুনিংব ব্রাহ্মণ শরনা বেদ কনগে খন্দুনা নুপী অঙাং পুম্নমক যবনদা পিথোক্লম-হ্না নোংপোক পাংনা কারক্তুনা আসাম লৈবাক্ত চেনসিনখি। মৈতৈ লৈপাক্ত লৈখিবনা লৈখি। গৌরাঙ্গগী পোকফম বঙ্গদেশতস্তু অয়াম্ব হিন্দুনা যবন ওইখি। লৈহৌবা খরহুস্তু য়াম্ন-পুতৈ ওইহ্নুনা লৈখি। গৌ-রাঙ্গনা সনাতন হিন্দু ধর্ম্ম কন্দবা য়াদে, পুখত্তবা য়াদে হায়না খন্দুনা লৌনম খিবিক পুথোকখি। 'কণ্টকেন কণ্টকং' হায়বা মন্ত্রসি গৌরাঙ্গনা চেৎন শিজিন্নখি। মপান্দ যবনগী ফীজেৎ লোংগি শেৎলে মন্নুন্দ হিন্দুগী লেংগুটি শেৎলে। হৌজিক্তা ভার কৌপিন হায়হ্নুনা লুনা তৌ-নরিবসিনি। যবনগী মতৌগুম্ন লু কোকহল্লে। শম মঙা তরাদং সিখা খাক্লে, নগুণহ্ ওকসমদা হরিনামগী বীজগা লোইননা পুন্সিল্লে, মথুক্ত য়ুবী খুজাই অমগা রস মাধুর্য্য অমগা পাঙ্গসিল্লে। ফজথোই ইবুঙোনা ভৌথোরকপদি ফজবতা মওইখি। যবনগী মরক্ত চহ্নুম্না চেং নিবা

হৌই। হিন্দুগী মরক্তসু চত্তু্না-চেং নিবা হোই। রস মাধুরী পায়হনা খোংহনা হিন্দুগী খুঙ্গংদ ঈশৈ অমা শকই। যবনগী লৈরক্ত ঈশৈসু মওং অমা ওইনা শেমদোক্লুনা শকই। হিন্দুগী খুঙ্গংদা শকপা ঈশৈদি, 'লা গৌররে হরি হররে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ যাদবায় মাধাবায় কেশবায় নমঃ' অসুম শকই। মুসলমানগী লৈরক্ত চত্তুনা শকপা ঈশৈনা 'আল্লা গফুররে সারঙ্গ ধররে তুয়ায় চরণে মোর মন আল্লা গফুররে' অসিনি। যবন মথৈদি গৌরাঙ্গগী ঈশৈ তাবদা সুম্নাংখরে। গৌরাঙ্গবু ফকীরনি হায়হনা মুসলমানশিংন ওস্থোক্ল লুনা তৌখি। মুসলমানশিংন মহাকী মকমদা করিমতা চিংনখিদে। মহাকপু করিমতা হঙ্গোইখিদে। ওস্থোক্ল মহা ওইনা ফকীর ওইরে হায়হনা শোয়ে। গৌরাঙ্গনা তৌথোরকপা অছু মচু তিন্নমনথ্রহনা যবন সুপী মথৈনা মায়খুম হাইদোক্লুনা থরাই-মিচাকী মৃতমণ্ডুয় নৌনা হুন্দোরকপা থাবুংথা গৌরাঙ্গবু কোইসিন্দুনা য়েংনখি। যবন কয়া অমা গৌরাঙ্গগী মতুং ইনখি। যবন নিংথৌনচিংব অওম অথৌ পুন্নমক্কা খনখি— অসুপ চাওরবা হিন্দু ব্রাহ্মণ অমস্তু সংস্কৃত তুঙ্গী অচৌবা পণ্ডিত অমনা মুসলমান ওইরবসিদা করম্বা হিন্দু না মুসলমান ওইদহনা লৈহৌগদৌরিবা? হিন্দু পুন্নমক খাক্তবা লৈতনা মুসলমান ওইগ্রে হায়বা রাখলসিদা থোইদোক্ল সুংঙাইগ্রহনা মুসলমান নিংথৌনচিংব অওম্বশিংন *অন্দর মঙুংদ ভাবা পালা শান্নহনা লৈখি। যবনগী মরুপ মুসলমান ধর্ম্ম সন্নবগীদমক হিন্দু মথৈদা অমুক হন্ন অরাবা-পিখিরে।

---

*অন্দর= তুর্কীগী অয়োব কা।

অশোমদা হিন্দুগী খুলকে চাক্লিবা লাকপদা গৌরাঙ্গনা হিন্দুশিংগী মকমদা ভেংপোম্বগী মপু ইবুঙোগী ৱাৱীবু সন্দোক্ল লিখি। মুসলমান ধর্ম্মগা হিন্দু ধর্ম্মগা তোয়েংননা চংলিবা হিন্দু মথৈবু শেংগংপ হৌখি। মতম অদুগী হিন্দুশিংনা গৌরাঙ্গনা নৈবা সেমদোকপা ধর্ম্মসিবু যবনগী ধর্ম্মনি হায়নখি। গৌরাঙ্গনা মপান থাংদ যবনগী কীজেং লৌত্থনা লৌনম অমা তৌখিবসিবু পুম্নমক্ল খঙখিদে। মুসলমান ওই, হিন্দু ওইনা য়েংননা চংলিবা জগাই অমসুং মাধাই মচিনমনাওনা লুচিংলদুনা লৈরিবা কাংবুদুনা গৌরাঙ্গগী মথক্ত য়াম্ন শাওখি। মখোইনা হায়নখি বামোন মচাসিনা মতোমতা মুসলমান ওংনিংলে হেক্ত ওইজখো। লক্লিদা লৈরিবা ঐখোইবু স্নুপ্ন কাইনা মুসলমান ওইহনগে তৌবসিদি ওস্তোক্ল ফংখিত্রবা থৌরম অমনি। মহাকপু অমুক্তং খঙহন্দবা যাদে, মহাকপু ফংব মফমদা হাত্তোক্লগা লোইরে অসি হায়দুনা খুংলিংত্তনা লৈ.খ। খংদবা হায়বসি ওস্তোক্ল লুই।

লফুদসু সনাগী থম্বাল শাংলি হায়বাসি তাইবংপাম্ব পুম্নমক্ল খঙদুনসু খংদে। পুম্নম্যাম্ন চপ মাম্নে হায়বা রাখলসিদা মলৈনৈ। পুম্নমক অসি মপু ইবুঙোগী থৌশিন্দগী মজম্মি। জগাই মাধাইখোইগী কাংবুনা মথক্ত চৈ থাবা লৈখিত্রে। মখোইনা লাওখোংলিবা অমসুং অকিবগী মওং উংপ উবদুদা গৌরাঙ্গনসু মখোংগী মবক্ত চঙ্কনা রাগেং কোংলুপ্নদবসু হ জাইরে। মখোগ অসব করম্ন থমগনা, করম্ন তৌরগা মখোইগী মনাক্ত চঙবা য়াগবা হায়বা রাখলসি গৌরাঙ্গনা তত্তনা তৌখি। মুসলমান ওইখিবা হিন্দু মথৈদি চাং অমদা হিন্দু ধর্ম্মদা চিংখোকখি। গৌরাঙ্গবু য়াম্নবা কাংবু অমনা গৌরাঙ্গগী মচুং ইনাখি

মী পুন্নমক্কী পুক্লিং চিংননবা হায়হ্না গৌবাঙ্গনা মহাক্কী মরুপ-শিংহ্গা লোইনহ্না পুং ঝাল য়ৈরহ্না নগর কীর্ত্তন তৌই। অপাম্ব মখৈনা চোংসিনখিহ্না গৌরাঙ্গগী মরুপ মীশিং চৎখ। মতম মতম নাইনা নগর কীর্ত্তন হৌখরে। আনন্দ বাজাদদা বাবেং ফোংব মতমদা, জগাই মাধাইখোইনা গৌরাঙ্গবু হাৎলু থিন্নু হায়হ্না ফুক্তিক্লি। গৌরাঙ্গগী মশাদগী ঈমু নাইমু তাখি। ঈনা ফ্রা শ্নী সিন্থবকপা মতমদা গৌবাঙ্গ হাইথহ্না তুখি। ওাইহাক লৈরগা নিংশিংব ফং-লহ্না তুংবাই ওাংরোই হৌগংলগা জগাই মাধাই অনিমক্কী মখোঙ্গ কোন্দুনা গৌবাঙ্গনা হায়বকই, 'ভাই জগাই, ভাই মাধাই ফুখিবদি ফুখরে। মহগী মহুৎ হরি হায়বসি লোল্লু'। মাধাইনা শাওবহ্না গৌরাঙ্গগী মখক্তাঙদা খুবাক্ক সেং সেং থাই। গৌরাঙ্গনা খক্তাই নানা ওস্থোক্কনা হায়বকই— ভাই মাধাই অসোমদসু অমুক্ক থাও হবি হায়-হ্না অমুক্কদি হায়য়ু অসুম হায়খি। জগাই মাধাই অনিমক্ক নিপা-সিদি মওং অম ননা হায়হ্না তুংহন্ন খবা হন্দোকই। গৌবাঙ্গনা অহু যৌনা নোনপ্রবা অহুমক্কদা জগাই মাধাই অনিমক্কী থমোইদা নৌথবা লৈখিনে।

গৌরাঙ্গনা মপোক হুমিংগী হুমিদাং অহুদা লাংকন কত্তবা পুন্নমক কোক্কনবা হায়হ্না মহাক্কী তুংইন মরুপশিং অহ্গা লোইনহ্না তেংপাবগী মপু ইবুঙোগী নিংথৈ শকুনা থাবুং হুমিংগী হুমিদাং অহু লেন্নবা তৌই। পুং ঝাল য়ৈরহ্না সংকীর্ত্তন তৌই। জগাই মাধাইখোইনা মনাক অহুদা ময়াম থেন্দুনা মখুত্ত খুংলাই পায়হ্না গৌরাঙ্গগী মরুপপু ফুগনি— হাৎকনি হায়হ্না লুমহ্না লৈখি। গৌ-

য়াঙগী খুৎপুসি তুয় হাত্তোকউরসি হায়রতুনা জগাই মাধাইখোইনা তানৈ। খরা অমনস্তু হায়নৈ— মুসলমান নিংখৌনা পাল্লিঙৈদা মী-গী কোন্দা চণ্ডহুমা হাৎন-য়েনরবদি মতুগী তেকচাক চৈরাক য়াম চাও-গনি। মখোইনা থোরকপদা অমমম ওইনা লম্বীদা হেক্ত হাৎলসি; অস্তুম হায়নৈ।

মখোইনা ঙাংনরিবা য়ারম পুম্নমক্তু তাতুনা নিত্যাইনন্দনা গৌ-রাঙ্গদা হায়খি, ইবুঙো য়েক্কবা কাংবু অসিনা হায়নরিবা য়ারম খিবিক অসিগী খুমুক্তি কররি থোকই?" গৌরাঙ্গনা খুম্নকই— "য়াম্ন নুংঙাইরে য়াম্বুং, য়েদনদি খো'দে। য়াম্বুংন হংবিরকপা অমস্তুং তাকপিরকপা অসি দা ননাওনা নৌনা য়াথল অমা ফংজরে। য়াম্বুং য়াবিরম্ন। মমিৎ-মনা, মখুৎ মখোঙ শিংব কনানো অমতংন মৈতান অরাবা অমতং উনানা য়োমসিন্দুনা পুখিহুনা জগাই মাধাইখোইগী হংখোল মপান্দা লৈরিবা য়াও পুল্লিবা শঙ অসিগী সাইক্তিন্দ মৈতান্দু য়েপসল্লমসন্ন। য়াও ময়ামতু চেম্নোকপা ঙমজনবা থোঙতু হাংদোক্তুনা থনমসন্ন। য়াওগী শঙ অতুনা মৈ চাকখৎলকপা মতমদা জগাইখোইগী খুৎপুদো লোইনা হোত্তোক্লকনি। ঐখোইগী স্তু লোইনা হোত্তোক্লতুনা য়ুম কয় য়াও-কনি। মৈ হায়রাসনা চাকখৎলকপদা তাইবংপাম্বগী পুক্লিংসি নুংশা-থিবগা হরাওবগা য়ান্নৈ অমস্তুং অঙাংশিংন মৈচাকপা উরগা খৎনরম্ব পুম্নমক কাওখিতুনা হরাওখৈনা লাওই। খঙদবা হায়রবসি অঙাংগী মতমগুম্নি। জগাই মাধাইখোইশিন্নু অঙাংগী মতমগুম খঙদবা কাংবু অমনি। মখোইনা মৈচাক্লিঙৈগী মতমদা ঐখোইবু উরগা

মখোইনা ঐখোইবু তাখিবা তৌরোই। ঐখোইনা মখোইগী মতেং পাংবিবগুম্বসু ওইরিবনিনা মখোইনা ঐখোইবু হেক্ক ফুবা চৈবা তৌ-রোই। ঐখোইনা তৌগদবদি হরিবলা হরিবলা অসিতা হায়তুনা চৈনা সাইজিন মথক্ক পংফুতা ফুগদবনি। জগাই মাধাইখোইসু অকিং অকাই ওইনা ঐখোইগী চিন্দুং ইন্দুনা হরিবলা হায়তুনা হেক্ক মহায়রগনি। মতু ওইরবদি মখোইনা হায়নখিবা রাশক সোইদনা কাইরনি। মখোইন কম রাশকরিবদি হরি হেক শোর্ম মীহু ঐখোইগী ইরক্ক মওক পায়তুনা ইনশিব অসিত্রনি। অতুনদি শোইদে মখোই ঐখোইগী মরুপ অসিদা তিল্লবা মতারে।"

অহু ওইরবদি থবক পাওননবা তৌরসি হায়তুনা নিত্যাইনন্দ অমসুং গৌরাঙ্গ অনিনা নিপা মমিং মখোও শিংব অমবু মৈতান অচাকপা অমগা লোইনতুনা থাখরে। নিপা অতুনা য়াথং মতুং ইন্দুনা থবক তৌরক্লে। য়াওগী শঙ অতুদা মৈ হৌরক্লে। য়াও পুম্নমক খোং লাওতুনা চেন্থোরক্লে। লাওনা-খোংলতুনা জগাই মাধাইখোইগী খুৎপুনা য়ুম মৈচাক্লে মাওলে মাওলে হায়তুনা চৈ পায়তুনা চেন্থোরক্লে। লাওনা খোংলতুনা মৈ মুৎথৎপ হোৎনখি: গৌরাঙ্গগী কাংবুস্থ চৈ পায়তুনা মৈনাক্ত চেনসিনখি। মৈ কনবা হোৎনবা অহুদা কনাগীসু য়েংথিনবা রাখল লৈনখিদে। গৌরাঙ্গগী কাংবুনা হরিবলা হরিবলা হায়তুনা লাওনা নিম্ন য়ুমথক্ক পংফুতা ফুরে। জগাই মাধাইখোইসু রাখল ইতৌ হেক তৌদনা খাকচবা লৈতনা হরিবলা হরিবলা হায়তুনা মৈ তম্ন য়ুমথক্ক পংফুতা ফুখরে। নোংদম্বগী খৌজাম্ন মহুম্ন তৌনা তৌনা মৈ অহুমক মুৎখরে।

গৌর'ঙগী কাংবুনা মাংওইননা মহনকমদা হঞ্জিনখ্রে। জগাই মাধাই-খোইস্থ খয়া তুং ওইরগ্ন হঞ্জিনখি।

ভাইহাক লৈরগা জগাই মাধাইখোইগী মরক্ত য়াম্ন নিম্নরক্রে—মহাক্তি হরিবল হায়খরে, মহাকস্থ হায়খরে, নংস্থ হায়খ; অস্নম্ন হায়নহুনা পণ্ড'নন হেক নিনখ্রে। কাইনথংদদি জগাই মাধাই অনি-মক্ত খাইদগী খরা হেন্ন থোঃনা হরিবল হায়খি হাংহুনা লেপ্নখ্রে। রাশক রারেপ কাইপ্রহু-া জগাই মাধাই অনিমক্ত হায়রকই, 'মরুপ ইবুঙোশিং রাশক কাইগ্রবনিনা ঐখোইগী হায়হুনা অমা অমুক লৈ-খিদ্রে। হৌজিক্তি কাম্নররোই গৌরাঙগী মরুপ্ত চংলহুনা ঐখোইস্থ হরি শোল্লুরসি।' অস্নম্ন হায়নহুনা রারেপ্নখি।

ইপুরোইগী থৌজাল হায়বসি কুইবা নত্তে। ইবুঙো মহাকী খোংলৈ অমদা ওইরবনি। মতম কুহনা লিংজেল কন্দুনা মুণ্ডগী মতম ওইনা লৈপ্রবা জগাই মাধাই আনমক মীৎকী মিকুপ্তা মপু ইবুঙোগী থৌজাল ফংজখ। মায়খুম অমনা কুপ্তুনা লৈরম্বতু ইখণ্ড খণ্ডহোদনা হাইদোকখ্রে, মপু ইবুঙোগী নুংশি ইচেলবু মিৎলু অনি-মক্তগী ঈগোংনাইনা শিন্থরক্তুনা জগাই মাধাইগী থমোই লম্পাক থুমখি। মহু উবহুদা মরুপ পুম্নমক্তুস্থ নুংশি ইপাক্ত ওনখোইখ। থাবুংগী অহিং অহুনদি ওস্থেক্ত নিংথিজরে গৌরাঙগী মায়থোং থানা লৈতেং ওইখরে। জগাই মাধাই অনিমকী মমিত্ত তম্পাক্তস্থ থাবুং থা অমা থোক্তুনা লৈরে হায়না উখি। তম্পাক্ত থোকপা থাবুংবু কোম্নুরগে হায়হুনা হোচিনখি। জগাই মাধাই অনিমক্ত থাইন চেক্রো

ওইরম্না হম্পাক্ত থোকপা থাবুংগী থুম থোইরবা থাহিবু থরাই পেরম চুপচখি।

মতৌ অসুম যুরুপ অনিমক অমতা ওইনা তিনসিংখিদ্না অহিংচুম মপু ইবুঙো ইপু য়াইগী কিংখৈরোল শঙ্কুল্না লেনখি। গৌরাঙ্গগী মফমদা পুরচেক বনওবা মুঙগী থমোই ওইরবা পুম্নমকপু মাহ ওইনা চেনখি। হরি শেংহু হায়বা য়াখিত্রবা জগাই মাধাই অনিনা য়াওগী শঙ মৈ থাবদা হরি শোনখি হায়দুনা হৌজিক কাওবা অসিদা গৌরিয়া ধর্ম্ম চংলিবা মৈতৈ ঐখোইনা গৌরাঙ্গগী মপোক মুমিৎ অসিদা য়াওগী শঙ অমা শারদুনা মৈ থাদুনা হরিবলা হরিবলা হায়দুনা শোম্নরিবনি। মরম অসিনা য়াওশঙ হায়রবসিনা অরেপ্প অমসুং অচুম্ব রা ওইগনি। মাঙলুরবা লনবু অমুক হন্না ফংননবা তাম্বদা মীরোইবনা অরারা খিবিক ফংনারবসি গৌরাঙ্গ ইবুঙোনা তৌরম্বসিনা মহাক্কী খংফম থুদম অমনি। মৈতৈ ঐখোইনা য়াওশঙ হায়রিবসসু ভেরা (য়াও) ঘর (শঙ) য়াওশঙনি। ভেড়া হায়বা রাহৈসি মৈতৈগী লৈয়েংদ থরা চিম থোকই, থরতা নত্তে য়াম্ন থুদোং চাখিত্রবা অমনি। মরম অসিনা মৈতৈনা গৌর ধর্ম্ম চংলকপদা মৈতৈরোনসু ওইবা হাংদোকপদা য়াংসু য়াংব য়াওশঙ হায়বা রহৈসি গৌরিয়া ধর্ম্ম চংখিবা ইপা ইপুশিংদুদগী হায়নরক্লবা রাহৈনি। মথং তারকপা ঐখোইদি য়াওশঙ হায়বা লোনসি চুপ্পবনি।

# আহার যজ্ঞ

শ্রীমদ্ভগবদগীতাগী পুরুষোত্তম যোগ কৌবা ১৫ শুবা অধ্যাযদা পরমাত্মা কৃষ্ণনা ব্রহ্মার্থী মনাই অর্জ্জুনদা তাকপিখিঃ— 'ঐনা বৈশ্যানর হাযবদি জঠরাগ্নি (চাবা তুম্নবা মৈ) ওইদুনা থরাই পাম্বশিংগী হকচাংদ লৈ।" প্রান হায়বদি মপান্দগী হকচাং মনুংদ চিংশিল্লিবা মুংশিং ( Oxygen ) অমসুং অপান হাযবদি ( Nitrogen ) হকচাংদগী মপান্দ হোন্দোকপ্লিবা মুংশিংক লোইনদুনা চিঞ্জাক মখল মরি ( শায়দুনা চাবা, চুপদুনা চাবা, লেক্কুনা চাবা, থক্কুনা চাবা ) অসিবু তুম্হল্লি। বৈজ্ঞানিকী পরীক্ষাদা পণ্ডিতশিংন অসুম্ন লেপ্লে, মদুদি— মুংশিং হাযবসি অক্সিজেনগী শরুক ২১ অমসুং নাইট্রোজেনগী শরুক ৭৯ নি হায়নৈ। মুংশিত্ত লৈরিবা অক্সিজেনগী শরুক অসিবু প্রাণবায়ু (Vital air) কৌই। মসিবু সোর হোঞ্জিনখিবদা নাতোন্দ চিংশিনগ্রগা থবোম্বীদা চংখিদুনা মীরোইবগী হকচাংদা লৈরিবা চিঞ্জাক্তগী ওল্লকপা শেংদবা ঈবু চাকথেক্কুনা অশেংব ঈ ওলহল্লি। অপান বায়ুনা নাইট্রোজেননা চাপ্লিবা চিঞ্জাক্তগী অকবা শককমথৈ থনগত্তুনা অশেংব ঈ শাগ্রগা লেমহৌরিবা শেংদবা মচাক মখৈনা অমুক মপান্দ অম্যাংব, হৃকি ঈশিং, হুমাং, নপ, তিন ওইনা পুথোক্লকই। মসিবু ডাক্তর

গী লোন্দ মেটাবোলিজম কৌই। ভাব অমরোমদা ওক্সিজেনগী অশাবা শরুক অতু হকচাংদ নিংথিনা চাং চপ চানা থস্ব ওম্নবগীদমক্ত নাইট্রোজেনগী দরকারনি। অক্সিজেন ওাক্ত ওইরবদি য়োং ফাওব চাক্লিবনিনা শরু শয়াং ফাওবা নিংথিনা লৈবা ওম্নোই। হকচাং শাগৎপদা মরু ওইবা থবক্তি শেংদোকপনি। হকচাংদ লৈরিবা হূগীমশক ওইরবা (Toxic matters) অসিবু নিংথিনা শেংদোক্রবদি হকচাংদ শাগৎপগী থবক অকাইবা য়াম্ন লাকই। হোপ্তিল্লকপা সোরনা 'হং' হোন্দোকখিবা সোরনা 'সঃ' 'হকারে শিব সকারে শক্তি' শিব সংহিতাদা হায়রিবা অতুমক প্রাণ অমসুং অপানবুনি। হং শাস্ত্রদা হংস হায়বসি জীবাত্মানি —'হংস ইতি জীবাত্মানং' হায়। অতুবু মুংশিৎ অসিতনা জীবাত্মা নত্তে। প্রাণদি, জীবনী শক্তি ( Vital force) নি হায়বদি সোর হোন্দোক হোপ্তিন অসিনা অপোৌবা ঐখোইনা ভাব লৌশিন্ব ওস্ব প্রাণগী থৌরম অমনি। সোর হোন্দাক হোপ্তিন অসিনা ঘড়িগী দলফ্না হাইরগা নত্রগা হিয়ার স্প্রিংন কোম্থোক কোনসিন তৌরগা ঘড়িগী পার্ট খুদিংমক থবক মথং মথং তৌরকপগুম হকচাংগী ইন্দ্রি কায়াৎ পুম্নমক থবক তৌবা ওম্নবা শক্তি পিরকই। মরম অসিনা মীরোইবগী হকচাংন প্রাণবায়ু অসি অথোইবা মচাক অমনি। সোরবু হোম্ব লেপ্পবদি শিরে হায়না খঙনৈ। তশেংবদি অয়াম্ব মকমদা চুম্নবম্ন অসিদগী হেম কুপ্ন কয়ামুক লৈরি মহুদি সোরবুদি হোন্নবম্ন নত্রগা হোন্দ্রবম্ন হিংহনা লৈবা ওম্মী হায়বসী যোগশাস্ত্র য়াম্ন নৈনরবা মীনা মুম্ন খঙবা ওমই। সোর হোন্দোক হোপ্তিন্দি (Fly wheel) হকচাং

কয়াংকী গতি নিয়ামক ওইবা মূল যন্ত্রনি। অস্নুম মুংশিত্তগীম হেক্ত কুপপ্রবা শক্তি অর্মদি অন্তরাত্মা ওইদুনা মীয়োইবগী হকচাংদ যতিদা চাবিনা লৈবগুম লৈ। মহূবু বৈশ্যানর ভগবান হায়না খোষম্ম যাই। মহাকপু 'ভূতানাম্ পতি' জীব পুরমকী মপু হায়না কৌবা যাই। অসিগুম হকচাংগী অরাম্বা কৌবা মৈ অসিনা যজ্ঞগী মৈ ওইরগা হকচাংন যজ্ঞগী কুণ্ড অমনি খন্দুনা ঐগী থগাইগা থগাই ওইরবা অন্ত-রাত্মাদা সংস্কৃত ওইরবা হায়রবদি শেংলবা অমাংব য়াওদ্রবা চিঞ্জাক হোম তৌবসি থাইনগী আর্য্য ঋষিশিংন তৌদবা য়াদ্রবা নিত্য কর্ম্মগী মরুং চল্লম্মী।

মহৌশানা মৈগী মনম লৈতে। মৈগী গুণদি চাকপনি অমসুং মঙাল পিবনি। তেজ লৈবনা জগৎকী মওং মশক থঙলিবনি হায়-বদি মওং লৈরিবনি। অসিগুম হকচাংগী মৈ অসিদা মপানগী মৈদা ধূপ ঘিলচিংব থারগা পোৎশক অহুদা লৈরম্ম মনমগী মশক ওইবা গুণ মুংশিবা অহু নম্নকই অহুগা ঙারি ঙাতাইনচিংব থারগা নমথিবা মনম নম্নকই। অহুগুম হকচাংদ লৈরিবা মৈ অসিদস্নু অফবা চিঞ্জাক চারগা অকবা হকচাং শাগৎলকই অমসুং ফত্তবা চিঞ্জাক চারগা শেংদবা হকচাং শাগৎলকই। পোৎশক অহুগী গুণগী মতুংইন্ন মৈদা থারুরগা পোৎঅহুদা লৈরম্লিবা কুপপ্রবা মচাকশিং অহুনা মনম ওইদুনা তোঙান তোঙাব মৈথু ওইরকই হায়রবসি অরেপ্প মশানা তাকবা য়ানি। মরম অসিদগী ঐখোইগী হকচাংদা লৈরিবা অমরকোষ অসিম্ন ঐখোইবা চাপ্রবা চিঞ্জাক অহুগী য়াম্ন কুপপ্রবা শক্রোন অমনি। মরম অসিনা

হিন্দুগী শাস্ত্রনা লাউরি :— 'আহার শুদ্ধৌ সত্ত্ব শুদ্ধিঃ সত্ত্বশুদ্ধৌ ধ্রুবস্মৃতি। স্মৃতির্লম্ভেৎ সর্ব্বগ্রন্থীণাং বিপ্রমোক্ষ।' — ছান্দগোপনিষৎ চারবা চিঙ্গাক শেংলগা পুক্নিং য়াম্ন শেংই, পুক্নিং শেংলবদি অরেম্ন স্মৃতি ফংই; নিংশিংব ওয় পাঙ্গল ফংই। নিংশিংনবা শক্তিনবু চাওখৎলক্লবদি থমোইদা লৈবা পগুবদগী পোকপা চিংনবা কিশি পুম্নমক্কগী অয়ানখুবম অদু ইরা য়াদনা ফংই। মরম অসিনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ তানগদবা মীদি চিঙ্গাকী মরিদা য়াম্ন চেকশনফম থোকই।

অদু ওইরবদি শুদ্ধ আহার হায়বদু করিনো হায়না য়াখল তৌ-নরসি। কলিদা পোকপা জীবগী প্রাণদি—'অন্নগত প্রাণ' চিঙ্গাক প্রাণ লৈ হায়না শাস্ত্রনা লাউরি। অয়াম্বনা তাব ওন্নতৈননা পুখিদুনা কলিগী প্রাণদি চাবনি, চারগা লোইরে হায়না লৌনৈ। মদুগী চিংনব কোক্নবা শাস্ত্রগী প্রমাণ থরা লৌখৎচরি। 'অন্ন' হায়বা য়াহৈ অসি 'অদ' ধাতুদগী থোরকপনি। অদগী অর্থদি চাবা হায়বনি। তৈত্রিয় উপনিষদতা সূত্র অমা পিরি— 'অদ্যতে অত্তিচ ভূতানি তস্মাৎ অন্নমতদুচ্যতে' হায়ংগী অর্থদি চারিবা চিঙ্গাক অদুনা চারিবা মী অদুবু অমুক চায় হায়বা মরম্ন চিঙ্গাক কৌই। মতৌ করম্ন চারিবা মীবু চিঙ্গাক্না চারিবনো? মদুগী পাউখুমদি— চারিবা চিঙ্গাক নিংথিনা তুমদদুনা হৃকচাংগী ঈ শাগত্রবদি অমসুং হৃকচাংদ মতম কুইনা লৈ-শিল্লকলবদি— তেঙ্গালি য়াম্ন কারবা লালটেন থাংমৈনা থাও থম্ন হাপ্পু নম্ন য়াদবগুম চানা চানা কত্তবা পোত্ত চাদুনা লৈরিবা মী অদুগী

মশাদা বিজাতি পদার্থ (Toxic) য়াম্ন লৈশল্লক্তুনা অমাবগী হান্নবা ল্লুমলবা মহিক মনাইনা কাইদোংক্ম ওইবদা মতিক চারবা হকচাং অমা ওইরক্তুনা মথল মথাগী লাইনা মহিক্ল মশাবু চায়। মরম অসিনা মীরোইবনা পুন্সি তোলোইনা হকচাং মম্থং মপান শেংনা থমহুনা হকচাং অসিবু ঈশ্বরগী মন্দির অমা ওইহল্লিংলবদি অকর্বা অশেংবা সাত্বিক আহারনা হিতমিত— ফবম্থ ফবা চাংম্থ নাইনা চাগদবনি।

চাবসি যজ্ঞ পুম্নমক্তগী আহার যজ্ঞ অসিম্থ নিংখিনা তৌরবদি ঈশ্বর ফংমবা উপায় অমনি। যজ্ঞ তৌহুনা লাইবু পেলহনগদবনি, পেল্লবা লাইশিংনা মীগী অপাম্ব ভোগ পিগনি — লাইনা পিরিবা ভোগ লাইগী শরুক খাক্তনা চারবদি মীহু হুরাম্বনি (১২।৩ গীতা) প্লুমিৎ খুদিংগী যজ্ঞ তৌরগা চারিবা মী অহুদি অমৃত চাব্র কৌই। মখোই অহুদি পাপ পুম্নমক কোকই অহুগা যজ্ঞ তৌদহুনা হাওনা চানবা থোংলিবা মী অহুদি— পাপ চাহুনা পাম্ব পাপী কৌই (১৩।৩ গীতা)। চিঞ্জাক্তগী জীব পুম্নমক পোকপনি, চিঞ্জাক্ল নোংদগী পোকপনি, নোংনা যজ্ঞদগী পোকপনি, যজ্ঞদি মীরোইবনা তৌবা থবক্তগী পোকপনি। থবক হায়বসিনা মহৌশাদগী পোকপনি। প্রকৃতিনা অক্ষর ব্রহ্মদগী পোকপনি। মরম অসিনা পুম্নমকী পোকফম ওইরবা ঈশ্বরবু নিংশিংজহুনা হায়বদি পুক্লিংম তিন্দুনা চারিবা চিঞ্জাকপু মতোন্দ কহুনা পুম্নমকপু মহাক ভাক্ত ওইনা খন্দুনা চারবদি চাবা কৌবা কর্ম্ম অহুম্থ ব্রহ্মগী মশক ওইবা ওইরবনি (১৪।৩ গীতা)।

গীতাগী জ্ঞানকর্ম্মসন্যাস যোগ কৌবা ৪ শুবা অধ্যায়দা হায়রি— অতোপ্ন অমনা চাবাবু সংযম তৌতুনা প্রাণনা প্রাণদা হোম তৌই হায়বদি চিঙ্গাকী মশক ওইবা প্রাণবু জঠরাগ্নিগী মশক ওইবা প্রাণদা হোম তৌই। অসুম্ন যজ্ঞ তৌতুনা মশাগী পাপ ময়েং তাহল্লি মখোই পুম্নমক অত্ত যজ্ঞবু মশক খঙলবনি। হে কুরু শাপেগী অথোইবা যজ্ঞদগী লেমহৌবা অমৃত চাবা মী অতুদি অমাং-অতা লৈত্রবা সনাতন ব্রহ্মবু ফংই অতুগা যজ্ঞ তৌদনা চারিবা মী অতুদি মীরম্লেন অসিদা মাগী করিমতা ওইজবা লৈতে, পরলোকতদি করি লৈরমগনি। মরম অসিনা প্রাণগী মশক ওইরিবা চিঙ্গাকপু অন্তরাত্মা ওইবা ভগবানদা ক্রচ্চবা ভম্নবদি জগৎ পুম্নমক জয় তৌবা ঙমগনি। ( ৩০।৪ গীতা ) 'সর্ব্ব জীতং জীতে রসে' ভাগবত— রস-হায়বদি মহাওবু জয় তৌবা ঙম্নবদি ইন্দ্রি খুতুম চম্ব লাঙ্গরে। আহার, নিদ্রা,মৈথুন অহুম অসিবু নিংথিনা জয় তৌবা ঙম্নবা সংযমী অতুদি মীরম্লেন অসিদা লেম্না মাঙবা হৌনদে। মরম অসিনা হুকচাংগী মৈনা নিংতম্ব ঙমগদবা খ্বাইদগী হেম্ন ফরবা সাত্বিক আহারবু চাং তম্ন হিতমিতভোজী ওইববু আহার যজ্ঞ কৌই।

চিঙ্গাক হায়বসিস্থ গুণ অহুমগী মখা পোল্লি— আয়ুঃ সত্ববলারোগ্য সুখপ্রীতি বিবর্দ্ধনা— রস্যা স্নিগ্ধা স্থিরা হৃদ্যা আহারা সাত্বিক প্রিয়ঃ। —অর্থদি পুন্জি হাপকংপ, পুকচেল শেংলকপা, পাজল হেনগৎপ, অনাবা ফবা, মুংঙাইবা, পেন্থ, হাওবা, থোৎপা, হুকচাংদ মচী ওইবা, মেঙবা চিঙ্গাকশিংবু সত্বগুণ লৈবা মীনা পাম্মী।

অথবা ইরোঘনচিংব, অসিদ, অইথবা, মৈগুম্ শাত্রা, য়াম্ন য়াকপা (উতিনচিংব), পিং-পিং কাবা ( হঙাম আচাৱনচিংব ) মতু চাকরবা হুকচাং নারকপা য়াবা চিঙ্গাকপু রক্তগুণ চেব নীনা চানিংই। কুইনা ইঙগবা, মহাও কম্লগা, অপুম্ব, চক্তিক লুখাক অমম্লুং খমাংব চিঙ্গাকশিং হুরাইচাব, সোইবুম, ওরি ওতাই, গঙ্গা, কানি, হেস্তাকচিংব চিঙ্গকী অাং অসিনা চাওখংপ পামঙ্গবা লৌশিং তাবগী য়েক্লবা ওইবা অতম্ব পুরকপা পাংথবনচিংব ওইবা তমঃ গুণনা তিব মীনা চানিংই।

খন্থি পৈগোই নিংথিনা তৈথে ক্লবা মকমদা ধুপ থাওঈম থান্দুনা হৈ্লগী মনম্ম মুংশিববা কা নল্লগা মক্তম অাদা মায় নোপোক ওন্দুনা আসন অমদা নিংথিনা ভগবতী আসন হায়বদি ওইখংব শেগ্রাক্ত খোণ্ড ওইখংবগী খুকউ চপসিন্দুনা নাতোন য়েং খংবদা সোর হোৎলহল্লগা অাচমন ভূতশুদ্ধিনচিংব তৌহ্না ব্রাহ্মণ ওইরগা খুং য়েত্ত ঈশিং থাহ্না চৌকোন □ চুথেক মরি শাইনা : ক্ষত্রিয়না △ ত্রিকোণ চুথেক অহুম নাইনা ; বৈশ্য ওইবগা ইকোই কোইনা ⊙ পীঠ শেমনি। অতুদগী খুং য়েত্ত ঈশিং হৈহ্না চামথোক্লগা ওঁ অস্মাকং নিত্যমন্ত্রেভং হায়হ্না চাকলুক মপান্দ যজ্ঞ তোগপৌরিবা চাক এপ্পাং-শিং অতু ৮ থোক্ত ওঁ ভূপতয়ে নমঃ, ওঁ ভুবনপতয়ে নমঃ, ওঁ ভূতানাম পতয়ে নমঃ, ওঁ নাগায় নমঃ, ওঁকুর্ম্মায় নমঃ, ওঁ কূরায় নমঃ, ওঁ দেবদত্তায় নমঃ, ওঁ ধনঞ্জয় নমঃ হায়হ্না থারগা মথক্তী মন্ত্রশিং অসিনা ঈশিং খরা খরা থাগনি। অতুদগী অয়েম ঈশিংদ ওঁ অমৃতোপস্তরণমসি স্বাহা

হায়দুনা তথাই অমা থক্লগা তথাই অমা লৈপাক্ত হৈলোকনি অহু-দগী প্রাণাহুতি মুদ্রা হায়বদি খুং য়েংকী খুংগী, খুংনিংথৌ অমসুং খুং-মাওবীনা চথোম অমা লৌথংদুনা ওঁ প্রাণায় স্বাহা হায়দুনা লৌথকুনা হকনি। অহুদগী খুংগী, খুদোম্বী অমসুং খুংয়াইনা চথোম অমা অমুক লৌথংদুনা ওঁ অপানায় স্বাহা হায়দুনা হকনি। অহুদগী খুংগী, খুংয়াই অমসুং খুংনিংথৌনা চথোম অমা অমুক লৌদুনা ওঁ সমানায় স্বাহা হায়দুনা হকনি। অহুদগী খুংগী, খুদোম্বী, খুংয়াই অমসুং খুংনিংথৌনা চথোম অমা লৌদুনা ওঁ উদানায় স্বাহা হায়দুনা হকনি। অহুদগী খুদোল মপামক্ক চথোম অমা লৌদুনা ওঁ ব্যানায় স্বাহা হায়না হকনি।

মথক্ত হায়খিবা চিঙ্গাক মথল অহুম অসিদগী রাজসিক অমসুং তামসিক আহার থাদোক্লগা সাত্বিক আহারনা অহার যজ্ঞ তৌগ-দবনি। মরমদি 'অন্নমা শ্রত্যত্তর্ষ্ঠ'স্ত পুংসাং পাপানি বৈ সত্য তস্মাৎ সত্ত্ববিশুদ্ধার্থী দুস্ট ন্নস্য শমং ত্যজেৎ। অথ দোষেণ. চিত্তস্য কলুষং সর্ব্বদা ভবেৎ কলুষকৃস্টচিত্তাণাং ধর্ম্মং সমাঙ. নভা'তে ॥'— অমাংব কত্তবা চিঙ্গাক্ত চাগদৌরিবা মী অহুগী পাপ লৈখেনা চোংশন্দুনা লৈ. মরম অহুনা পাপ চেন্নিংদবা মীনা হায়বদি পুক্নিং শেংনিংব মীনা কত্তবা চিঙ্গাকপু থাদোক্কদবা ওই। চিঙ্গাক্কী দোষনা মতম চুপ্পদা থমোই শেংত্রবা মীহুদ ধর্মগী নিংথিরবা মঙাল্না মতাক্কী থমোই অহুদা ওব হৌনদে। মরম অসিনা চিঙ্গাক্ক হকচাংগী শক্লোয়নি। হকচাংন পুক্নিংগী শক্লোয়নি অমসুং পুক্নিন লৌশিংগী কুয়োয়নি। লৌ-

মিংগী খোরকখম থরাইবু চিঙ্গাকী দোষগুণ চংকম্নি থন্দুনা ওয়মথে ফত্তবা চিঙ্গাকপু অন্তরাত্মা ঈশ্বরদা কৎপ হৌনরে। মৈংগী মগুণ মহাও থওবা হায়বহুনা মিনমহনখিহুনা অফ-ফত্তবা ব্লাথল ইতৌ তৌদনা পওচা চাবা অহুদি মরেনা য়োৎপাক ওইহনা মাগী মোংখম শেমজ্ররবনি হায়বদা হায়মহ থোক্লোই। অহুম অশাঈবা খুদিংদ ইশানা খাইদগী হেয় থাজনা মুংশিনা লূনা তৌজবা মন্ত্র অমা হন্ত হয় শোন্দুনা শাঈহুনা তপ তপ য়োৎকনি। পুক্রী শরুক ঃ থোক্লগা শরুক অহুম চিঙ্গাক্ল অমসুং শরুক অমনা হাংন থম্ব ফাওবগী হিসাবতা চাগদবনি। চাবা লোইরবা মতমদা ওঁ অমৃত পিধানমসি স্বাহা, হায়-হুনা আচমন তৌগনি। অহুদগী অরেম্ব চাক খর য়েৎলোমদা মথাগী মন্ত্র অসিশোন্দুনা হুন্দোকনি — মভূক্তোচ্ছিস্টশেষং যে ভুঞ্জতে পিতরোঽধমা তেষামন্নং ময়া দত্তমক্ষয্যমুপতিষ্ঠতু॥ অহুগী চীন তেংবদা ১৬ রক তেংগনি। তেংলিঙৈদা অগস্তং কুম্ভকর্ণমঞ্চ শনিঞ্চ বড়বানলম। আহার পরিপাকায় সংস্মরামি বৃকোদরম আতাপি ভক্ষিতো যেন বাতাপিচ মহাবলঃ। সমুদ্র শোষিত যেন স মেহগস্ত্য প্রসিদতু॥ অসিগী তুংদ তুমিম্ন বা ওাংদনা থোঙ থুকউ অনিমক থুপচিন্দুনা থম্নগা থুমাম্ন অনিনা কৈগন্দ থুজেং মৈথোক্তুনা য়াওতিংন মিনিট অহুমলোম কমগনি। অহুগী মতুংদ ওইরোম্নদা য়াতাহুনা চাক্লবগী হুকচাং লূম্ন বাহু য়াংদরি ফাওবা হিপকনি।

---

# হু-রোল

## ( Toxicology )

হুগী মরমদা ইববু হুরোল (Toxicology) কৌই। হুবু মৈতৈ-রোন্দা য়াই অমদি মহু কৌই; সংস্কৃততা হলাহল, বিষ, গরল, কালকুট; হিন্দীদা জহর, বিষ, হলাহল অমদি মস্তুর কৌনৈ। হুসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্ত ফংই। মহাকপু শিজিন্নবা অমদি লৈরে খণ্ডবসি কাব্য-যুগত-গীস্থ ফংই। লাই-হিংচাবনা মন্দার পর্ব্বতনা নৈনবা চৈ ওইদুনা ঈপাক ইচাও নৈখি; নৈবাহুদা অমৃত ফাওবা থোকই, মমৈদা হু থোরকই; হুদু শিবনা থকুনা মহাদেবগী মগুক্ত লৈখি। শিব ( Death ) হায়বসিবু মৈতৈনা মহাদেব অমদি শিব কৌনৈ। শিবগী মকোক্ত শগোলহিদাক, লিন, গঞ্জা, মহাক্কী মুপী লোওন্বীগী খুত্ত য়ুগী পাত্র লৈ হায়না গুরুশংন ইরমই। চুমই, মীরোইবনা শিব থেংনরমদাইদা ময়াইকাবা য়ুগুম্ব পোৎ হুনচিংব ফংদ্রবদি শিব ওম্বা হৌনদে।

হু মখল মঙানি। মহুবু শিবগী পঞ্চমুখ ( মায় মঙা ) কৌবা য়াই। মখল মঙাদি ঃ—(১) পাম্বীদগী থোকপা হু ( য়ু, আফিং, গঞ্জা, হিদাক)। (২) জীবশিংদগী ফংব হু (লিনগী হু, উচিনা কৈনা চিকপগী হু, খোইনা চিকপা)। (৩) অনাবগী হু [কলেরা (পুকচৎপা), ফোগতি, অরুমগী মহু। ] (৪) লৈপাক্ত ফংব ধাতুদগী ফংবা হু ( খেমজি, সনাহিদাক)। (৫) মীরোইবগী ফত্তবা পুক্লিং হু ( হুরান্নিংব, চৈনিংব, কল্লকপা, য়েক্কবা য়াখল )। হু পুম্নমক চাং নাইরবদি মীরোইবগী কান্নবা ওাক্তনি অদুবু তত্তনা শিজিন্নরগা মাওনবা ওইনৈ। য়ুনা

পুমহন্দবা, ওাইহাক পুরিং থোগ পা ; আফিংনা পুক থিন্ব ওাইহাক লেপহন্ব ;গঞ্জানা চাক তুম্ব হেলহন্ব ; শিনগী হূনা লিন চিক্পগী থিংনবা হিদাক, কোগতিগা পুকচৎপগী তিলগী হূনা অনাবশিং অত্থু থিংব ; খেমজি, সনাহিদাক্ত তাকি অ-সুং ঈ ফনবা হিদাক ওইবা ; ফত্তবা পুক্লিংন অঙাম্ব অচুম্ব পুক্লিং শেম্বসি ইখ্রাইনা খঙনরি ।

য়ু হায়বসি সংস্কৃততা সুরা অমদি মদ্য কৌই। রাখলদগী অকবা রাখল পুম্নমক য়ুখি হায়দুনা য়ু কৌই। মদ্ লৈ হায়দুনা মদ্য কৌনমাল্লে। য়ু হায়বসি ইংরেজীদা আলকোহল, ব্রাণ্ডি, রাইন, হুইস্কি, বিয়ার হায়না মখল কয়ামুক খায়রি। আলকোহল নত্রগা স্পীরিটপু কালে কৌই চাক অমসুং গেহুদগী য়ুবু হুইসকি, লফোই অমসুং অঙ্গুরদগী লৌবদু রাইন কৌই, রাইন্দগী লৌবা কালেবু ব্রাণ্ডি, জোগী য়ুবু বিয়ার ( Bear ) কৌনৈ। বার্লি নত্রগা জোবু ঈশিংদ তিংলগা মযোল চোংহল্লি মতু মৈদা কহল্লগা মোল্ট (malt) থোকই মতুনা শেম্ব য়ুবু বিয়ার হায়না খঙনৈ।

কালে ( alcohol) না পুমথবা ওাকই। ডাক্তরগী তিংচার শেম্বদা মসি শিজিন্নৈ— মতু পুমদনবগীদমক্কি, য়াম্ন শোম্বা অনাবদা ব্রাণ্ডি নত্রগা কালে খজিক্তং— অমুক্ত গীদমক শিজিন্নৈ নত্রবদ য়ু পুম্নমক মীরোইবগী হবচাং মাংনবা তৌবা ওাক্তনি। য়ু শিজিন্নবসি থাইনগী মী লাইশিংন হান্নাশ জন্নরমই ; মতুবু সোমরস, সুরা নত্রগা মদিরা হায়না কৌনৈ অমসুং লৌওবী (মায়া) না মী ওইববু সুমহৎনবা সুরা ( য়ু ) মখুত্ত পায়রি। মাযাবু মাইথিবা পিগে হায়ববদি 'য়ু' থা-দাক্তদবনি। য়ু থকপগী অনাওবদি হায়দুনা থৈবা নত্তে। পৌরাণিক

যুগতা যদুবংশ হায়বা শাগৈসি য়াম্ন চাওখৎপা ফুঙ্গানি। ফুঙ্গাসিদা শ্রীকৃষ্ণগুম্ব অথোইবা মহাপুরুষ লাংওনখি। অসিগুম্ব শাগৈসি য়ু থকউবদগী মহৈ মহৈ খৎনরকুনা প্রভাসতীর্থ মপান্দ তুম্ন শিখি। শ্রীকৃষ্ণনক্ত মথোইবু অমতা ফাওবা কম্ব ঙমখিদে। হৌজিক্কী মতমদস্তু য়ু য়াম্ন থকপা মীদি চাওখৎপ ঙমদে। য়ু থকপা মীদি অহাম্বদা কুচু তভাং তঙাংই, মমৈদা য়াম্ন থক্লক্লগা ফোলাওনরকই, পঙনোই নোইবা নত্রগা পঙকং কংব ফিবম অনি থোকহল্লি। মমাংগুম্ব উরিংগুম্ব থুংদুনা কুষ্ঠী থুংব মী মালহল্লি, লমচং নাইদে, শেল খাঙবা ঙমদে, তৌগদবা থবক্ত পুক্লিং চংব ঙমদে। ধর্ম্ম খঙলক্তে, মতু মচা ন্থংশিবা খঙদে, মমৈদা ফিরাক্কী অনাবা অমস্তুং শিথবা অনাবদগী য়াম্ন রাবা ফংই। ফিরাক্কী অনাববু Cirrosis of Liver পাথববু Alcohelic paralysis কৌই। ঐখোইনা তত্তনা উবদস্তু য়ু থকপা মীদি অঙাওবগুম তৌই। খজিক খজিক্ত থকলম্বদগী হেল্লক্তুনা অথীবা শকফম, অধীবা লমচং, শেল নংব মী হাযবদু মহ ক্র ওইজে। য়ু থকপা মীনা সমাজগী, মশাগী ধর্ম্ম, মতু মচাগী মাঙনবগী মশক্তি। লৈবাকসিগী মাইবশিংন মুপী অশোম্বদ। বালৈ থকপা কৈ, ডাক্তরগী হিদাক্ত কালৈ য়াওরিবনি হায়দুনা মুপী কুয়াইনানা নাববু কালৈ পীথকই। মানা অন বা য়েংলিবা মতম খরদি কনা উগনি, মতুংদদি মী অদুগী ফিরাক ফৎলক্তদুনা পুন্সি মাঙনবা হিদাক ওই।

হকচাংদ চংব হু পুম্নমক ফিযাক্ত শেংদোক্তবগী কম্না লাক্লৈ, হকচাংদ লৈ বিবা ইন্দ্রি (Organ) পুম্নমক্কী মনুদ ফিরাক হাযবা ইন্দ্রিনা হকচাংগী শরুক মরিগী অহুম থবক তৌই। ইন্দ্রি থোং

লৈরিবা পুম্নমক্ক মাগী মাগী শিঙ্খা মতুংইম্ন হকচাংগী ফনবা হোৎনবা ঙাক্কনি, মতুগী মন্নুংদ কিরাক হায়বা থোংন খ্বাইদগী হেন্ন ফনা লাক্লবা থোংনি। অসিগুম্ব থোং ( Organ ) সি য়ু থকপনা থুনা তেকথহল্লি। মসিদগী হেন্ন করি অমুক হায়রুথিগনি— অকবা থোং তেক্লবা মীনা তাইবং সমক্র করম্ন লাম্ব ঙমগদগে হায়তুনা পৃথিবীগী ধর্ম্ম লাইরিক পুম্নমক্ত, মাইবগী মাইবা কাংলোন্দা য়ু থকপপু মাংই হায়রি। খৃস্টান, বৌদ্ধ অমসুং ইসলাম ধর্ম্মদা য়ু থকপবু পাপনি হায়রি। খৃস্টান্নী হায়রিবা ইংরেজীশিং অতু য়ু থক্লবদি খৃস্টান ধর্ম্মদা লাইমিং লৌত্রিবা ( Unbeptised ) মীনি খঙনৈ। ধর্ম্ম গুরুশিংসি ঈশ্বরনা থারকপা মীনি, লাইগুম্বনি হায়না লৌরবদি মখোইনা করিগী য়ু থকপা তাথিরম্ব খজিক্কুং খন্থবদা লায়না রাখস ফংগনি।

কনাগুম্বনা জর্ম্মনগী গোয়ারিং য়ু য়াম্ন থক্লমই য়ু থকপগী অকাঈবা লৈতে খন্বিবা য়াই, মহাকসু য়ু থক্কবা হেব হিটলারগী মনাইগুম্ব অমত্ত ওইথি। ইংরেজী য়ু থকপা কাংবু ঐখোইনা উরিব-শিংসু য়ু থক্কবা কাংবুগী মনাই নাইথাং ঙাক্কনি, অয়াম্ব ইংরাজী বৈজ্ঞানীক, পণ্ডিত, লৈবাক্কী অঙম্ব অচৌবা পুম্নমক, পাদ্রিশিং পুম্নমক য়ু থক্কবা ঙাক্কনি। লাইবক ফবগী ঐখোইনা থেংনরিবা পৃথিবীগী হৌজিক মতমগী অথোইবা নিপানি হায়না য়ানরবা মহাত্মা গান্ধিসু য়ু থক্কে। অতুননি ঐখোইগী মতমদসু য়ু থকপা ফত্তে হায়বসি মহাক্কী পুন্সিনা তাক্লি।

---

# হকচাংগী মরম

মীবোইবগী হকদাংদ লৈরিবা শিংলিগী মন্নুংদা ইড়া, পিঙ্গলা অমসুং সুষুম্না অথোইবনি। মেরুদণ্ডগী ( যাংলেন শরু ) ওইথংব নাকন্দ ইড়া, য়েৎথংবদা পিঙ্গলা অমসুং ময়াইদা সুষুম্না লৈ। ইড়া শিংলিদি থাগী মতমগুম্ন মঙান নাই, পিঙ্গলানা নুমিৎকী মতমগুম্ন মঙান-মশা চাওই অদুগা সুষুম্নানা নুমিৎ, থা অমসুং মৈ অহুম অসিনা তিন্নরগা ওইবা মঙান অদুগুমই। মাগী মওংদি শগোলহিদাক ম্নপাল গুমই ( ধুতুরাপুষ্পের ন্যায় )। ইড়াদা গঙ্গা, পিঙ্গলাদা যমুনা, সুষুম্নাদা সরস্বতি তীর্থ চেল্লি। সুষুম্ন হায়রিবাস খ্বাইদগী অথোইবনি ; করিনা হায়বদু সত্ত্ব-রজ অমসুং তমঃ গুণ অহুম্মরু তিল্লি। শিংলি অসি মূলাধার কৌবা থম্বালদগী কোকতা লৈবা মনা লিশিং অমা পাম্ব থম্বাল ফাওবা শন্দোক্লুনা লৈ। হায়রিবা শিংলি অসিগী ময়াইদা মথুন অমা লৈ ; মথুন অদুদগী বজ্রা কৌবী শিংলি অমা থোরকই। বজ্রা হায়রিবা অসি মচিন অনি লৈ। মচিন অমনা ঈশিংথোঙ য়ৌনা অদুগা অতোপ্প মচিন অদুনা কোক ফাওবা শন্দো-ক্লুনা লৈ। অদুগুম্বী বজ্রা কৌবী শিংলি অসি মৈরিগুম্ন মঙান নাই। বজ্রা শিংলিগী ময়াইদা চিত্রিণী কৌবী অতোপ্প শিংলি অমসু লৈরি। মসি মিরাংগী লংলাগী মতৌগুম্ন য়াম্ন কুপই। অহৌবা ময়াই, মমৈগী শরুক অদু প্রণবযুক্তানি হায়বদি ব্রহ্মা-বিষ্ণু-শিবাত্মকাম্ন। শিংলি অসিমক থম্বাল ৬রুক শন্নবা মরি ( সূত্র ) ওইদুনা মীবোইবগী

হুকচাদ ঙাম্লি। থম্বাল তরুক্কী মমিংদি মূলাধার, স্বাধিষ্ঠান, মণিপূরক, অনাহত, বিশুদ্ধ অমসুং আজ্ঞা অসিনি। মরম অসিনা যোগী নত্তনা কনা অমত্তনা শিংলি অসিবু খঙবা ঙমদে।

সুষুম্না শিংলিদা হায়রিবা থম্বাগ পুম্নমক লৈ। য়াম্না নিংথিজনা জ্ঞান তানশিল্লবা মী মহাক অদুতনা চিত্রিণী হায়বী শিংলিবু খঙবা ঙমই। চিত্রিণীগী ময়াইদা ব্রহ্মনাড়ী কৌবী শিংলি লৈ। মথক্ত হায়খ্রিবা মূলাধার কৌবা থম্বালদা মহাদেবন। ঙাম্থোইরি। হায়রিবা মহাদেব অসিগী মচিন্দগীনা কোক্ত লৈবা মনা লিশিং অমা পাম্ব থম্বাল ফাওবা ব্রহ্মনাড়ীনা শন্দোক্লি। ব্রহ্মনাড়ীগা পুক্নিংগ (চিত্ত) তিন্নরবা মতমদা সুষুম্না নিক্তুনা লৈ, মদুগী ফলনা হুকচাং পুম্নমক মপান নাইত্রবা মুংঙাইবনা তু-মান চুংই। ব্রহ্মনাড়ী অসি নোংথাংগী মতৌগুম্ন মঙান নাইয়ে, মুনিগী থমোইগী নগুণগী মতৌগুম্ন নিংথিজে, য়াম্ন কুপ্নি, য়াম্ন শেংই, জ্ঞানশালিনী (লৌশিং লৈবীনি), অরেপ্প মুংঙাইবা অমসুং মক্তবা জ্ঞানস্বভাব ওইবনি। মসিগী মমুংগী অর্থদি অসিনি— মী মহাক অদুনা ব্রহ্মনাড়ীদা পুক্নিং চঙবা (হাপ্প) ঙম্নবদি মহাকমক আত্মজ্ঞান, অকাইবা লৈত্রবা মুংঙাইবা অমসুং অমকপা লৈত্রবা স্বভাব ফংহনা লৈ। ব্রহ্মনাড়ীগী মচিন্দ মূলাধার কৌবা থম্বাল অদু লৈ হায়বদি ব্রহ্মগী থোঙ লৈ। ব্রহ্মগী থোঙ অদুদগী অতৎপ লৈতনা অমৃতগী ইচেন্ন চেলথরকই হায়দুনা মফম অদু মিকুপ খুদিং অনৌ অনৌবা পুক্নিং হুনবা ভাব নত্রগা মওং লৌবা অথোইবা নিংথিরবনি। মফম অসি থম্বাল পুম্নমক্কী তাংশম্নি। যোগীশিংন ব্রহ্মদ্বার (থোঙ) অসিমক সুষুম্নাগী মচিন্নি (মুখ) হায়নৈ।

মূলাধার নত্রগা আধারপদ্ম হায়বা অসিদি মুংওন পুক্তিন লৈগী মখাদা খাগী থোঙগীদি মথক্ত খুদোল অনিগী লমদা ময়াই চপ চানা লৈ; মসি সুষুম্না শিংলিগী মচীনগা শন্নে। কুণ্ডলিনীন চিংবী অয়াম্ব শিংলিগী মকম্নি, হৌফম্নি হায়রূনা মসিগী মমিং মূলাধার কৌরবান। মূলাধার কৌবা থম্বাল অসিগী মচুদি ঙাংঙি, মনা মরি পাম্লি অহুগা মথা ওম্ন ফুগাইনা শাৎলি। মনা মরি অহু নোংপোক্তগী হৌরহুনা মথংশিৎনা ব শ ষ স ময়েক মরি অসি লৈ। ময়েকশিং অসি সনা অহিংবগী মতমগুমই। অহু ওইরবদি খঙবা ঙক্লে মহুদ মূলাধার কৌবা থম্বাল অহুমক ঙাংই (রক্তবর্ণ) মনা মরি পাম্লি অহুগা নোংপোক্তগী হৌরহুনা সনা অহিংব মহিচেৎ মচুনা তিম্ব ময়েক মরি (বং শং ষং সং) লৈতেংই। অমুকসু হায়রিবা থম্বাল অসগী ময়াইদা নিংথিজনা লংলবা চিথেক মরি নাইবা পৃথিবী চক্র লৈ। পৃথিবী চক্র অসি চুক (স্থূল) নিপালনা কোইশিল্লি। মহুগী মচু নাপু অমসুং নোংথাংগী মতমগুম্ন থোৎলি। ময়াইদা পৃথ্বী বীজ লং লৈ। পৃথ্বী বীজ অসিগী খুং মরিথক লৈ অমসুং মখল মথা অযাম্ব কিজেৎন লৈতেংই; ইরাবত তোংব সরারেনগী থরাইনি। বীজগা তম্পাক্ত থোরকপদা ঙাইরিবা মুমিংকুম্ন ঙাঙ্ৱানবা মচুনা মাগী ওইবা অঙাং অমা লৈ। মহাকপু পুন্নমক্ত ব্রহ্ম কৌনৈ। মথক্ত হাযত্রিবা খুং মরি অহু অতৈ করিসু নক্তে; ঋক, যজু, সাম অ.সুং অথর্ব্ব বেদ মরি অসিগী মশক্তি। ব্রহ্মাগী মচীন্দগী বেদ থোরকই।

চিথেক মরি নাইবা পৃথিবী চক্র অতুদা ডাকিনী কৌবী দেবী-না ভাম্বোইরি। দেবী অসি পাম্বোম মরিনা লৈতেংই, মমিং ভাংশঙ ভাংই অতুগা চাক্লবা মুমিং তরানিথোইগুম্ন মঙান নাই। মথক্ত হায়ব্রিবা অঙাং অতুগী মতমগুম্ন ডাকিনী দেবীগীসু মওং অতুগুম্ন ওইহনা ভাম্বোইরি। শক্তি অমসুং প্রকৃতি নত্তনা করিগুম্ব থবক অমত্ত ওইদে ; ( অতুদগী ) কনা অমত্তসু মঙান কংদে। লাইনা ব্রহ্মা, লাইরেম্বীনা ডাকিনী হায়বদি ব্রহ্মানা নিপানি ডাকিনীনা মুপীনি। নিপা মুপী নত্তনা ভাইবংপান অসিদা করিসু ওইবা ভমদে মতু ব্রহ্মানা মকম আসদা শক্তিগা লোইননা ভাম্বোইরি।

ব্রহ্মা কৌবী শিংলিগী রা মথক্ত হায়ব্রে অতুদগী মচিন্দ মূলাধার কৌবা থম্বালগী মনা (দল) মরক্ত অমদি চিথেক অহুম নাইবা যন্ত্র লৈ। যন্ত্র অসি নোংথাংগী মতৌগুম্ন ঙ'নলি, পুক্লিং মুই অতুগা মুংভাই-বগী মশক্তি মতুগী মমিং ত্রৈপুর কৌই। ত্রৈপুর যন্ত্রগী মমুংদ কন্দর্প কৌবা মুংশিং (বায়ু) অতৎপ লৈতনা হুম্লি। কন্দর্পবায়ুনা জীবাত্মাবু হুকচাং কয়ল্লি হায়বদি কন্দর্পবায়ুনা হুকচাংগী মকম পুম্নমক্ত সিম্ব থুংন লৈ মরম অসিনা জীব আত্মানা মহাক্কী মথাপোন্দুনা মীরোইবগী হুকচাংদ লৈরিবনি। কন্দর্পবায়ু মুমিং কোটিগী মতৌগুম্ন মঙান-মশা নাই অতুগা মচুনা বান্ধুলী ( অশাংবা লৈ মথল অমা ) লৈদগী হেম্ন ভাংই। হায়রিবা ত্রিপুর যন্ত্রগী ময়াইদা লিঙ্গগী মশক ওইবা স্বয়ম্ভুনা ভম্বোইরি ; ইবুঙো অসিগী হুকচাংদি মহি চেল্লবা সনাগী মতৌগুম্ন থোংলি অমদি মাগী মূর্ত্তি য়াম্ন নৌই। মমায় নোংচুপলোম ওম্ন মথারোমদা (অধোমুখে) লুকথৈ। মহাকপু তত্ত্বজ্ঞান অমসুং ধ্যানতনা

ফংনৈ। মহাক্কী কুচুদি অনৌবা য়েনিংগুমই, মণ্ডাম্ন মপুং ফায়বা খাগী মতৌগুম্ন নিংথিজৈ অমম্তুং ইচিক হুল্লি হা'য়বদি ইংই। মহাক অসি কাশীধামবাসশীল বিলাসযুক্ত অমম্তুং মণ্ড'ন তুরেলগী খোইজ্রিং খোইত্রাংবগুম্ন কোইরক কোই। স্বয়ম্ভূলিঙ্গগী মথক্ত তা'ইবংপাম্ব শুম্ফাং-নম্নিবি, থম্নাগী মছি'গুম্ন য়াম্ন কুপ্পবী কুলকুণ্ডলী হায়বদি মাহামায়া লৈরত্থুনা হায়ম্নিবা মূলাধার থম্বালগী ময়াইদা অতৎপ লৈতবা হয়াও তয়াম্বনা তাইবং খুত্থম চল্লি হায়বদি বিলাস অনুভব তৌরি। মহাক্ক ময়া কাথোক্নুনা মথক্ত হায়থ্রিশ ব্রহ্মাদ্বারগী মচিন উম্নত্থুনা ব্রহ্ম নাড়ী-দগী অমৃতগী ইচেন চেলথরক্লিবা অদুবু থক্কুনা লৈ। মোইবুংগী মরৈ ( চক্র ) না তৌবগুম্ন লৈ,সিন্দুনা লৈ। লমজাওখোম্ন চাক্লবা মৈগী মৈরি অমম্তুং নোংগী মরক্ত লৈবা নোংথাংগী মতৌগুম্ন নিং-থিজৈ। লিম্ন ফৈজৈ কোন্দুনা লৈবা অদুগুম্ন মহাকম্তু অহুমগা মচেৎ কোনসিন্দুনা স্বয়মভূলিঙ্গগী মকোক্ত হিপত্থুনা লৈ। মরম অসিমক্ক মত্থুবু কুলকুণ্ডলিনী কৌই। মহাতেজঃ শালিনী কুলকুণ্ডলীনা মতৌ অম্তুম্ন মূলাধার থম্বালদা লৈরত্থুনা মেংলবা মুংঙাইরবা কাব্য= শৈরেং পুন্নমক শেয়ে হায়রগা য়াম্ন মথং-মনাও নাইনা খেৎনহন্দুনা ময়াই কারবা খোইমুশিংগী খোঞ্জেলগুম্ন অতৎপ লৈতনা মিরবা অমদি মুংশিরবা খোঞ্জেল থোক্লি। মত্থুমক্ক মুংশা সোর হোন্দোক গোঞ্জিন্দ চাং নাইহন্দুনা থরাই নিংশা হোল্লিবা পুন্নমকপু ঙাকপিরি। কুলকুণ্ডলীগী হকচাংদ য়াম্ন মুংঙাইরবী য়াম্ন লৌশিং পিনরবী চৈতন্য-ময়ী প্রকৃতি কৌবী কলা দেবীনা ঙাংম্ভোইরি। কলা নত্রগা প্রকৃতি অসি নিত্যানন্দ স্বরূপনি নোংথাং মরীগুম্ন মঙান নাই। মসিগী মঙান

অসি অস্নক মতিক লংথ্রে মতুদি তাইবংপাম্ব পুম্নমক্ত লৈরিবা পোৎ পুম্নমক মহাক্কী মঙাম্ন ঙানলিবনি। লেংদবা জ্ঞানগী মঙ'নগী মশক ওইরবী অথোইবী লাইরেম্বী পরমেশ্বরী মহাকমক্ত য়াইফরি। মসি-মক্ত মূলাধার কৌবা থম্বালগী মওংনি। হুমিৎ কেটিগী মঙ'ন মশাগুম চংখোল্লবী লাইরেম্বী অ'সবু মী মহাক্কী ধ্যানদা ফংজরবা মী মহাক অতু বৃহস্পতিগা মান্নবা মী মরক্তগী অথোইবা অমস্তুং শাস্ত্র পুম্নমক্কী অর্থ খঙবা ওই। অসিদস্তু নত্তে কুলকুণ্ডলীবু খঙজরবা, ফংজ'বা মী মহাকপু শে'কপা ঙমগদবা জগত অসিদা করিগুম্ব লাইথুং অমত্ত লৈতে। অসিগুম্ব মী অসি মতম পুম্নমক্ত পুক্লিং শেংই, মোমোন মোমোন নোঙ্ক-না লৈ অমস্তুং মংগল মথা অয়াম্ব স্তবনচিংব শেমদুনা, লেংকহুনা লাই-গুরুগী পেন্নবা ভৌবা ঙমই। অমরোমদা হ'য়রগা অসিগুম্ব মী অসিগী ফংদবা পোৎ তাইবংপান্দ করি'মতা লৈত্রে।

মথক্ত হায়খিবা লিঙ্গগী মথক্ত (মূলভাগে) হায়বদি স্থষুম্না কৌবী শিংলিগী মল্লুংদ চিত্রিনী কৌবী শিংলি লৈ হায়বা মফম অতুদা থম্বাল অমা শাৎলি। থম্বাল অসি সিন্দুরগুম্ন ঙাঙ্াদৈ, য়েংবদা য়াম্ন নিংথিজে অমস্তুং মনা তরুক পাল্লি; মতু নোংথাংগুম্ন লংই। মনা তরুক অসিদা মথংশিংনা বং ভং মং যং রং লং হায়রিবা ময়েক তরুক অসি লৈ। থম্বাল অসিগী মমিং স্বাধিষ্ঠান কৌই। থম্বাল অসিগী মল্লুংদ থা মচেৎ কুম্ন ঙৌরোক ঙৌরবা বধন চক্র লৈ। মতু-মকপু বরুণগী জলজমণ্ডল কৌই। মতুমক্কী ময়াইদা শরৎকী থাগুম্ন মক্রবা ঙানিংথৌ ( মকরবাহন ) তোংলবা বরুণ বীজ বং লৈ। বরুণ বীজ অসিগী লৈফম বরুণদেব অতুগী মনাক্ত অশংবা কুচু, য়াইঙং

মচুগী সনা কিকে থোম্ব তনৌ তনৌরবা য়েৎলোমদা থৈবা তুরেনা থগাক্ত লৈ ংব. কৌস্তুভ মণিনচিংব মখল মখা অয়াম্ব মণিনা থৈতেংব, পা ম্বাম ম র পাম্ব শ্রীনারায়ণনা ভাম্বোইরি। বরুণ চক্র অহু-ক্তদা র.কিনী শক্তিনা অশংব থম্বালগী মডানগুম্ন মখল মখা অয়াম্ব খুংস্ন-খুৎলাই, ফিজেং লৈতেংতুনা অমস্নং পুক্লিং তপ্নবী ওইর-তুনা ভাম্বেইরী। র্রাকিনী অসিমক শাক্তনি। শক্তি অমদি প্রকৃতি নত্তুনা করিগুম্ব থবক ওইবা য়ামে মরম অসিনা থম্বাল খুদিংদ পুরুষ অমা লৈবগুম্ন শক্তি অমস্নং লৈ। মীতুনা স্বাধিষ্ঠান কৌবা থম্বাল অসিবু নিংজবা ভম্নবদি কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ অমস্নং মাৎসর্য; (অপাম্ব অশাওবা, মিহৌবা. গুস্কাংপ, ময়াইকাবা অমস্নং কলকপা) কৌবা হেক্লবা তরুক অসি মাঙহম্ব ভমই; যোগীশিংগী মবক্ত মহাক্ত অথেইবনি; জ্ঞানগী মুমিৎ থোরক্লতুনা অপঙবগী অমম্ব মাঙখি. কবিত্ব শক্তি থোক্লকই।

স্বাধিষ্ঠান থম্বালগী মথক্ত খোইদোদা মনা তরা পাম্ব থম্বাল অমা শাংলি মমিং মণপূর কৌই। থম্বাল অসি শংত্রিক শংট, মাগী মনা তরা অসি অশংবা থম্বালগুম্মী, মডান-মশা য়াম্ন চাউই, মথংশিংনা ডং ঢং ণং তং থং দং ধং নং পং ফং ময়েক তরা অসি লৈ। থম্বাল অসিদা মৈগী লৈফম চিথেক অহুম নাইবা মফম অমা লৈ। মহু চিংথৈ লৈইনা হুল্লকপগুম অমস্নং থোরকপদা ভাইরিবা মুমিংকী ভাঙাবা মচুগুম্মী। মফম অহুগী মপান্দ থোঙ অহুম লৈ অহুদা বহ্নি বীজ রং লৈ। বাহ্নি বীজ অসি য়াও তোংই, তরুং তরুং হুন্দো-

স্বকপদা ঙাইরিবা মুমিংকুম্মী অমসুং পাম্বোম মরি পাল্লি হায়না রাখল তৌগদবনি। মতুগী তম্পাক্ত নিংথিনা লংলবা সিন্দুরগুম্ব মচু ওইবা উংনা লৈতেংব হকচাং, শেম্ব অমসুং মাঙহম্ব অহন ওইবা, মিং অহুম পাম্ব, অনিংব পুন্নমক পিব রুদ্রগী মশক ওইবা মহাকালনা ঙাম্বোইরি। পাম্বোম অনি লৈতেংই ; অমনা থৌজম্ন (বর), অতোপ্প অমনা কিহন্দবা ( অভয় ) না লৈতেংই। ইবুঙো মহ ক্কী শক্তিগী মমিংদি লাকিণী কৌই। ইবেম্মা মহাক্তি সনা অহিংব মচুনি, পাম্বোম মরি পাল্লি ; অকবা মঙ্গল পুন্নমক পিনবীবিনী। য়াইঙং মচুগী সনা ফিগেনা লৈতেংলহুনা মখল মখা অয়াম্ব মুক্তানা লৈতেংই অমসুং মতম লৈবখিঙ্কি মুংঙাইহুনতা লৈ। মসিমক মণিপুর পদ্মগী মরম্লি। মী অতুনা থম্বাল অসিবু মাগী ধ্যানদা ফংজবা ঙম্রবদি মহাক শেম্বা, ঙাকপা অমসুং মাঙহনবা ( সত্ত্বঃ রজঃ তমঃ ) ঙমই। মহাক্কী মচীঙ্গ মতম পুন্নমক্ত শিন্নৈমনা ( বীণাপানি ) লৈ হায়বদি লৌশিং য়াম্ন চাওই (মহাজ্ঞানবান)। থম্বাল অসিবু নাভিপদ্মস্ন হায়নৈ।

খোইদৌগী মথক্ত থবাক্ত বন্ধূক পু ঙ্প লৈ অঙাংব মখল অমা) গুম্ব মনা তবানিশোই পাম্ব থম্বাল অমা শাংলি. মমিং অনাহত কৌই। মনা ১২ অতুদা সিন্দুবগুম্ন ঙাংলবা কং খং গং ঘং ঙং চং ছং জং ঝং টং ঠং ময়েক অসি লৈ। মতুগী ময়াইদা চিথেক তরুক নাইবা মৈথু মচু ওইবা বায়ু মণ্ডল লৈ। মকম অতুগী ময়াইমক্ত বায়ুবীজবু (যং। ধ্যান তৌগনি। বায়ুবীজ অসি মৈথু মচুনি, পুক্লিং ছনবগী মশক্লি, পাম্বোম ৪ পাল্লি কৃষ্ণসারাধিরূঢ় ওই অমসুং পুন্নমক্কী মকোক্লি। চিথেক তরুক্কী মকম অসিগী মমুংদ থৌজাল হৈরবা

পুক্লিং মক্ত্রবা ঙৌয়োক ঙৌবা ঈশান মহাদেব ধ্যান (নিংব) তৌগদবনি। ইবুঙো মহাক্কি ময়োল অহুম্মক্ত লৈরিবা জীবগী থৌনাকবা পিবিবা অমসুং বর পিবিবা ঈশ্বরনি হায়নৈ। মহাক্কী শক্তিগী মমিংনা কাকিনী কৌই। ইবেম্ম মহাক্কী কুচুদি অনৌবা নোংথাংগী মতৌগুম্ন য়াইঙং মচুনি, মমিৎ অহুম পাল্লি অমসুং মঙ্গল পীনবীবনি। হুকচাং পুন্নমক্ত ম'ণ অয়াম্বনা থামই। মতম পুন্নমক্ত মুংঙাইহৈরবী, যোগী শিংগী কনাবা তৌবিরিবী হয়াওতয়াম্বী ওই; মহাক্কী থমোইদা অতংপ সৈতনা অমৃতগী ইচেন চেল্লি: পাম্বোম মরি পাল্লি অহুদা মথংশিংনা পাশ কপাল বর অমসু অভয়না লৈতেংই অমসুং শরু পরেং ঙকশমদা থোল্লি। থম্বাল অসিগী থমচেৎ মনুংদ নোংথাং কোটাগুম্ন থোংলবা হুকচাং য়াইফবা পিনবীবী মীৎ অহুম পাল্লবী ত্রিকোণা কৌবী অতোপ্প শক্তি অমা লৈ। মক্কম অহুদা সনাগুম্ন মঙান নাইবা বানলিঙ্গ লৈ। বানলিঙ্গগী কোক্ত খুরবা মখুন অমনা মণিগী মথক্ত খুরবা মখুন্ন নিংথিজবগুম নিংথিজরি। মী মহাক অহুনা অনাহত কৌবা থম্বালবু থমোইদা ধ্যান তৌজবা ঙমজরবদি মহাক অহু বৃহস্পতিগুমই অমসুং মহাদেবগা মান্ননা ময়োন অহুম্মক (স্বর্গ, মর্ত্ত্য পাতাল) ঙাকপা অমসুং মাঙহন্ব ঙমই। অময়োমদা হায়রবদা মী মহাক অহু ঈশ্বর বৃহস্পতিগা মান্নবতা নত্তে জগত সংসারগী ঈশ্বরনি। ময়মদি অনাহত থম্বাল অসি কল্পবৃক্ষগুম্ন অনিং অনিংব অহু পিবী। মক্কম অসি মহাদেবগী লৈফম কৈলাসকুমই, হাই-হুমদ্রবা মৈরিগুম্ব জীবাত্মানা ঙাম্বোইরি অমসুং নুমিৎকী মকোইগুম্ন মঙান নাই। থম্বাল অসিগী ময়মদা কনা কনাগুম্বনা অতোপ্প ময়ম অমা হায়রিঃ—

মনা ১২ পাম্ব থম্বাল অতুগী মমুংদ থুপ্ন থম্বাল অমা লৈ, মতু মনা ৮ পাল্লি : মনা ৮ পাম্ব থম্বাল অসিমক কল্পবৃক্ষনি। কল্পবৃক্ষ অসিগী মকুদা মহাদেবনচিংব লাই পুম্নমক ভংস্থোইরি। মফম অসিমক কাংভাগুম্ব জীবাত্ম গী লৈফম্নি। নিংগদবনি হাযবগী রাখলনা মী অতুনা জীবাত্মাবুতা রাখল (ধ্যান) তৌবা ভম্নবদি নিংব পুম্নমক ফংই। থম্বাল অসি মী মহাক্ন নিংজবা ভম্নবদি মহাকমক খ্বাইদগী হেম্ব যোগীনি, মহাক্ন মুপী পুম্নমক্কী পুক্লিং শুদ্ধংপ ভমই অমসুং সন্নাবেনবুস্নু মায়থিবা লিবা ভমই। অতোপ অতোপ্প কবিত্বশক্তি পোন্নব্রগা নবাংণগুম্ন পুম্নমক তৌবা ফংব ভমই করি অমুক হাযগনি মহাক্ন অতোপ্প মীগী হবচাংদ চংবা ফাওবা ভম্মকই। মসিনা অনাহত থম্বালগী মবম ওইরে।

অনাহত থম্বালগী মথক্ক ভকশমদা মৈখু মচুগুম্ব মনা ১৬ পাম্ব থম্বাল অমা শাৎলি মমিং বিশুদ্ধ কৌই। থম্বাল অসিগী মনুংদা কোইবক কোইবা মফম আকাশ মণ্ডল লৈ। মফম অসিগী মযাইদা শামু অংভৌবা ভোংব পাম্বোন মরি পাম্ব মনুনা ভাম্বোইরি, মগাক্কী মতমপাক্ক হকচাং অমত্ত ওইবা হবগৌরী ( মহাদেব দুর্গা ) না ভাম্বোইরি। মফম মতুদা শাকিনী শক্তি অমসুং মক্কুবা থাজনা (চন্দ্রমণ্ডল) ভংস্থোইর। থাজ অসি ইন্দ্র খুতুম চন্নবা মীগী মোক্ষদ্বাবনি। মী মহাক অতুনা থম্বাল অসিদা পুক্লিং চংজতুনা লাই নিংজরবদি কবি বাগ্মী জ্ঞানী শান্তচিত্ত, মী পুম্নমক উবা, পুম্নমক্কী ফনাবা নিংব লাইথুং থুংদবা, অরাবা লৈতবা অমসুং মত কুইনা পুন্সিতুনা হুমিংন অমম্ব মাঙহনবগুম্ন অবাবা পুম্নমক মাঙহল্লি। মসিমক বিশুদ্ধ থম্বালগী মরন্নি।

পিশুম অনিগী মরক্ত অজ্ঞা কৌবী থম্বাল অমা শাংলি, মনা অনি পাল্লি, ভৌরোক ভৌই; যোগীশিংগী ধ্যানস্থাস্বরূপ (লাইনিংকম) নি। মনা অনি অতুদা হ অমস্তুং ক্ষ ময়েক অনি অসি লৈ। ময়াইদা বিদ্যামুদ্রা, কপাল ডমরু অমস্তুং জপমালা থোম্বী প'ম্বোম মবি পাম্বী পু'চেল শেংলবী মায়থোং তরুক পাম্বী হাকিনী কৌবী শক্তিনা ভাম্লোইরি। মনা অনি পান্ব আজ্ঞা থম্বালগী মনুংদ অকুপ্পগী মওং ওইববা পুক্লিং অতুগা থম্বাল লৈয়োন্দ ইতর কৌবা শিবলিঙ্গনা ভাম্লোইরি। শিবলিঙ্গ অসি নোংথাংগুম্ন নভান নাই, ব্রহ্মজ্ঞান ফংনবগী থোভনি অমস্তুং বেদনচিংব শাস্ত্র পুম্নমক্কী প্রণবকী মশক্লি। যোগীশিংন পুক্লিং অমত্ত ওইনা (চপ য়ংব রাখলন') মথংশিংন হাকিনী শক্তি, মন, ইতব কৌবা শিবশিঙ্গ অতুগা মমৈদা প্রণবপু (ওঙ্কার) নিংজ্ঞ-তুনা রাখল ভৌগদবনি। মী মহাক্ন মতৌ অস্তুম্ন খঞ্জবা ভম্ববা মহাক অতু মুনি অথোইবা- পুম্নমক খঙবা, পুম্নমক মশক খঙবা, পুগমক উবা; মী পুম্নমক্কী ফনাবা তৌনিংব, শাস্ত্র পুম্নমক্কী অর্থ খঙতুনা অমোম্প হ'চাং অমদা চঙবা ভম্বগী পাঙ্গলস্তু ফংলকই অতুগা (মহাক) সর্ব্বণ ক্তম'ন ওইতুনা তাইবংপান্দ মগী ফদবা কবিস্তু লৈতে। থম্বাল অসিমক মনুংগী চক্র হাযবদি মফম অসিবু অথো-ইবা শক্তিগী মকম্লি হায। পিশুমগী মথক্কী শরুক অসি শেংলবা জ্ঞান অমস্তুং খঙনবগী মশক ওইবা অন্তরাত্মা লৈ। অন্তরাত্মা অসি মৈগী মৈরিগুম্মী অমস্তুং প্রণবাত্মক ওঙ্কারনি। ওঙ্কারগী মথক্ত থা মচেৎনা লৈতেংই, অতুগীস্তু মথক্ত বিন্দুগী মশক ওইবা মকার ভাম্লেইরি। মকার অসিগী অহোবদা পৌরোক ভৌই অমস্তুং

থানা নোকপগুম ভৌরোক ভৌবা নাদরূপী শিবনা ভাম্ভোইরি। থোইদোকপা মুংভাইবগী মফম ওইবা আজ্ঞা থম্বালদা মী মহাক্কী পুক্লিং হাপ্পবা মহাক্ক অথোইবা গুরুবু নিংজহুনা হকচাং মনুংদ লাই-শঙ শাজ্জবা ভমই হাযবদি মতৌ অসুম্ন আজ্ঞা থম্বালদা পুক্লিং হাপ্পবদি নিরালম্ব মুদ্রাতত্ব খঙবা ভমই। মহাক্ক মহুবু শাজেল ভৌরবা মহাক আত্মজ্যোতিঃ কলা উবা ফংজে ( মহাকছাংগী মঙান খঙবা ভমজে)। মহাকছাংগী মঙান উবা ভম্নবদি তাইবংপাম্ব পুম্নমক ঈশ্বরনি ( আত্মস্বরূপ ) হাযবা খঙই।

অন্তরাত্মা অসি মৈরিগুম্ন অমসুং অয়ুক্কী মুমিৎকুম্ন মঙান নাই। হায়রিবা অন্তরাত্মাবু আকাশ অমসুং পৃথিবীগী মরক্তলৈ হায়না খনগদবনি হায়বদি মঙান ( জ্যোতিঃ=অন্তরাত্মা ) অসিনা কোক্তগী মূলাধার থম্বালদা লৈবা পৃথিবী চক্র ফাওবা শন্দোকই। মফম অসিমক মুমিৎ থা অমসুং মৈগী মঙান মপৈ ওইবা তাইবং-পাম্বগী অখঙবা ওইহুনা খুদম ১৮ না লৈতেংব অমাং-অতা লৈত্রবা শ্রীগুরু অথোইবা শংশঙনা ফজৈ। মফম অসি বিষ্ণুগী চাংদম ভমখৈ লৈতবা মুংভাইবগী মফম্নি। আজ্ঞা থম্বালদা পুক্লিং লুপহুনা কনাগুম্ব যোগীনা মথম্নাই থারবদি মাঙদ্রবা পোকপা লৈত্রবা, মরোন অহুমগী অহাম্ব হৌফম ওইবা লেংদবা বেদগী ভমখৈ খঙবা অথোইবা শ্রীগুরুদা ( পুরুষে ) তিল্লি। থম্বাল মনা অনি পাম্ব অহুগী মথক্ত নাদ কৌবা শিব লৈরিবা অহুগী মথক অহু মুংশিৎ মাংফম্নি। মহাদেব অহুনা খুৎ নামা নামাদা বর অমসুং অভয় মুদ্রা পায়রহুনা

লৈ। ইকুমগী মহাক্তি মক্তবানি অমসু পুক্কিং উনবানি। অসিগীনা মকম অমুনা শ্রীগুরুগী ওাংলৌ থম্বালবু মিংজ-নিংজনা মহাদেব অসিবু উজবা ওম্নবদি মতম অদুমক্তদা মহাক্কী য়াথং সিদ্ধি ওই হায়বদি মহাক্কী য়াথংগী পাঙ্গল অসুপ চাওখংলি অদুদি মহাক্কা হায়বা য়াথং অদু অদুমক মওইরে।

কনাগুম্বনা যোগগী লম্বেলদা চঙনিঙলবদি হায়ব্রিবা থম্বাল তরুক অসিগী মরম খঙদবা য়াদে, খঙব্রবদি সিদ্ধি ওইদে। থম্বাল তরুক অসিগা লোইননা মনা লিশিং অমা পাম্ব থম্বালসু নিংথিনা খঙজিনগদবা ওই। আজ্ঞা থম্বালদা লৈবা মহানাদ কৌবা মহা-দেবগী মথক্ত শংখিনী লিংলি লৈ, মাতুগী মকোক্ত সুলতর (শূন্যাকার) লৈ মফম অদুদা শক্তিনা ওাম্বোইরি। ইবেম্মা অসিগী মখাদা মনা লিশিং অমা পাম্ব থম্বাল শাংলি। মহু মপুং ফারবা থাওয় ফৌ-রোক ওোই অমসুং মমায় মখা ওন্ন শাংলি। থম্বাল অসি থোই-দোক্লা পুক্কিং হুই অমসুং মহাক্কী মনা পুম্নমক অমুক্কী মমিংকুম মঙান নাই। থম্বাল অসি অ নচিংব ময়েক ৫০ না লৈতেই অমসুং নিত্যানন্দ স্বরূপনি। থম্বাল অসি ময়াইদা মক্তবা মপুং ফারবা মহি চেল্লবা, নোকপদা অমু ৩ মহি চেল্লবা থানা মতম পুম্নমক্ত হয়াওনা মোমোন নোক্তনা মাগী থাবল শন্দোকই মরম অসিনা মকম অসি মপা লৈতনা নিংথিজে। থম্বাল অসিগী মপুংদ নোক্ত থাংগয় লংলবা চিথেক অহুম নাইবা মফম (যন্ত্র) অমা লৈ মফম অসিগী ময়াইদা লাই পুম্নমক্কী অথোইবা মফম থম্বাই লৈ মহু

থোইদোক্ন অথুপ্প মকম স্থূলতরং শূন্যস্থান্নি। মকম্ম অসি অথোইবা মুংঙাইবা চাকম (উপভোগের মূল) নি অমস্তুং য়াম্না শুকই। মকম্ন অসিদি আকাশকী মওং ওইরবা পরমাত্মাগী মওংনা সদাশিব ওইনা লৈ। সদাশিব অসি মুংঙাইবগী মশক অমস্তুং জীব পুম্নমক্কী অমম্ব কোকপিনবগী অমত্ত ওইবা মরম্নি। মহাক্ন মকম অসিদা ঙাম্থোই-বিহ্না পুক্নিং শেংলবা যোগীশিংবু অমৃতগী ইচেন পিবিহ্না আত্মা-জ্ঞান পিবি। মহাক্ন মশাগী মুংঙাইবা পুম্নমক লৈরবা অহু পুম্নমক্কী মপু ঈশ্বরনি। মকম অসিবু লাই নিংবনা লাই লৈকম্নি হায়নৈ, বিষ্ণু নিংবনা বিষ্ণুগী লৈকম্নি, শক্তি নিংবনা শক্তিগী মকম, কনা-গুম্বনা প্রকৃতি পুরুষগী মক্তবা মফম্নি হায়নৈ। অহুম অহুম ওইনমক মকম অসি অন্না-অনা, পোকপা শিবা লৈত্রবা মুংঙাইবগী মুংঙাই-থোইরবা ব্রহ্মনা লৈবা অথোইবা মফম্নি। থম্বাল অসিবু নিংথিজনা শেংনা খঙজবা ঙম্নবদি মহুদা পুক্নিং হাপচহ্না সিদবা মপু পরমা-ত্মাগা লোইনম্না মমোনগা অমত্ত ওইবা ঙম্নবা অহু ওইরবদি সিদবা মপুদা মহাকী পুক্নিং থিংজিন্ন ঙমই। মী মহাক অহু অমুক হন্ন পোক্লে, শক্তি পুম্নমক মাগী মখা পোন্দুনা শেম্ব, ঙাকপা অমস্তুং মাঙহন্ন ঙমই, কন্নি অমুক হায়গনি স্থূলতরংদ কোয়বা ঙমই, মাগী য়াথং সিদ্ধ ওই। হায়ন্নিবা থম্বাল অসিগী ন্না লোইবা নাইদে, ঙমদৈ লৈতে। থম্বাল অসিগী মন্নুংদ অমা (থাশিগী উদবা কলা তন্নাতরুক) কৌবী কলা তন্নাতরুক লৈ। কলা অসি ঙাংই অমস্তুং মাহু মক্তবনি, থম্বালগী কুম্নবা মচিংলগী শরুক ১০০ হেন্ন কুপই, থোংলি, মতম পূর্নক ঙানলি, মমায় মখা ওহৈ। মপুং কায়বা মুংঙাইবগী

মশক ওইরবা মুংঙাইবদগী অমৃৎগী ইচেন চেলথরবগা অদু অমা কৌবী বলাতনা পাংদুনা (ধারণ লৈ)। অমা কৌবী কলাগী ময়াইদা (মন্নুংদা) নির্ব্বান কৌবা অতোপ্প কলা অমম্ব লৈ। কলা অদু শগুম অমগী শরুক ১০০০ লক থোকপা অংদগীস্ব হেন্ন কুপই, মুমিৎ তরানিথোইগুম মঙান নাই, থা মচেৎ শাই, জীব পুন্নমক্তী জ্ঞান কংননবগী অমত্ত ঙাংবা মরম্নি, নিংতম্বিবা লাইগী মশক্তি অমস্থং অথোইবগী মশক্তি (মাহাত্ম্যবতী) মদুগী মনিং মহাকুণ্ডলিনী কৌই। মদুবু খঙবা ওন্নবদি তত্ত্বজ্ঞান কংই। নির্ব্বান-কলাগী মন্নুংদা নির্ব্বান কৌবী শক্তি লৈ। নির্ব্বান শক্তি মুমিৎ কোটিগী মতৌগুম মঙান নাই, মরোল অহুম্মক্তী মমানি, শন্নাদগী হেন্ন কুপই, থোইদোক্ত থুপ্পবা জীব পুন্নমক্তী জীবগী মশক্তি, অকাইবা লৈত্রবা মুংঙাইরবীনি অমস্থং মহাক্তী থোজান্ন মুনিশিংগী থমোই মতম পুন্নমক্ত মুংঙাইবগী ইচেন চেল্লি।

নির্ব্বান শক্তিগী ময়াইদা মক্তবা অরেপ্প মুংঙাইবগী মশক ওইবা অথোইবা মুংঙাইবগী মকম ওইবা, জ্ঞানগী মশক ওইবা অমস্থং যোগীশিংগী অমত্ত ওইবা খঙনগদবা মকম শিবস্থান্ন ঙাক্তোইরি; শিবস্থান অসিবু কনানা ব্রহ্মস্থান, বৈষ্ণবশিংনা বিষ্ণুস্থান, কনা কনাগুম্ব মুনিশিংন পরমহংস অদুগা কনা অমনা অমত্ত ওয়বা মুক্তি লম্বেলগী থোঙনি হায়নৈ। সাধক অদুনা মাগী গুরুদগী যম নিয়মনচিংব নির্ধিনা ওন্নবা মতম অদুদা শেংলবা জ্ঞান কংগনি। মতম অদুদা গুরুদগী অরানথুবমগী লম্বেল ওইবা থম্বাল তরুক মথং

মথং খণ্ডলক্রগনি মতুং অহুদা হুঁ হায়বা বীজনা মজান অমসুং চুংশিনবা কুদোংলবা কুলকুণ্ডলিনী চক্রবু মূলাধার থম্বাল অমসুং মমক্ত হায়রবা স্বয়ম্ভু লিঙ্গ থিঙ্গাইহনা মনা লিশিং অমা পাম্ব থম্বালদা পুরক্লে হায়না খনগদবনি। অমুম তৌনা থোঙ (মোক্ষদ্বার) অসিগী মচীর কুপশিল্লবা বহ্নিবীজ রং না পুক্লিংদ অমুম অমুম থল্লহনা ভূমখুল হল্লিবী পরমেশ্বরীবু হৌদোকদবনি। মতৌ অমুম্ন কুলকুণ্ডলিনীবু মনা ১০০০ পাম্ব থম্বালদা (সহস্রারপদ্ম) পুরকউ হায়বদি মূলাধার থম্বালদগী ব্রহ্মরন্ধ্রগী মমুংদ সহস্রারপদ্ম কাওবা লৈরিবা লম্বেল অহুদা হুঙ্কারনা কুলকুণ্ডলিনীবু স্বয়ম্ভু লিঙ্গ থিঙ্গাইরগা মনা ১০০০ পাম্ব থম্বালদা পুরক্লে হায়না খনগদবনি। দেবী কুলকুণ্ডলিনীনা থম্বাল পুম্নমক্কী মমুংদ হায়গ্রিবা লিঙ্গ অহুমক [মূলাধারদা লৈবা স্বয়ম্ভূলিঙ্গ, বাণলিঙ্গ অমসুং আজ্ঞা চক্রগী (কর্ণিকামধ্যস্থ) লৈরিক মমুংদ লৈবা ইতরলিঙ্গ] থিঙ্গাইহনা ব্রহ্মনাড়ীগী মনাক্ত লৈবা পরমশিব নিংথিজে হায়বদি কুলকুণ্ডলিনীনা মূলাধারনচিংব থম্বাল তরুক লাম্থোক্লগ, ব্রহ্মনাড়ীগী মনা ১০০০ পাম্ব থম্বালদা লাকুনা পরমশিবগা লোইননা ভাম্থোই। শিংলি অসি নোংথাংগী মতৌ-গুম মগান নাই অমসুং য়াম্ন কুপ্প, মক্তুবা অমাওবা লৈতবনি। কুপমন্দুনা মত্থবু খঙবদা য়াম্ন য়ায়, অচম্ব মীনদি মম্ব খঙবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্ব সাধক কুপ্পবী শিংলি অসিবু খঙবা ঙম্বদি মহাক অহু শোয়দনা অয়ানথুবম কনেনবা অহু য়াংলবনি হায়বদি য়াম্ন নম্বিয়ে।

লৌশিং লৈরবা যোগীনা কুলকুণ্ডলিনীবু জীবাত্মাগা লোইননা মনা ১০০০ পাম্ থম্বালগী মশক ওইবা যুমদা পুরক্লগা নিংজবা পিন-হিবী ভগবতীবু নিংগদহনি। লাইয়েম্মী অসি অনৌবা য়ুমদা হৌরবকম ওইবী জ্ঞানগী মশক ওইবী থাইদগী হেন্না অংহুং অনিরম্ পুম্নমক পিনহিবীনি। কুণ্ডলিনী অসিনা অথোইবা শিবগী আকাশতগী চাগুম্ন ডাংলবা অথোইবা অমৃত থরগা নুংঙাইবা মপুং ফাহল্লি মতুংদ মৎক্ত হায়এবা চক্র তরুকী লম্বেকগী মনুংদ অমুরক হন্ন মহাক্ মূলাধার থম্বালদা চংলকই। লৌশিং চাউবা যোগীনা যোগ মথং মনাও নাইনা তৌরদুনা অমৃতগী ইচেল অসি তরংনা থগুলগা মহুনা হকচাংগী মশক ওইবা ব্রহ্মাণ্ডগীময়াইদা লৈবা লাইশিংবু পেলহন্ন ঙমই। মরম অসিনা চক্র তরুক অসি থগুননবা মী পুম্নমক্ চেকশিনগদবনি।

শ্রীগুরুগী ডাংলৌ থম্বালবু নিংশিঙজরগা অথোইবা নুংঙাইবা ফংলবা পণ্ডিত অদুনা পুক্নিং য়ুংনা যম-নিয়ম নচিংব শাজেল তৌরগা খোইদোক্ল থুপ্লবা চক্র তরুক অসি মথং মনাও থগুবা ঙমই মহাক অদু কদৌডেদসু অরাবগী মশক ওইবা তাইবংপান্ন অসিদা পোক্ল-রোই করি অমূক হায়গনি মহাপ্রলয়দসু মহাক্তি মাঙবা লৈরোই। মী অদুনা গুরুগী য়াথংদগী অহিং নুংথিল নত্রগা সন্ধ্যা অনিমক হায়-রিবা মতম পুম্নমক্ত বিদ্যা অসি নৈনরবদি মহাক্ল নিংজরিবা লাইগী ডাংলৌ থম্বাল ফংজদুনা নুংঙাইবা ফংই।

হায়রিবা মরম পুম্নমক অসি লাইরিক য়েংলগা গুরুগী পাওতাক য়াওদনা হোৎনবা য়াদে। লাইরিক হায়বা অসিদি থোক্ত হায়রাক-

পভনি। গুরুগী য়াথং য়াওদনা মী মহাক্ত শাস্ত্রনা ছায়বা শাজেল পুম্নমক তৌরবদি অয়াবা নত্তনা অতৈ করিস্থ ফংলয়োই। মী অয়াম্বনা গুরুবু থৌওইদনা মশা মশানা হোৎনকবদা কয়া কয়া অয়াবা তাখি। মরম অসিনা তাইবংদ পোকচরবগী মহৈ য়ানগে ছায়রবদি গুরুগী য়াথং মতুংইন্ন চক্র তরুক অসি খণ্ডননবা হোৎনগদবনি।

---

## গুপ্ত তত্ত্ব

পঞ্চ তত্ত্ব কৌবদি অনি শুইযে। (১) শ্রীবাস, মুরারি, গোবিন্দ, দামোদর অমসুং স্বরূপ মণ্ডা অসিদি পঞ্চ স্বর কৌই। (২) শ্রীগদাধর, শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন, শ্রীঅদ্বৈত অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ মণ্ডামক অসিনা পঞ্চ তত্ত্ব কৌই। শ্রীগৌরাঙ্গগী মুখদগী শ্রীবাস পোকই; মীত্তগী মুরারি পোকই; নাতোনদগী মুকুন্দ পোকই; পুথীদগী অদ্বৈত পোকই; চিম্বান্দগী নিত্যানন্দ পোকই; মণ্ডামক অসিদি পঞ্চ তত্ত্ব কৌই। সুমেরুদি শ্রীগৌরাঙ্গনে।

'ক্লীঁ কৃষ্ণচন্দ্রখ্যাং মুহিমন্ত্র স্বাহা' অসি শোন্দুনা চন্দন থিলো। 'ক্লীঁ প্রেম মুহি অনঙ্গ স্বাহা' অসি শোন্দুনা খুদ য়েংসু। 'লাক্লীঁ তন্তু স্বাহা' অসি শোন্দুনা কি শেংলু। 'শ্রীমহাদেবায় স্বাহা' অসি

শোন্দুনা খোঙহামকমদা থুরম্মু। 'ওঁ শ্রীঁ লাক তমু স্বাহা' মাওপ মমুংদা চংলবদা শোন্দুনা থুরম্মু। কম্লবদা ভাবুক হরিবু নিংখৎকনি। 'ক্লীঁ দেব হংস সহং প্রাণপ্রভু স্বাহা' অসি শোন্দুনা সনাগী সেনপাক্ত কিয়োই হাপ্পুনা কৃষ্ণদা কৎলো। 'ক্লীঁ ষোল নাম মহা মন্ত্র স্বাহা' অসি শোন্দুনা ভাবুক কোম্লৌ। 'ক্লীঁ শ্রীঁ শ্রীনিবাসায় স্বাহা' মন্ত্র অসিনা শ্রীনিবাসপু প্রণাম তৌজৌও। 'ক্লীঁ বরতালায় হস্তরূপায় স্বাহা' থুরম্লবা মন্ত্রনে; করতাল মরিদা ৩ লক নাম্থৌও। 'হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ হরে রাম কৃষ্ণ হরে' অষ্টনাম্নে। 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ গোবিন্দ হরে কৃষ্ণ' পঞ্চনাম্নে। 'হরে কৃষ্ণ রাম' ত্রিনাম্নে। 'হরে' একনাম্নে। হরি নাম ময়েক ৩২ না থুপচিন্দুনা অসিদা চংখ্রে।

ওঁ বিষ্ণুরূপায় বিদ্মহে পুষ্পবায় ধীমহি তনানঙ্গ প্রচোদয়াৎ (গায়ত্রি)। ক্লীঁ দ্রীঁ অদ্বৈতচন্দ্রায় স্বহা (বিজনে)। ওঁ সোঁ থোঁ তোঁ মৃদঙ্গায় স্বাহা (বিজনে)। খুৎনিংথৌদা ৭ লক শোন্দুনা পুং মনাওদা নাল্লো। পুং মরি শিৎতুনা মনাওদা ৩লক মরুদা ৩ লক ষোল নাম শোন্দুনা নাল্লো। 'ওঁ হরি র স্বাহা' অসি শোন্দুনা য়েৎথংব মরিদা ৩ লক নাল্লো। 'ক্লীঁ হরি রি স্বাহা' ওই থংবদা ৩ লক নাল্লো। 'ক্লীঁ হরি হুঁ স্বাহা' অসি শোন্দুনা হরিবু হকচাংদ পুশিলহুনা পুং য়ৈগদবনে। মরুদা রাধা কৃষ্ণ হায়না অনিরক য়ৈগদবনে। রাধা গোবিন্দ হায়নসু অনিরক য়ৈগদবনে। হরিবোল হায়নসু য়ৈগদবনে। চৈতন্য নিত্যায় ভাই হায়নাসুং ৩ লক মরুদা মনাওদা য়ৈগদবনে। 'ক্লীঁ আদ্বৈতায় স্বাহা' মন্ত্র

অসিনা পুংয়েবদা শিয়ো। 'ক্লীঁ কৃষ্ণ কৃষ্ণ গোবিন্দ স্বাহা' মন্ত্র অসিনা করতাল ওই য়েং অনিমক্ত ও লক নায়ো। পুংগী মন্ত্রং ইম্ব কয়তাল য়েগদবনে। শ্রীচৈতন্যবু খুয়মগদবনে। গায়নমা বসন্ত ঋতুনচিংব ঋতু ৬ মকপু খণ্ডনা রাগ পুরুষ ৬ মকী য়েস্থনা রাগ হৌগদবনে। হুঁম হায়নস্থ হৌগদবনে। রাগ তৌয়িভৈদা মম ভাব অনিমক্ত বৃন্দাবন কুঞ্জ ৮ মকপু শেমগৎকদবনে। হুঁ মনা বিজয়ে য়ুনা গৃহনে, অনিমক্কি ময়ক্ত বসন্তগী য়ুম লৈএ। মহাক অহুদি রাধা ওইগদবনে, ওইত্রবদি বসন্ত চত্তে। য়াগনা বসন্ত পোকএ বসন্তনা রাধা ওইনা ঈশৈ পদ েৌগদবনে। ঈশৈস্থ গৌরচন্দ্র শকদবনে।

লৈ-চন্দনগী মশক্তি শ্রীরাধিকাগী মশক্কে। লৈ-চন্দনগী মনম অহুবু শ্রীমতি রাধিকাগী অঙ্গ গন্ধনে। লৈ-চন্দন লৌবদি শ্রীকৃষ্ণনে, লৈ অহু লৌবদা শ্রীমতিবু আলিঙ্গন স্পর্শ কংলে হায়না হুরাওনা লৌহুনা কণ্ঠদা থমখিএ। অয়োবা মী অহুনা অসি খণ্ডনা লৌহুনা কণ্ঠদা, নাকোংদা, কোকনচিংবদা মনম ওকহৌরগা লাইবক্ত কত্তুন কোক্ত থেৎকদবনে। খুবিগা খুদোম্বিগা লৈবু লৌগনি, খুৎনিংথৌন, চন্দন লৌরগা লাইবক্ত কংকনি।

বৃন্দাবনগী কল্পতরুদি কৃষ্ণনে। 'ক্লীঁ' হরি হ্রি হরি ম ক্লীঁ বৃন্দাবনদা কৃষ্ণ কংগে হায়না রাধানা শোধনি। শ্রীঅদ্বৈতগী হু কারনা শ্রীচৈতন্য চংলক্কে। শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীশ্রীবাস, শ্রীগোবিন্দ, শ্রীগদাধর, শ্রীমুকুন্দ, শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন, শ্রীরঘুনাথদাস,

শ্রীহোটহুরিদাস-পালা ৩২ হৌগৎলে। মণ্ডলীদা ভাবুক হৌগৎলে। অদ্বৈতচন্দ্রনা হরিতাল কৈজোম অশংব, খুদৈ অঙৌবা, ইন্নফি অঙৌব, চন্দনস্থং অঙৌবা, পুংলি অঙাংবা। শ্রীবাসনা করতাল পায়দুনা মরি শিংলে হরিনাম বিজ ৩লক শোল্লে।

কীর্ত্তনগী মুন্থুদি শ্রীরাধিকানে। অরাংকমদি ভগবতি পূর্ণিমাসিনে। শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণ বার্ত্তন তৌহল্ল হায়দুনা শ্রীরূপ মঞ্জুরীনা বার্ত্তন তৌবা চৎলে। অহাম্ব থুংলবা ভাবুক্তি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপে। খোঙগামকমদি সদাশিবনি। সম্ভাষদি ললিতা বিশাখানে; সম্ভাষ মকমদি শিবানন্দসেন্নে। চরণ সেবাদি কাশিদাসনে। থারিবা লম্বু মতুপ অনিহু শ্রীরাধিকাগী কৈবোম অনিনে, তৈথোক্লবা খুদৈদি কেশনে। গর্ত্ত অহুল শিখিবা মী অহুগী প্রাণ লৈএ। শ্রীকৃষ্ণগী পাদোদকপু ফংলবদা লানবা মুক্ত ফংলে। মাবু পুশিলদুনা ভাবুক অহম য়ুম্বুদা থগুহল্লে। য়ুম্বুগা ভাবুক উনরবদা বাঞ্ছা পূরণ ওইরে। অহুগা মাধবেন্দ্রপুরিনা পঞ্চ দেবতা পূজা হৌগংলে। মণ্ডলী ময়াইদা থারিবা আসন্দ লেপহল্লে। ঈশৈ হম্বনা শ্রীগোবিন্দনে মশক্তি থাউমৈ অহুনে। মণ্ডলী ময়াইদি গৌরচন্দ্রনে। মাগুপ্তি শ্রীবৃন্দাবনগী স্বরূপনে। বৃন্দাবনদি শ্রীরাধানে। সখী নিপানমক মারকৈ নিপানগী মাগুপ মথোং নিপান ওইরে। মখা থংবদা দৈবকী নন্দনগী অজমূর্ত্তি দ্বারিকানাথনা কয়ে। নোংপোক থংবদা প্রদ্যুম্ন-নফিংদুনা কয়ে। অরাং থংবদা শঙ্কর্ষনগী অংশ অনত্তনচিংব কয়ে।

[illegible] যুধিষ্ঠির প্রভুরাজ [illegible]

অসি থিবিরু কয়গ্রে। অসুম থীর মরিনা কয়বরা হরিদাস ঠাকুরনা থাওমৈ থাগক্কে। রাঘব পণ্ডিতনা ভাণ্ডারি কয়ে, কুবের লক্ষ্মী অনিবু পূজা তৌরি।

শ্রীনিত্যানন্দনা তুহার নে। শ্রীবাসনা গায়ন তৌরে। শ্রীগদা-ধরনা খোমদোন চৎলে। শ্রী আদ্বৈতনা পুং য়েরে। শ্রীগোবিন্দনা ভুংইরে। শ্রী মহাপ্রভূনা উদ্দণ্ড কৌবা নর্ত্তক তৌরে। শ্রী স্বরূপ-দামোদরনা পানা য়েল্লে, শ্রীশ্যামনন্দনা গন্ধ চন্দন য়েল্লে শ্রীজগদানন্দ পণ্ডিতনা ধুপ থাগৎলে। অতুগা ভাবুকী শিরমণী ওইরিবা শ্রী-কৃষ্ণনা 'বোলপ প্রেম সে গে শ্রীরাধে' গয়না লাওবিহুনা সঙ্কী-র্ত্তন উসব হৌগংখি। অশাইগী ভাবুক অহম য়ুমুবা পিরব জীব অতুবু অমরক ঈশৈ হৃবদা শিন্নহুনা ঈশৈ হৃবনা সঙ্কীর্ত্তন লোইরগা ভাবুক অহন্দ শিন্নরে। ভাবুক অহম জয় ধ্বনি লাউহুনা গোলোক বৃন্দাবনদা থিনগৎপিখি।

শ্রী.গৌরাঙ্গ অন্তরদগী শ্রীকৃষ্ণনা তিব লিলাবু পাম্বদগী মমিং শ্রীগৌরাঙ্গ হায়না অবতার তৌই। শ্রীমতি রাধিকাগী কৈবোমদগী পুং অনি থোকখিয়ে; থবাক অনিদগী করতাল থোখিএ অসিবু গৌরাঙ্গ মহাকীদি নবযুগল কৌই। নাকক্মগী মচুদি স্না য়াংবদাং পাকগী মচুনি। মমিংদি শিংহা তত্ত্ব কৌই। খোইড়িগী মচুদি অঙৌবনি, মমিংদি তত্ত্ব রৈবা খোইড়ি তত্ত্ববা কৌই। হে গুরু নমিংদি হায়গে-হে গুরু নরেপ কাপ অমা রাংব নচু অমুবা স্না কিগে শেৎপ, রাহোং মতু থোব হে গুরু মমিং অঙ্গ কৌবা ও।

ঐ নং ঐগী ইমিংদি ক্লীঁ অঙ্গ হারে কৌই। থমোইদা নিংথিবা খোংজাবিবু থারো অশিংবগী মতৌনা তৌবগুম নিংজো।

থরোগী মরুদগী লৈরিক্তো স্নাগী মচু মাখনি অহুগী মথক্ত বরং ব্রহ্মনরাণবু লৈহল্লু অহুগী মাংদা ঐগী লোইনববু কমহনলু ঐনা হুং ওইননা লৈয়ু। অসিদি ঐগী শিদ্ধ মঞ্জুরি থওবা কৌই। হঃ মঃ শঃ অহুম্মক্তি খোইদো মরোন অহুম্মক্ত লৈএ। মমিংদি রাংপুম্বা রাংরিক কৌই। মিং য়েত্ত চৎলবদি সূর্য্যলোক কংই। কম হোৎনৌ। বীজদি ওঁ হায়না কৌই। মশক্তি ঈশিংগী মচুনি হায়না থওউ। থিংবদি ঘোনা থিংজো। মিং ওইদা চৎলবদি চন্দ্রলোক কংজে থওউ। বীজদি ওঁ হায়না কৌই। থিংবদি ঢোনা থিংও'। হাংবদি চোনা হাংজো। মরক অনিমক্তী মথক্তা চৎলবদি শ্রীঅঙ্গদা তিল্লে থওজো। মখাদা থিংনবা রা হায়গে— 'ম্লুংথাং তিং তিং ক্লীঁ হরে রাম' অসিনা লোইরে থওউ।

থরাইগী মওংদি ঙা নিংথৌগী মওংনি; মশক্তি কমমিব স্ন' মৈ-বুনগী মশক্তি। হকচাংগী মশক্তি ইড়া, পিঙ্গলা, সুষুম্না কৌই। মচুদি ইড়ানা ঙাংই, পিঙ্গলানা ডোই, সুষুম্নানা মুইএ। মশক্তি ব্রহ্ম, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহুম্মক্ত ওইএ। ওঁ বিষ্ণু তত্ব হায়গে তাও। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ শিব হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ শিবায়ো শিবাভ্যাম নমঃ।

অমসু হায়গে তাও— শিব বিষ্ণু অনিমক্ত ঙাংনবা যুগ মরি-মক্তী রাদা হায়গে। পরমবিষ্ণু মহেশ্বর অনিমক্ত গুপ্ত তত্ব অথুম্মম ঙাংনখিএ। বিষ্ণুনা হায়রে— তাও হে শিব। সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর কলি হায়রিবা যুগ মরিমক্তে কলি কৌবা যুগ অহুনা ঐগী অস্ত ওমথৈ ওইরে হায়না থওজো। জীব মরূপ খিবিক্ত ঐবু কংগে হায়না নিং-

অমদি জীবশিং অহুনা মিংগদবা মন্ত্র হায়গে ভাও। মন্ত্র মশিমক্তি স্বাধু সঙ্গ তৌবগা কংব ওইরসনু। মাতা পিতা মথোইনস্থ তাকপা হৌনদে, মহাকী শ্রীগুরুনস্থ পিবা হৌনদে। বৈষ্ণব খিবিরু কংব ওইরসনু। হে মহাদেব! কংন হায়বস্থ ঐনে, ঐমা হায়বস্থ নত্তে। "শ্রীমঞ্জুরী ভৃঙ্গ তরঙ্গনা শ্রীমঞ্জুরী ভৃঙ্গ তরঙ্গ" শোল্লো। হায়রিবা অসিদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিমক্ত মী অহুগী মঙ্গল ওইবা অয়েঙ্গ অতংপ লৈতনা চিংশিঘিয়ে। ত্রিসন্ধ্যাদা মী অহুনা একান্তদা নিংজরবদা কৃষ্ণগী চরণ কংব ওইরসনু।

হে শিব অমস্থ হায়গে — হে বৈত, মী অহুনা ইনিং হেক নিংত্রবদি করম তৌগনি; মাগী অস্তস্থ লোয়বা কালদা বৈত মাইবা অহুনা করম্ব উপকার তৌগনি হায়ববু হে শিব মাগী মাগী জুত ওইবা মফমদা থাগনিয়ে। পাপচেম্বনা নাকোংব থাগনি। ধর্মচেম্বনা মীত্ত থাগনি। অসিদগী থে.ইদোকপা (অথোইবা) হায়গে ঃ— হে বৈত শ্রীমঞ্জুরী ক্লীঁনা শ্রী·ঞ্জুরী শোল্লে, জীবাত্মা কৌহুনা অতংপ লৈতনা নিংএ; হে বৈত, কণ্ঠদা লৈবা জীব-দো মাবা ন্রিংবধি করিনো দেবতা লাই কোটি কুম্ভাঙমদোইমক্ত কণ্ঠদা লৈয়ে অতংপ লৈতনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লিবনিনা। হে শিব অমস্থ হায়গে হে বৈত শ্রীমঞ্জুরী চরণ ভজন শোল্লি অন্ত কালদা মীহুনা নিংতবদা কৃষ্ণ ঐবু কংঙে হায়না থঙভো হায়রিবা অসিদা হে শিব লেঙদবা ধর্মনে। মন্ত্র অসিগী মমিংদি শ্রীকণ্ঠাবীজরি কৌয়ে। অতিকগী থোইবা হায়গে হে বৈত, জীবাত্মারাম কৌবা অহুনা মতম অতংপ লৈতনা নিংগদবা হায়গে ভাও হে শিব শ্রীমঞ্জুরী ক্লীঁনা

শ্রীমঞ্জুরী শোল্লে অরেম্ম লৈতনা শ্রীমঞ্জুরী শোল্লে। হায়রিবা অসিদা কা চুকওইদুনা ত্রিসন্ধ্যাদা শারগনিএ। শাররবদি মী অতুগী অন্তকালদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়রবদি কাওদবা ওইরসনু; মনুষ্য হকচাংগী শুদ্ধোন ওইরসনু যাবরা বৈদ্য হে শিব শুদ্ধোন ওইদ্রবদি য়াদে।

হে বৈত্ত তাও হে শিব. শ্রীমঞ্জুরীগুং ক্লীঁনা শ্রীমঞ্জুরী ক্লীঁ শ্রীমঞ্জুরী ২ রিং৫ শ্রীমঞ্জুরী শোল্লে হায়রিবা অসিদি ইদ্রিগী পাপ কর্ম্ম চারি কোকপা ওইরসনু। হে শিব বৃন্দাগী মঞ্জুরী অমত্তং গঙ্গাগী জলদা লুপ্লগা লাইবক্ত কংকনিএ অমদি কণ্ঠদা কংকনিএ অমসুং মীং অনিমক্ত হাপকনিএ। হে বৈত অসিদগী থোইবা মন্ত্র মহেন্দ্র হায়বা মন্ত্র অতু হায়গে, মন্ত্র অসিমক্তি মী অতুগী থবাক্ত রাহুনা রিষ্টি তৌবদা কোকপনে হায়গে তাও শ্রীমঞ্জুরী হোত্নিনা শ্রীমঞ্জুরী শোল্লি হায়রিবা অসিদি হে শিব অমম্বগী হুবু অমম্ব কোকই হায়না খঙো। অমসু হায়গে তাও ওঁ জস ইদ্রহায় কৌবদো হায়গে তাও শ্রীমঞ্জুরীনি য়েংমা শ্রীমঞ্জুরী অনিরক শোল্লি অসিদি হে মহাদেব অন্ত কালদা নিংজরবদি জীব অতুনা পরমাত্মা অতুম ওইবা জীববু উৎপত্তি ওইবা ঈশ্বরদো অতুনা শাবা অতুম ওইবা নুমিৎতো মী অতুগী অরাম্ব নুমিৎনি হায়না খঙজো। অতৎপ লৈতনা নিংজরবদা শোঈদনা ফংব ওইরসনু, পাপ খোজৈ চিং-শনরহুনা তৌথরবসু তৎতনা শোঞ্জরবদি ফংব ওইরসনু। অমসু হায়গে তাও হে শিব ইদ্রি মনুংদ লৈরিবা ঈশ্বর অতুগী মওংদি সংসার পৃথিবী সংসারদা থার য়েংজবদা অমম্বগী মওং ওইনা উগনিয়ে অন্ন-পীদমক নিরাকার কৌই। কম্ম তরু সনাগী থম্বাল লৈনা ১০৮ পাম অতুগী মনুংদা লৈএ। মচুদি কম্নবা সনা অহিংবগী মচুনি।

তাও হে শিব হয়েং অন্ত কালদা তৌরবদি দুর্ব্বাদল শ্যাম ওইরগনিএ। কুইনা হৌরকপা নোং অমুবগী মচু ওইগনিএ। অতুগীমু মথক্ত লৈবা থাকল অঙৌবগী মচু ওইরগনিএ। অসিবু মী অহুনা তৌ-জরবদা কৃপা ওইরে হায়না খঙঙো।

অমসু হায়গে তাও শ্রীমঞ্জুরী অমঙনা শ্রীমঞ্জুরী শোল্লি হায়-রিবা অসিদি মন্ত্র পুম্নমক্তগী কৃপা ফংলবনি হায়না খঙঙো। অমসু হায়গে তাও শ্রীমঞ্জুরী ঙোনা শ্রীমঞ্জুরী শোন্নরি। অতৎপ লৈতনা মী থিবিক অতুগী মমিংদি ঙসি হযেং হংচিৎ অহুম্মক্তি হায়না খঙঙো। অমসু হায়গে তাও শ্রীমঞ্জুরী অসিনা শ্রীমঞ্জুরী ক্লীঁ হায়রিবা অসিবু ওঁ পতি ওইনা খঙঙো। অমসু হায়গে তাও নজর অনিমক্সি নোং-মাইজিং মুমিৎ ওইনি হায়না খঙও অসিদা মী অহুনা শিরবদি। অমসু হায়গে ঈশ্বর অহুনা মুমিৎ অদুদা কৃপা তৌগনিএ খঙও। অমসু হায়গে তাও শ্রীমঞ্জুরী ২ হাং মিৎ ইনা শ্রীমঞ্জুরী হাং শোল্লি। হায়রিবা অসিদি হরি হর অনিমক্ত কৃপা তৌই হায়না খঙঙো। মন্ত্র অসিগী মমিংদি ইস্তামনি কৌই হায়না খঙঙো। অমসু হায়গে —শ্রীমঞ্জুরী ইং শ্রাবহানা শ্রীমঞ্জুরী কৃষ্ণে ২ হরি ২ অসিমক শোল্লি হায়রিবা অসিবু মী অহুনা হেল। তৌরবদি ব্রহ্ম-চণ্ডাল ওইরে, মপু তাক্তনা য়েংলবদি গুরু হাৎপ পাপ পুইএ। অমসু হায়গে—শ্রীমঞ্জুরী অজ আংশিকনা শ্রীমঞ্জুরী শোল্লি। অসিবু মী অহুনা ত্রিসন্ধ্যাদা শোল্লবদি রাধা কৃষ্ণ অনিমক ফংই। অমসু হায়গে—শ্রীমঞ্জুরী সার সায়না শ্রীমঞ্জুরী সার সরি শোল্লি।

হায়রিবা অসিদি ঐগা লোইনহুনা থোয়কপা মরুপক্তী মমিংনি হায়না খঙও। ঐগী ফত্তবদা অফবা খঙইবা হে মরূপ কমলগা খোইরি তরংঙে তানাগদবা পুন্নমকপু মহাক্র মপুনি হায়না খঙও।

অমস্থু হায়গে ব্রহ্মস্বর হাযগে তাও— ব্রহ্মস্বর হায়বা অসিদি ইন্দ্রিগী ইমানি মমিংদি ঐরিক কৌই। বীজদি শ্রীমঞ্জুরীনা শ্রীমঞ্জুরী শোল্লি। শান্নবদি কি অশেংব শেৎলগা 'র' না শান্নৌ স্বর অহুম্মক্কী মচুদি অমনা ঙাংহ অমনা ঙৌই অমনা মুই অহুম্মক্ক ঙায়বদি মন্ত্রদি র র র র রহ বৎ মঞ্জুরী হ হ হ হ হ হাইয়ো মোৎ বল ২ কা গুরু ৩, তে তে তে তে তে রো রো রো হল্লো। লেংগা দেহে গুরু অমস্থু হায়গে— শ্রীকৃষ্ণবু পাদ দরি গী মন্ত্রদি অয়ে রে হে রে রে আয়র হে রো রো লোরি ইং শ্রীমঞ্জুরী ক্লীঁ আয়েরে ক্লীঁ হায়তুনা সঙ্কল্প তৌগনি হায়না খঙও। অমস্থু হায়গে— অস্ত কালদা মী অহুনা নিংজরহুনা অহুম্নক সঙ্কল্প তৌজরবদি থম্বালগী গন্ধ ওইগনি চন্দনগী গন্ধ ওই-গনি কস্তুরী অগুরুগী মনম নুংশিবগী গন্ধ ওইগনি। শ্রীবিষ্ণুগী য়াথংনি হায়না খঙও। শিব মহাদেবগী য়াথংনি হায়না খঙও মী ওইগনিএ, ত্রিসন্ধ্যাদবু মী অহুনা কাইদরবদি শোইদনা খঙগনিয়ে খঙও।

"লোইরবা"

